উইলিয়ম শেক্সপিয়ার

# ভেরোনাগী পুকচেল চাউবা অনি

উইলিয়ম সেক্সপিয়ার
গী

# ভেরোনাগী পুকচেল চাউবা অনি

অইবা—
শ্রীথিয়াম নরেন্দ্র সিংহ
উরিপোক দেরাল লৈকাই
ইম্ফাল।

লুপ্না অইবগীনি।

# ৱাহৌদোক

কবি উইলিয়ম সেক্সপিয়ারগী চহি ২৫০ শুবা কুমওনগী নিংশিং পাংলন পৃথিবী শীনবা থুংনা পাংথোকইবা অসিগী শরুক য়াহনা কবিগী ইহান হান্না ইথিবা "ভেরোনাগী পুকচেল চাউবা অনি" অসি ঐখোয়গী সমাজদা লিলা উৎনবা শ্রীযুক্ত থিংবাইজম টুভেশ্বর সিংহনা ঐবু নমহনা ইহনখি। কবিগী থোইদোকপা থুংই অসিনা মোংচুপ লমগী মতম অতগী সভ্যতা অমুং নোংনা নিংশিংহল্লি, উৎলি। কবিগী ৱাহৈ ৱাতা শাবি শানৌ অমদি অচৌ অশাংগী মন্নুংদা চৎনরিবা লোনচৎ ব্যাবহার পুম্নমক অসিনা হীরম অসিদা নৈনহিবা মী থুদিংগী থমোই পেৎহল্লি, পুক্লিং ক্লৌহল্লি তমজনিঙাইনি। অহুম্নদি ওইরগা ইংলিসকি ৱাহৈদা পুক্লিং লোকপা অহুগুম পাবিরিবা ইচিন ইনাউশিংনা পুক্লিং শোকলি হায়বদি নিংজদে। থোইদোক্লা সমাজ অনিগী মরক্তা খেন্নবা লৈবা মরম্না ঐখোয়গী সমাজগা চাম্নবা চাউরাক্লা কোংদোকপা য়াবা ৱাহৈ ৱাতা অমদি মরি লৈনবা ফিবম থরক্তমক উৎচৈ। ঐহাক্কে ইংলিসকি ত্তবা অমা নৎচদে, মতম কুইনা অটতা থৱাই য়াওবা অমদি পৃথিবীগী থোদোক কয়াদা "শরুক য়াজনিংবদগী লুরবা বিষয় অসি পাংথোকখিবনি। বানান লানবা ৱাহৈগী মথক মমা ওন্নখিবগী হুংঙাইতদা কয়ামুক লৈ। অহুম ওইনমক অথং অহৈ পুকচেন চাউবশিংনা ঙাকপিহৈবা গুম্না ঙাকপিগনি নিংঙৈ। কয়িস্নু থংজিল্লিবা ঐবু নোংনা লমজিংহনা কবিগী পুজিগী ৱারী নৈনহনবদা নত্তনা মনিপুর সাহিত্য মন্দিরগী লৈচন অমা হাপহনবিনবা লাইরিক ওইনা কোংথবা পুকচেন চাউবা ভদ্রলোক অসিগী মকমদা তৌবিমন থাগৎবা উৎচরি।

অইবা—

## ড্রামা অসিদা য়াওরিবা মীশিংগী মরী লৈনবা
## লমচৎশিং

| | |
|---|---|
| ডিউক— | সিলভিয়াগী মপা। |
| ভেলেনতিন<br>প্রোতিয়স | ভেরোনাগী পুকচেন চাউবা অনি। |
| এন্টোনিও— | প্রোতিয়সকি মপা। |
| থ্যোরিও— | ভেলেনতিনগী য়েক্লবা। |
| ইগ্লেমৌর— | সিলভিয়াগী পাউ পুবা মী। |
| স্পীদ— | ভেলেনতিনগী মীনাই। |
| লাউন্স— | প্রোতিয়সকি মীনাই। |
| পান্থিনো— | এন্টোনিওগী মীনাই। |
| জুলিয়া— | প্রোতিয়সকা নুংশিনবী। |
| সিলভিয়া— | ভেলেনগা নুংশিনবী। |
| লুছেতা— | জুলিয়াগা লোয়নবী নুপী। |

---

সিন— ভেরোনা, মিলন, মিলনগী জঙ্গল।

# ভেরোনাগী পুকচেল চাউবা অনি

## এক্ট ১—১

ভেরোনাগী লমহাং অমা

ভেলেনতিন, প্রোতিয়স চংলকপা

ভেলেনতিন— ঐগী চান্নরবা মরুপ প্রোতিয়স ! ঐবু য়ানবা থেগ্না তোকলো। লম কোয়দবা য়ুমদা লৈবা নহারোলশিংনা মতম পুম্নমক্তা লমকোয়বগী লৌশিং ৱাংলি। নংগী মথোক কারকপা মতম অসিদা নংগী য়াইকনবা শুমহৎপা মিৎয়েং মতিক চাবী হুপীগী হুংশিবনা পুনখিত্রবদি—নংগী মথোক কারকপা, আশা লৈতবা, অতনবা অহুগা য়ুমদা তন্না মতম লেমবা, তন্না অরেম্বদা পুন্সি মাংহনবা লম্বি অহুদগী, সংসারগী অঙকপা পোৎ-চৈশিং নংগা লোয়ননা য়েংউনবা চৎমিন্নবা হায়জবা পামই। খাইদগী হেন্না হুংশিবা নংগী লৈরবশু মহুদা ঈংনা কেনা লৈয়ু, মহুদা নং মায় পাকপা ওইয়ু। ঐগী হুংশিবা লৈয়বা মতমদা ইশামক মায় পাকনবা আশা তৌগে।

প্রোতিয়স— নং হৌজিক চংলগত্রা ? হুংশিবা ভেলেনতিন বিদায় ! নংনা লমকোয়বদা অপাম্বা পোৎ কংমবা লেপ্পা কন্নিগুবা অঙকপা পোৎ নহাক্পা উবী থোক্লবা, মংগা লোয়ননা নাক্তা লৈবনা, নংগী হুংঙাইবদা, নংগী চান্নবা

মরুপ প্রোতিয়সনা শরুক য়ারবদি মুংঙাইনি হায়না রাখল তৌবিয়ু। অফবা লাইবক্লা তম্বা অমদি খুদোংখিবনা নংবু কোয়শিল্লবদি ঐনা লাই নিংব। মফম অসিদা খুদোংথিবা অত্থু থমউ। মুংশিরবা ভেলেনতিন! ঐনা নংগী লাইবক ফনবা লাই নিংগনি।

ভেলেন— অত্থুগা ঐগী মুংঙাই-য়াইফনবগীদমক নংগী লাই নীংবদা অশেংবা বাইবলগুম্না মুংশি রারী শিজিন্নগদৌরিবরা?

প্রোতিয়স— ঐনা পানিংবা লাইরিক থরগী মথক্ত'—ঐনা নংগী দমক লাই নীংগনি।

ভেলেন— মত্থুদি অশেংবমক করিগুম্বা মখলগী থমোই শোকপা য়াওদবা, রারী থরত্থুনি। অত্থম ওইনমক য়াম্না থমোই শোকপা, মুংশিবা মান্নবা উহনবনি। খুদম ওইনা লিন্না চুমত্রিং চুম্না, মতৌ করম্না হেলেসপোন লান্দুনা, মাগী মুং-শিবা উন্নখিবগে হায়বা থরত্থুনি।

প্রোতিয়স— মপান্দা থমোই শোক্লা উবা অত্থুদগী হেন্না থম্মোই শোকপা মুংশি রারী অমা ওইবদা নত্তুনা, মত্থু অরাইবা রারী অমদি নত্তে,—মরমদি লিন্না মকোক খোংনা মুংশি রারী পুন্নগঙ্কী নাকোং তাহল্লি।

ভেলেন— লিনগী মুংশিনবা য়োই হায়া চুমই, নংগী মুংশিবনা মঙোন্দগী হেন্না থমোই শোক্লা উই। অত্থ ওইত্থুনস্থু মুংশিবা কন্নবা হেলেসপোনগুমবা খোং অমা লাম্বোক্লবা নহাক লাইবক য়েংদে।

প্রোতিয়স— ঐগী মুংশিবা খুউদা লৈ য়োদে হায়রিব্রা? চানবিত্থুনা অসিগুম্বা রাঙাংনা নোক্লবিগম্থু।

ভেলেন— নত্তে, হায়ররোই, মত্থুনা নংগী করিস্থু কান্নরোই।

প্রোতিয়স— কমদৌনা?

ভেলেন— মুংশিরুবনা.—মতদা মাগী মুংশিজরবী মুশীগী তুকংচবা ইন্দোইবা নত্তনা করিস্ত লৈতনা অন্নাবগী কপ্পবগীদমক মানা ফংই। মাগী ইকাইগনবা মিৎয়েং অহুদংনা, মাগী থগোই কাইনভাই, মুংশাপ্পর ফুইনা হোন্দোকনবগীদমক মুংভাই-বগী মিৎকুপ থরদং, তুমদবনা চোকথরবা, লোইবা নৈত্রবা অহিং কয়া হৌখি। মুংশিবনা মাগী অপাম্বা খিবা মায় পাক্লবদি—খুদোংখিবা অমা অমুক হন্না থোক্লবা য়ানা লৈ মানা হোৎনবগী মপুংফানা ভমহৌত্রবা নোমজমনগী অনা-বা মত্তনা করিস্থ ফংদে। মসিনা অশিংবগী গুণ, অপঙবগী মমল অমদা পুরকই, নত্রগা অপঙবনা অশিংবগী গুণ পুম্ন মক মাংহল্লি।

প্রোতিয়স— মরম অসিনা নংগী মরৈনা ঐহাক অপঙবা তারে ?

ভেলেন— নংগী ফীবম্না প্রমাণ ওইরে।

প্রোতিয়স— মুংশিবগী মরান নং ফংলে—মহুদি ঐভোন্দা হায়নু, মরমদি ঐহাক মুংশিনরবনি অহুগা মুংশিবদি নত্তে।

ভেলেন— মুংশিবনা নংগী মপুনি, মরম অসিনা নহাক মহাক্লা লাকলে। অহুগা মপু অমগী অপঙবা মীনাই ওইনা পুন-ত্রিবা মহাক অহু, ঐগী য়াথন্দা অশিংবা কৌই।

প্রোতিয়স— অহুম ওইনমক কবিনা হায়, খাইদগী মনম মুংশিবা লৈরাংনা মপুং ফানা শাৎত্রিবা মতম অহু ফাওবা তিন্না অসুক মুংশিবা পুন্সি অহু মাংনবা শেয়ে। মহুদি মীওই-বনা মুংশিবনা খাইদগী অশিংবনি হায়না পুক্লিংগী মথক্তা নমথাক তৌই।

ভেলেন— অহুগা কবিনা অসিমু হায়, মপুং ফানা শাত্রিবা অপোম্ব লৈরাং তিন্না মাংহনবগুম্না, নহা ওইবগী অশোনবা, ভাব তাদবা, মুংশিবনা অহানবা থাক অহুমক মাংহল্লি। মসিগী

অনৌবা, অভেকপা, মপুংফানা ফজবা অশা পুম্নমক, অপঙবা তাহল্লি, মমৈথংদা চাউথংহন্দে। নঙোন্দা পাউ-তাক পিহুনা মতম মাংহল্লে, নহাক অসিদা করিম্ব তানিং-ঙোই মরমদি মুংশিবগী অকনবা ঊথল্লা অপঙবগী চাক্লবা লাইনিং ওইরি। বিদায়, অমুক হন্না হায়রি বিদায়! ইপা-না ঐবু হিথাংকমদা ঙাইহৌরি।

প্রোতিয়স— অদুগা ঐহাক নংগা লোয়ননা হিথাংকমদা লাকহন-বিয়ু ভেলেনতিন।

ভেলেন— প্রোতিয়স, চানবিহুনা খুদোংথিবহু লৌবিরগু। হৌজিক চপ মান্ননা ঐখোয় খুদিং ছুটি লৌনরসি। মিলন্দা ঐহাক লৈতবা মতমদা, মতৌ করম্না নংগী মুংশিবা চাউথংলকপা অদুগা মফম অদুদা করি থোকখিবা নংগী চিঠিনা থংহল-লকউ। অদুগা চপ মান্ননা ঐঙোন্দা থোকপা পুম্নমক নংঙোন্দা খঙহল্লকে।

প্রোতিয়স— মিলন্দা মুংঙাইবা পুম্নমক নঙোন্দা লাকপা ওইসনু।

ভেলেন— মান্নবা অদুমক য়ুমদা নঙোন্দা লাকপা ওইয়ু; মরম অসিন বিদায়। (চংথিবা)

প্রোতিয়স— ইকাই খুম্নবগী মতুংদা মানা চেল্লি, অদুগা ঐনা মুং-শিবগী ভুংদা চেল্লি। মহাক মশামক্তী মিংচংনা হেন্না পাল্লা মখোয়বু ইকাই খুম্নবা পিনবা, মহাক্না মরুপ মপাং থাদোকই। মতম অসিদা ঐনা ঐমক্তী মরুপ মপাং মুং-শিনবদগী কাইনৈ। জুলিয়া! নংনা ঐবু অনৌবা মীশক-কুম থুনা হোংইদা। ঐগী হোংনবা নংনা মীয়াইহল্লে, মতম মাংহল্লে। অশিংবা গুণগী মাইয়োক্তা লান্দারে, সং-সার শীংনরে। নংগু কংক্লবা য়াখন্দা ঐগী থম্মোই মারে; অদুগা মুংশিবদা তাউবা ঐগী লৈঙবা য়াখল নংনা [illegible]মদে।

( স্পীদ চংলকপা )

স্পীদ— ইবুংঙো প্রোতিয়স ঈশ্বরনা ঙাকপিবা ওইসনু। ঐখোয় ইবুংঙো ভেলেনতিন উবিহৌবরা?

প্রোতিয়স— হৌজিক্তা মকম অসিদগী মিলন চৎনবা জহাজ লৌবা চৎখি।

স্পীদ— মরম অদুনদি তশেংনা মহাক হায়না জহাজ কম্পাক য়োগ্রে অদুগা ঐনা য়াউশেনবনা লাপ্না হুন্দোক্লবা অপাংবা য়াউ তারে।

প্রোতিয়স— অশেংবনি, মপু লৈত্তবা য়াউনা মতম থরা কোইঙাওননা চৎপা।

স্পীদ— ঐগী ইবুংঙোনা য়াউ শেনবা, অদুগা ঐনা য়াউ ওইনা হায়বিরিব্রা?

প্রোতিয়স— মানি।

স্পীদ— মতুংদা ঐগী ইচি অসি মাগী মসি মতম পুম্বদা ওইরব্রা? ঐগী ইবুংঙোনা য়াউ শেনবা অদুগা ঐনা য়াউ ওইরবদি ঐখোয় অনিমক ইচি পাম্নি। য়াউগী মচি পানবা মরম্না মাগী মচি মপু কনানো? মরম অসিনা ঐখোয় অনিমক ইচি পাম্নি হায়সনু।

প্রোতিয়স— মতিক চাবা য়াউগী অপঙবা পাউথুমনি।

স্পীদ— প্রমান অসিনা থরা হেন্নদুম ঐহাক য়াউ ওইরে।

প্রোতিয়স— অচুম্বনি, নঙগী নবুংঙোসু য়াউ শেনবনি।

স্পীদ— নত্তে, মরৈ অদু ঐহাক য়াবা ঙমদে।

প্রোতিয়স— মসি অসুম য়ারো, হৌজিক ঐহাক অতোপ্পা মরৈ অমা কমদোনা ওইরিবনো হায়বা প্রমান তোগে।

স্পীদ— য়াউশেনবনা য়াউ থি, অদুগা য়াউনা য়াউ শেনবা থিদে ঐনা ঐগী ইবুংঙো থি ইবুংঙোনা ঐবুদি থিদে। মরম অসিনা ঐহাক য়াউ নত্তে।

প্রোতিয়স— য়াউনা শক্তিকীদমক মপু থি, য়াউ শেনমনা মচিঞ্জাকী দমক থি য়াউ থিদে। নংনা ভলবকি নবুংঙো থি; নংবু নবুংঙোনা পিনবগী থিদে—মরম অসিনা নং য়াউনি।

স্পীদ— নংগী অসিগুম্বা মরৈ অমনা ঐহাক অশেংবা য়াউ ওইহনবা ভমগনি ভমগনি নিংই। অতুনা য়াউ মান্না ঐহাক বা-হায়না খোংগে।

প্রোতিয়স— নং ভারত্রা? জুলিয়াদা ঐগী চিঠি পিখ্রব্রা?

স্পীদ— হোয়, ইবুংঙো।

প্রোতিয়স— মহাক্না করি হায়রকপগে হায়বনি?

স্পীদ— (মকোক্ন হায়বা) নোদ........এই হোয়।

প্রোতিয়স— নংনা অহানবা নোদ অদুগা মতুংদা এই রাহৈ অনিসি ভিম্নরগা নোদ্দি অপঙবা হায়বরা?

স্পীদ— ইবুংঙো লাম্না লৌরে, নংনা ঐঙোন্দা মাগী চাল খক্তিক-কাওবা লৈত্রবরা হায়বদ্রদা ঐন্না হায়জবদি মাগী পুক্নীংগী য়ানিংবা থরক্তি লৈ হায়জবনি মতুন্না ঐন্না হোয় হায়জ-বনি।

প্রোতিয়স— রাহৈ অনিদু পুন্না লৈবনা অপঙবা ওইরে।

স্পীদ— ইবুংঙোনা রাহৈ অনি অদু ভিজনবা হোৎনবগী কন্দ অপঙবা হায়না লৌরে।

প্রোতিয়স— নক্তে নক্তে, নংনা চিঠী পুবনিনা অপঙবগী মিং অদু নংনা কংগদবনি।

স্পীদ— য়াম্না করে, নংগী মংঙাইনবা মশক নাইদবা করমবো অন্নাবরো অয়েংপা লৈতনা ঐনা পুরনি।

প্রোতিয়স— করি, নংনা ঐবু কয়া লোয়নে?

স্পীদ— হরাউনা চপ চানা ইথৌ পাংথোকপা নংগী চিঠি পুই খুদোংথিবা অদু পাংথোকত্রবগী অপঙবা মীংথোন লংলে।

প্রোতিয়স— নংগী হৈশিংবা পুক্লিংনা ঐবু কার্সী তৌ, অদুগা ঐহাক নংগা মরূপ ওইবা গুমলরোই।

স্পীদ— অদুগা হৌজিকসু নঙোন্দগী শেন পীনবা হোৎনবদা ঐগী হৈশিংবদু হুড়িক্তা তপ্পা মঙোন্দা থুংলরে।

প্রোতিয়স— ভাইখো, করি তৌত্রে ঐঙোন্দা শেংনা হায়রু। মহাক্ন করি হায়রকই?

স্পীদ— শেনগাউ হাংদোকউ, অদুগা ঐগী পাউগা নংগী শেনগা মতম অমত্তদা শিন্নশি।

প্রোতিয়স— য়ান্না ফরে, নংগী হোৎনরুবা অদুগী শেল অসি লৌরে। মহাক্না করি হায়রকই?

স্পীদ— শেংনা হায়রবদি ইবুঙো, মহাক ফংবদা খরা রানা থোক-কনি হায়না ঐনা খল্লি।

প্রোতিয়স— মদু মানা তৌখিবা নত্রগা হায়খিবদুদগী নংনা থং-লকলরা?

স্পীদ— ইবুংঙো, নংগী চিঠি মঙোন্দা পীরুবদা চুকেত অমা কংল-বদি লাইরতুনা করিসু নত্তবা কাওবা ফংবা গুমদে। অদুগা নংগী পাউ পীরুবা ঐঙোন্দা মাগী খমোই অসুক কন্না শোকপশিনদি নশামক মাঙোন্দা চুংশি রারি শাবা মতমদ নঙোন্দসু ঐঙোন্দা ভৌবগুম্না খমোই কনগন্দ্রা হায়বগী ঐহাক কিরে। মহাক ইসপাৎ-কুম্না পুক্লিং ইথক কৈতবগীদমক হিগুা নত্তনা মাঙোন্দ চুংশি খুদোন পিবিগদু।

প্রোতিয়স— মহাক্না করি হায়বগে? করিসু হাদবা?

স্পীদ— নত্তে, মহাক নংগী অন্নামন অসিথকংকাউবা লৌ হায়দে। নংগী পুক্চেল্ল চাউবা উৎপগী খুদম ওইনা হৌজিক্তা ঐঙোন্দা পেনি তরুক পিবিবা অসিগী, মদুগী ঐহাক থাগৎচরি। নংগী চানবিবা অসিগীদমক হৌজিক্তগী হোনা

নশাগী চিঠি পুৰিহুনা পাওখুম পীবিনবা হায়জরি অহুগা ইবুঙো ঐহাক হৌজিক হল্লগে অহুগা নংগী পুকচেন চাউনা পাংথোকপিখিবা অহু ঐথোয় ইবুংঙোদা নিংশিংহুনা তমজগে।

প্রোতিয়স— লাপ্পা চৎখরো অহুগা হিগী কাম্পাক কাখৎলু মফম অহুদা ইরাক্লরম্লনি খুদোংথিবা অহুদগী কলহৌ। নহাক লৈকংদা শিৰগী শাপ লৈরবনিনা নং য়াউরবদি হি অহু লুপ্পা ভমলোই। (স্পীদ থোকখিবা)

নঙোন্দগী হেন্না কবা পাউপুবা অমদা ঐগী চিঠি থানবা ঐ চৎকনি। নংগুম্না মমল লৈতবা মীগী মথুত্তগী মহাক্লা মসি কংখিবগুম্না তৌবসিদা, ঐগী চিঠি অসি মমল লৈনা ঐগী জুলিয়ানা লৌররোই হায়না ঐহাক নুংশা য়াম্না থিরে।

## ২ শুবা উৎপা

### জুলীয়াগী য়ুম লৈকোন

### জুলীয়া, লুছেতা চংলকপা

জুলীয়া— হৌজিক মফম অসি ঐথোয়দা ভাইরবনিনা নুংশি পাউতাক পীগদবা লৈরবদি পীরো।

লুছেতা— মানি ইবেম্মা, চেকশিন্দবদগী মাংদনবা মাংজোননা থৌরাং তৌ।

জুলীয়া— পুকচেন চাউবা লৈবাক মচা তাবা পুম্নমক্না মথোয়গা নুংশিনবগুম্না নুমিৎ খুদিংগী ঐগীদা লাকই। নংগী পুক্নিংদা মথোয়গী মজুংদগী কনানা খ্বাইদগী থাগৎপা য়াবা ঐবু নুংশিবনো?

লুছেত্তা— চানরিছনা মখোয়গী মিঃ অময়মত্ম হায়রিয়ু। অদুগা হৈগ্লিংলগী লমচৎ বাৎলবী ঐনা মখোয় থুদিংনা খনবা অদু হায়গে।

জুলিয়া— সার ইগলামোরী গী—হুংশিরা মিংয়েং— নুং করম্না খল্লি?

লুছেত্তা— নাইট অমা ওইনা য়াম্না শাবম্না হুংভাইবা, ফিজেৎ নানবা অদুগা কেয়া। অদুবু ঐনা নহাক ওইরম্লবদি মঙোন্দা লৈবা ওম্মোই।

জুলিয়া— ইনাক খুনবা মার্কেসিওগীদি করি খল্লি?

লুছেত্তা— মাগী মরন মথুম্নগী ঐহাক য়াম্না তোই। মাগীদমক মী অমা ওইনস্সু মহাক অসি চপ চানা চুম্বনি হায়না লৌই।

জুলিয়া— অদুগা মাইন্ড প্রোতিয়সকিদি করি খল্লি?

লুছেত্তা—হা ঈশ্বর! ঐখোয়গী মমুংদা কয়াদা অপঙবা থবক মতৌ করম্না পঙবদগী তৌখিবনো।

জুলিয়া— করি তৌরে—প্রোতিয়সকী মিং পনরদা থমোইদা অদুক য়াম্না হুংভাইতবা পোকইবা, মদুগী অর্থ করিনো?

লুছেত্তা— চাম্বী ইবেম্মা ঐবু ভাকপীয়ু। প্রে টিয়স কুম্না পুকচেল চাউবা মীশকী অফ-কত্তা য়েংহনা চৎপা, ঐনা মতিক চাদবী মীশক অমা ওইবনা, মাসি হকাইফমখোকপা কাহেনবা ওইখিনি।

জুলিয়া— লুহোংবগী লাম্বা অতৈদা ওইবগুম্না প্রোতিয়সতা থোই-দোক্না লাম্বা পাদবা করিগীনো?

লুছেত্তা— মদুগী মরমদি অসিনি নংবু থেম্না পুকচেলচাউবা অফবা কুম্নাপ্পী মমুংদা প্রোতিয়সনা থাইদগী কৈ।

জুলিয়া— নংনা অসুম্না মাবু খনবগী মরম করিনো?

লুছেতা— নুপী অমগী নুংশিবদমক খঙই অতৈদি করিস্নু খঙদে।
মরম অসিনা ঐনা মাবু শ্যাইদগী থাগৎনিংই, খমোইদা য়ানিংই। মতুগী মরমদি ঐগী পিনিংঙাই লৈতে।

জুলিয়া— ঐগী নুংশিবত্ত মাঙোন্দা পিগনি হায়না নংনা আশা তৌবরা ?

লুছেতা— মানি ইবেম্মনা নশামক শোয়হন্দবা পান্নবদি, নংগী নুংশিবা মতিক চাদবা মীদা পীরোইদবদি।

জুলিয়া— অত্তবু মাদি কৈদৌঙৈদস্নু ঐঙোন্দা বরগী থেমদে।

লুছেতা— মানি নংগী বর ওইগদবা খ্বাই পুন্নমক্তগী হেন্না নংবু নুংশিবা মীশক অত্তু ঐদি মানি খল্লি।

জুলিয়া— মহাক ব্রা খাজক্তা ঙাংই অত্তুনা উৎপদি মাগী নুংশিবা চাং য়াম্না য়ামদে।

লুছেতা— লোম্না কুপত্তুনা থম্বা মৈনা খ্বাইদগী শাফু কন্না চাকপা হেল্লি।

জুলিয়া— মখোয়গী নুংশিবা উত্তবা মখোয়শিং অত্তুদা নুংশিগত্রা।

লুছেতা— মী খঙনা নুংশিবা উংলিবা মখোয়দো মখোয়গী নুংশিবা য়োদে।

জুলিয়া— মহাক শেংনা ব্রাখল তৌবা নত্রগা মপুক্লিংদা পামলে হায়না আশা তৌই।

লুছেতা— ইবেম্মা চে অসি পাবিয়ু।

জুলিয়া— মানি জুলিয়াদা পীরকপনি হায়বা খঙলে, কনানা পিরকপনো হায়বিয়ু ?

লুছেতা— মহুংদা ইরিবা অত্তুনা মত্তুগী প্রমান তৌরনি।

জুলিয়া— হৌজিমক হায়য়ু মসি কনানা নঙোন্দা পীরকই ?

লুছেতা— সার ভেলেনন্তিনগী মনাই নিপানা, অত্তুগা ঐগী ব্রাখন্দা মসি প্রোতিয়সনা পিরকপনি হায়না খল্লি। নিপা অত্তুনা

মসি নঙোন্দা পিগে খল্লি— অদুবু ঐনা মহাক উনরুবদগী ঐনা নং শাদুনা মসি লৌহৌই। ঐগী ইরান ঙাকপিনবা হায়জরি।

জুলিয়া— নোলুকপা, হায়বা ইনবগী নামাদা হৌজিক মহাক ইকাই খঙদবা পাউ পু^া মীনি হায়না ঐনা হায়গনি। নুহোংদ্রিবী নৈশাবী ঐগী কজবা মিংচৎকি মাইয়োক্তা মত্তৌ করম্না ব্যবহার খঙদবা লমচৎতা খুদোংথিবা লৌদুনা ম্নারী শাবা অদুগা লোম্না থৌরাং তৌরীবা? ঐনা হায়^া থাজৌ মসি দায়ি য়াম্না চাউবা থবকনি অদুগা করম্বা মতিক চাবা মী অমা নংনা ওইদুনা মসি তৌরিবা? চে অসি লৌ, মসি ঐগী মাংদা হন্দোক্লবনি, অদুগা অমুক লাক্লগনু।

লুছেতা— দুংশিবগী চানবিবা ম্নাঙাংদা ভুকৎচবদগী হেন্না কন্না মতিক চাবা মনা অমা পীরে।

জুলিয়া— নং চৎকদ্রা-চৎলোইদ্রা?

পুছেতা— হোই অসিনা মরম ওইদুনা হীরম অসিগী মথক্তা চিক্না ম্নাখল তৌবা য়াররনি। (থোকখিবা)

জুলিয়া— অদুগা মতুংদা চিঠি অসি পাথোকে নিংই, হৌজিক্তা চপ-চানা মরান শিদুনা চৈথিবা মাবু হন্না কৌদুনা মা-ঙোন্দা পাংথোকপিনবা হায়বসি, ঐগী ইকাইনিংঙাই ওইবা থবক্নি। মহাক অসি কয়াদা পঙপ্রবা। মহাক ঐহাকশি নৈশাবী অমনি হায়বা খঙইবনি অদুগা মতুংদা ঐগী মিৎকি মাংদা নমদুনা চিঠি পীররোই।

নৈশাবীনা তুংদা মথোয়গী নোল্লুকপগী ম্নাংমদা মথোয়বু জুংশিবা মীশক্লা ভুকশিন্নকপা মতমদা ঙমদে হায়। অদুগা অশা তৌবা মীশক অদুনা মসি য়ারে হায়না লৌই।

নিংঙাই চাউবা অ্যাঙাংগী মতৌগুম্না, কয়াদা তুরুৎচনিঙাই ওইরবা মরম চাদবা হুংশিনবনো। অনাবগী শেবা তৌবা হুপীগী খুজিম্না অহানবা শোকহনখিবা অহুগা তেরবা মতুংদা শেবাতৌবগী অনীংবা পাংথোকখিবা অহু ওইনি।

রুরিগী লুছেতাদা, নিন্দাগী রাইনা মরুম অসিদগী লাপ্না চৎখিনবা লমচৎ নাইদনা হায়খিবনো মতম অহু ঐগী থমোইদা, মাবু মরুম অসিদা লেঙদনা লৈহন্নিংখি করম তৌনা ঐনা শক্তিগী মিৎয়েং অমনা মঙোন্দা অশাউব মিৎয়েং-য়েংউবা। অশেংবদি মতম অহু হুংঙাইবগী রাংমদা য়ানিংনা মোশোন তৌখি। ইশামক অরা অনাগী দন্দি ফংলবনিনা ঐগী অরানবা লমচৎ চৎখিবা অহু ঙাকপীনবা অমুক হন্না লুছেতানা কৌগনি। লুছেতা

(লুছেতা চংলকপা)

লুছেতা— ইবেম্মা করি পাম্বীবগে?

জুলিয়া— চাক চানবা মতম ওইরক্রবা?

লুছেতা— ওইরকলে হাযনা নিংই, নংগী মীনাই হুপী ঐঙোন্দগী নংগী অশাওবা কোক্লবা চাক হেন্না পামক্রম থোকই।

জুলিয়া— নংনা অগুক হুংঙাইতনা হায়রিবা করিগীনো?

লুছেতা— করিস্নু নত্তে।

জুলিয়া— করিগী লুকুথরিবনো?

লুছেতা— ঐনা হন্দোক্লস্বা চেহু খুনগে তৌবনি।

জুলিয়া— চে অদুমা নংনা করিস্নু নত্তে হায়রিবা?

লুছেতা— মসি ঐগীদমক্ত করিস্নু নত্তে, মরি লৈনদে।

জুলিয়া— মসিগী মরি লৈনবা কনাগুম্বা অহুগীদমক মহু তাজসনু।

লুছেতা— ইবেম্মা, মসিনা উপ্পাই ওইবা মখোয়শিং অহুগীদমক অচুম্বা অম্না ওইবত্তা নত্তনা মখোয়গী অরানবা মরান

অমতা পীবা ঙমদ্রিবা ফাওবা মসি অয়ানবনি হায়বা য়ারোই ।

জুলিয়া— নংগী মুংশিনবা কনাগুম্বা খরনা শৈরেং ওইনা ইত্থনা পীরকপা ওইরম্বা য়াই ।

লুছেতা— অত্থনা চপ চাবা শুরদা ঈশৈ শরুবা ইশৈ অত্থগী শুর পীরুবা করিগীনো। নংদি অচৌ অশাংগী মপোক্লিনা ময়াম তাবদা মুংঙাইবা শৈরেং কয়ম্না শেম্বা হায়বত্থ নং খঙই ।

জুলিয়া— অঙাংগী শাম্নপোতকুম্না মমল লৈতবা খরা ঐনা শেমলে লাইট ও লব কি শুরদা শকউ ।

লুছেতা— অমুক ফজবা শুর—লুমল্লি খাঙবা য়াই ।

জুলিয়া— খাঙবা য়ারে, মতুংদা খাঙবা য়াবা নত্রগা অথিংবা খর অসিমা ওইরকপা য়াবরা ?

লুছেতা— মানি নংনা ফজনা শরুবদি ফজবা ইশৈ ওইরনি ।

জুলিয়া— অত্থগা নংদি করিগী শকলোইদৌরিবা ?

লুছেতা— মসি ঐঙোন্দদি য়াংমল্লি ।

জুলিয়া— নংনা অমুক ফজনা ঙাংইবা ঈশৈ অত্থ ঐ য়েংগে নংনা তৌশিন্নত্থনা ঙাংইবশি ঐহাক চাং য়েংগে ।

লুছেতা— নংনা মপুংফানা ঈশৈ অত্থ শকপা পান্নবদি খাংবা কন্না শুর অত্থ ফজনা শেমখো অত্থগা হৌজিকসু নংনা হৌরিবা শুর অত্থ ঐদি পামদে । মত্থ পুম্নমক লোইনা হোংদোকউ ।

জুলিয়া— নং ঐগী শুর অসি পামদে ।

লুছেতা— নত্তে ইবেম্মা ! মত্থ য়াকমল্লি।

জুলিয়া— অঙাউবী নবেম্মদা অসিগুম্বা য়ারী তৌবদসু নহাক খাংবসু ঙমদবা ।

লুছেতা— মিনিট অমগী মমাংদা য়াংমন্না হৌখি, অত্থগা হৌজিক্কা

অমুক নেমল্লে। খোঞ্জেন য়াকনা শকপদগী ঈশৈ অহু মাংলে। অনেম্বা অৱাংবা অনিগী মরক্তা অথুম্বা খোম্বোক অহু ওইহল্লু

জুলিয়া— নিপাগুম্না লাকপা য়াদবা খোম্বোক অহুদা ময়াই ওইনা থমজ্ঞ হায়বা।

লুছেতা— অতোনবা কাদোকশিংনা কাংলুপ কাংলুপ শিংনহুনা শান্নবগুম, প্রোতিয়সকী মহুত্তা অতোপ্পা মুংশিনবগা হৌন শক্নবা ঐনা হোদোকই।

জুলিয়া— অতনবা ৱারী অসি তোকলসি, থিন্দনা ঐঙোন্দা ওৎল-নি। নংগী হায়বা ইন্দবা ৱাঙাংনা খোইনা হেন্না পুক্লিং লাংহল্লে। (চিঠি শেগাইবা) লাপ্পা চৎলে।— অহুগা চেশিংহু মখোয়না লৈবা মফম অতুদা অহুম তাহুনা লৈসহু নংনা চে অসি পাইরবদি ঐবু শাউহল্লগনি।

লুছেতা— নহাক্ শাউরমাল্লে, অতোপ্পা চিঠি অমনা অমুক হন্না শাউহল্লবদি অওইবা ওইবা মুংঙাইনি। (চৎথিবা)

জুলিয়া— নত্তে চিঠি অসিনা ঐবু শাউহল্লে। কমদোনঃ ঐগী থুংনা অসিগুম্বা মুংশি ৱাহৈশিংসে মচেৎ-মচেৎ শেগাই-থিবা। ঐগী তুকৎচনিংঙাই ওইবা থুৎসে—খোইহি থকপা লাকপা অপঙবা মহু পানবা জীবগুম্না—খোইহি পিরিবা হয়িংখোই অহুবু চিকতুনা হাৎখিবা অহুগুমইদা। ঐনা তৌথিবা পাপ অহুগী চে মচেৎ থুদিং, দণ্ড ওইনা চুপকনি। য়েংউ চে মচেৎ অসিদা ইরি, "থৌজান হৈবী জুলিয়া" হায়না। প্রোতিয়সতা তৌথিমল থঙদবা অহুগী-দমক মুংশি হৈঙনা দণ্ড কংলে। মতৌ অসুম্না থৌজান হৈবী জুলিয়ানী মিং থাবা চিঠি অসিগী মচেৎ অহু মুংদা থাদরে। মহুনা নংগী তুকৎচরবা মিংচৎতু থিহল্লে। মচৎ

অসিগী মতুংদা প্রোতিয়সকি থমোইদুংদা মুংশিবগী অনাবা ওইরে হায়না ইরি। মুংশিবনা শোক্লবা লাইবকথিবী! ঐগী থাবাক্লা কমুং ওইনা মসিগী মথক্তা নংগী অনাবা মপুং ফানা ফজিবা ফাউবা থমগেকো। অদুগা মতৌ অমুন্না, নংগী মিং অসি শোকতুনা অনাবা কনবা চুপচগে। মফম অমি অহুম থোক্লা,প্রোতিয়সকী মিং ইরি। থেক্লা কোয়না চেনবা হে মুংশিবা। ঈংনা চেৎপা ওইসনু। থৌজানহৈবা মালংবা, চেকশিনবিয়ু— চিঠি অসিগী মতুংদা য়াওবা ঐগী মিং—নত্তনা রাহৈ অমাকাওবা, লাপ্না হুমদোকখিনু। অকনবা মোংলৈ মুংশিংনা অকুৎ অতোং নাইবা মুংজাউ, অদুগা অকিবগী মশক মানবা অথৌবাময়াগা লোয়ননা য়াল্লিবা মুংহুম, অদুগা মফম অদুদগী অহৌবা খোম্বাংগী নোংলৈ মুংশিংকা লোয়ননা লাপ্না সমুদ্রদা হুমদোকখিনি হায়না ঐনা খল্লে। পিল্লবা চে মচেৎ অসিদা পরেং অমত্তদা অপাম মুংশিদা লুপ্লবা; লাইবকথিবা প্রোতিয়স; জুলিয়া মুংশিবদা লুপ্লবা, প্রোতিয়সকি মিং ইরিবা অসি য়েংউ। চিঠি অসিগী শরুকশি ঐনা সেগাইদুনা লাপ্না থল্লবনি। মথল মথেন য়াম্বা মাগী মুংশি রাহৈগা লোয়ননা, ঐগী মিংগা মাগী মিংগা অমুক ফজনা তিন্নবা—মতুংদা শেগাইদুনা লাপ্না হুন্দোকলোই। ঐনা ঐগী মিং য়াওবা মাগী মমিং থাবা চে মচেৎ অসি অমুম থল্লনি। হৌজিক মখোয় অনিমক অমনা অমবু মথোয়না পামজবা মওংদা লাম্থেংনবা অদুগা কাজিন্দুনা চুপচবা ওইসনু।

( হন্না লুছেত্তা চংলকপা )

লুছেত্তা— ইবেম্মা হৌজিক চাক লোইরে নপাবুংনা ঙাইহনা নৈহৌরি।

জুলিয়া— ফরে চৎলসি।

লুছেতা— মফল অসিদা তারিবা চেশিং অসে করি তৌননি অরোনবা পুন্নমক পীথোকপিথো।

জুলিয়া— নংনা চেশিংসে অরুবনি হায়না লৌরবদি, নংগী নথৌ ওইনা মখোয় অসি লৌখৎলু।

লুছেতা—মখোয় অসি হুঞ্জেরুবা, নংনা ঐবু দণ্ডি পীহনা ৱারকঞ্রে। থৌশাদনা লৌখৎপা কিবনা মকম অসিদা মখোয় তুংদা তাহৌররোই, চাইখাইহনা মাংহল্লোই।

জুলিয়া— মহাক মচেৎশিং অহু খৌরাংনা পামই হায়বা ঐহাক খংই।

লুছেতা— মানি ইবেম্মা. নংনা খংইবশিংদো হায়বা য়ারনি। ঐসু উইজেয়ে—ঐবু মিৎ তাংবা ওইনা নংনা খল্লিবোই।

জুলিয়া— তোকলো, ঐখোয় চৎলসি। অনিমক চৎখিবা )

# ৩শুবা উৎপা

## এণ্টোনিওগী য়ুম

### এণ্টো, পান্থিনো চংলকপা

এণ্টোনিও— পান্থিনো! ঐখোযগী ইনাওগা নংগা লোয়ননা কনাগুম্বা অমগীদমক, অহুক লুবা ৱারি শারিবহু করিগীনো, ঐঙোন্দা হায়রু?

পান্থিনো— মহু নচা ইবুংঙো প্রোত্তিয়সকি মরমদনি।

এণ্টো— করি, মহাক করি তৌরিবা?

পান্থি— পুকচেল চাউবা! প্রোত্তিয়সকি নহা ওইরিবা, হায়বা ইনবা পূন্সি, য়ুমদা ৱানা লৈহনবা, অহুগা কনাগুম্বশিংনা

মখোয়গী মচা মশু মীয়ৈবাক্তা থাহ্নুনা মখোয়গী পুন্সি চাউখৎনবা চাং য়েংউনবা থাদোকই, অহ্নদা ওন্নহ্নুনা মানা য়ায়ী ত্তৌবনি।

থরনা থাপ্পবা বীপ পুখোক্লবা থরনা বিশ্ববিদ্যালয়দা মহৈ তমউনবা থাই। প্রোতিয়সতি মশাগী চাউখৎনবগী-দমক্তা কয়া হোৎনরিবা পুন্নমক অসিগী নত্রগা করিগুবা হীরম অমগীসু মতিক চায়। মাবু য়ুংদা ৎথীদনবা হায়য়ু হায়না ঐহোন্দা হায়। নহা ওইরিঙৈদা লম কোয়হৌদবা অসিদগী অহল ওইরক্লবা মতমদা মহাক মতিক চাদবা ওইরবনি।

এণ্টোনিও— নংনা মহু ত্তৌনবা হেন্না হায়বা ক ন্নরোই। থা অমরোম অহুত্তা খন্দুনা লৈরক্লবনি। মরম অহু য়ান্না চেক-শিন্না থল্লে, মহাক য়ুমদা লৈহ্নুনা মমল য়ান্নবা মতম মাং-হল্লে। করম্না মাগী পরিক্ষা তৌদনা, পৃথিবীগী মপান্দা মহৈ তম্নবা থাদে কনি। মতিক চান্নী, নোম্না কনবনা, থুনা হৌবা মতমগী মহুংদা মখা তানা থবক ত্তৌহ্নুনা বুদ্ধি তানগদবনি। হায়য়ু, খাইদগী কবা মাবু থাগদবা মকম অংবু কদায়দনো?

পাস্থিনো— পুকচেল চ উবা, প্রোতিয়স অসি নিংথৌরেলগী লোই-শংদা থবক তৌবা,ভেলেনটিনগা তিন্নৈ হায়বা খঙলমদবা য়াই।

এণ্টে নিও— মহু ঐ য়ান্না মুন্না খঙই।

পান্থিনো— ঐনা খনবদ', মহাকপু মকম অহ্নদা থাথিবা ফগত্রা থল্লি। মকম অহ্নদা অচৌ-অশাংগী য়ায়ৌ, সিকাইগী শ ক্লেন, চেন চোংবগী মশান্ন; পোকম হৌকক্ন কবগী চাউ খংলব মথল কয়াগী মমুংদা মহাকসু মতিক চাবা ওইক্লনি।

এণ্টোনিও— নংগী অশিংবা ঝাহৌদোক ঐ পামই নংনা অকবা পাউত্তাক পীরে। অদুগা মদু করম্না ঐনা পামইবনে৷, নং শেংনা খঙবা য়াগনি ঐনা নংগী পাউপাক মতু্‌ইন্না তৌরগনি। নংগী পাউত্তাক্তা য়ারে। থোইদোকপা থৌরাং খমগা লোয়ননা নিংথৌবেলগী লোয়শংদা প্রোতিয়স থাগনি।

পাস্থিনো— ইবুংঙোনা ঐবু মথা তানা হায়রহনবিয়ু,—হয়েং আলফোনসো অদুগা অতে পুক্‌চেল চাউবশিংগা লোয়ননা নিংথৌরেলগী ইকাইখুম্নবা উৎপা ওইনা, মখোয়গী থবকনিবা চৎকদৌরি।

এণ্টো—য়াম্না ফবা কাংবুনি,মখোয়গা লোযননা প্রোতিয়স চৎকনি। অদুগা মতম চানা মহাক মফম অসিদা লাকলে। হৌজিক ঐগী থৌরাং মঙোন্দা হায়গে।

(প্রোতিয়স চিঠি পাহ্নুনা চংলকপা)

প্রোতিয়স— নুংশিরবী জুলিয়া; নংগী নুংশিরবা চিঠি,! করম তৌরগা নংগী নুংশিবা, ঐগী পুন্সিদা থুংগনি। মসি মাগী মথুৎনা ইবনি; মাগী পুক্নিংগী ইথক পুহ্নুনা মাগী নুংশিবা ইকাইখুম্ননা ঐঙোন্দা ঝাশরুপা তমলরি। ঐখোয় ঐখোয়গী ইপাশিংনা ঐখোয়গী নুংঙাই য়াইফনবা মখোয়গী য়াথংগা লোয়ননা ঐখোয়গী অপাম-নুংশি করম্না কোংদোকতুনা ঐখোয় অনি লুহোংগদগে। ও; থমোয় শেংবী জুলিয়া।

এণ্টোনিও— য়াম্না ফরে, করি চিঠিনো নংনা পারিরদো?

প্রোতিয়স— মসি মরুপ মপাংগী নুংঙাইবা কোংদোকপা ভেলেনতিনগী চিঠিনি, মঙোন্দগী লাকপা মরুপ অমদগী ঐঙোন্দা পীরকপনি।

এণ্টোনিও— ঐভোন্দা মিনিট অমত্তা পীয়ু করি হায়না ইবগে য়েংগে।

প্রোতিয়স— মহাক্না করম্না নুংঙাইনা লৈবা, মাগী অনিংবা করম্না থুংবা, কয়াদা নিংথৌরেলনা লুম। নুংশিনা অমসুং মাগী ম্রাখলদা ঐগা লোয়ননা লৈমিন্নত্নুনা, লাইবক্কবা শরুক অসি য়াম্মিন্নরবদি নুংঙাইনি হায়না ইরকই। অতৈ করিস্নু হায়দে

এণ্টোনিও— মাগী অনিংবা অত্নু নংগী পুক্নিংদা য়ানিংব্রা ?

প্রোতিয়স— মাগী ম্রাখলদা ঐগী আশা থমদে, পুকচেল চাউবা নংগী অপাম্বা অত্নুদা তাংজত্নুনা লৈ।

এণ্টোনিও— মাগী ম্রাখল অত্নুগা ঐগী ম্রাখলগা খরা মখৈদি মান্নরে ঙক্নু; যাম্না থুনা ঐনা মত্ত পাংথোক্নুগনি। মশক নাইদবা করিনো অমা; ঐহাক লেংদনা তৌগে। মাসি অরোইবনি। নহাক ভেলেনতিনগা লোয়ননা নিংথৌরেলগী লোয়শঙদা মতম খরা লেনগদবনি। মহাক্না মকম অত্নুদগী মরী লৈননা ফংবা শেল অত্নুগা মান্ননা ঐনা পীগনি হয়েং নশামক চংনবা থৌরাং তৌরুরো। ঐনা লেপপ্রবা ম্রাখল অসিদগী, লৈথোক্নবা তৌরন্নু।

প্রোতিয়স— পুকচেল চাউবা দরকার লৈবা পোৎ-চৈশিংত্নু অসুক থুনা শেম শাবা ঙমলোই। নোংমা নিনিদং থম্বীনবা হায়জরি।

এণ্টোনিও— য়েংউ নংগী করি করি চঙবা পুম্নমক নংগা লোয়নগনি। নহাক মতম কুইনা য়ুমদা লৈবা য়াররোই। নহাক হয়েং চংকদবনি। পাম্বিনো; লাউ নংনা মাগী থোংচং অসিগী থুনা শেম শাগদবনি।

(এণ্টো, পাম্বিনো চংখিবা)

প্রোতিয়স— মৈশা লাংবা কিবদগী মৈ থাদোকনে অতুবু মসি তৌহুনসু, সমক্রদা থংলুপ লুপলে অতুগা ইরাক্লয়ে ঐগী তুংশিজরবি জুলিয়াগী চিঠি অত্ত য়েংকনি কিবদগী উৎপা ছমহৌদ্রে। ঐগী অরানবা রারী অতুনা খুদোংচাবা লৌ-হুনা ঐগী তুংশিবগী মায়য়োক্তা মকোক থোংনা খ্বাইদগী য়েংথিবা ওইব্রে। ও; তুংঙাইবা তুংশিবগী বসন্ত ঋতুহু শক্তিবু থাগী তুমিংকি মঙানগুম্মা থুনা চংখি। মিকুপ অমদা মাগী লৈজবা খ্বাইদগী মঙান চাউবা ফজবা পুন্নমক তুংদা অথুবা লৈচিন অমা লাকতুনা মঙান পুন্নমক লাপ্পা পুব্রে। (পান্থিনো চংলকপা)

পান্থিনো— ইবুংঙো প্রোতিয়স নপা ইবুংঙোনা কৌরি। মহাক য়াম্না থুহোরে অতুনা ঐনা লাকপিনবা হায়জরি।

প্রোতিয়স— ঐগী লংকৈ চংনবা হায়জবা শেম শারে। অতুগা ঐনা হায়জবা মতমদা য়াদ্রে— মসিদা ঈংনা লেপব্রে। ঐহাক চংকদ্রা? ঐগী মহৌশাগী উংকৈ চংনীংবগী অপাম্বদগী জুলিয়া তুংশিবনা হেন্না কল্লি। অরোয়বদা মসিনি ঐগী কিরেপ। (থোকখিবা)

## এক্ট ২—১

### ড্যুককি কোন্নুং, মিলন
### ভেলেনতিন, স্পীদ চংলকপা

স্পীদ— মসিদা ইবুংঙোগী গ্লোপ লৈরে।

ভেলেনতিন— মহু ঐগী নত্তে, ঐগীদি ঐনা উং লে।

স্পীদ— মসি জুরা অমনি ইবুংঙোগী ওইগনি।

ভেলেন— করি? য়েংগে.... মহু ঐ.ঙাপ্পা পীয়ু, মসি ঐগীনি নংগী

গ্রোপশিংসে অশেংবা ক্জনা শেম-শারবা নত্রগা লাইগুম্বা খুৎনা হুংশিনা ক্জনা য়োমলে। মসি সিলভিয়াগীনি। ও ; সিলভিয়া-সিলভিয়া।

স্পীদ— ( কৌরদুনা ) ইবেম্মা সিলভিয়া, ইবেম্মা সিলভিয়া।

ভেলেন— করিগী মাবু লোয়নবা মীগুম্না কৌরি ?

স্পীদ— ইবুংঙোনা নেম্না সিলভিয়া হায়না কৌবা অদুদা, মহাক্তি অনকপদা লৈতে, অদুনা তাররোই হায়দুনা তৌবনি।

ভেলেন— অদুবু নঙোন্দা মাবু কৌনবা কনানা হায়খিবগে ?

স্পীদ— পুকচেল চাউবা ঐহাক লানথ্রে।

ভেলেন— য়াম্না করে, নংনা থবক তৌবদা হাথু-হাথু কৈদৌঙৈদা তৌরোইদবনি।

স্পীদ— অদুগা হৌখিবা থৌদোক্কী মতুংদা, নংনা ঐবু ভগ্নগীদমক চৈখি।

ভেলেন— তোকলো, ইবেম্মা সিলভিয়াগী মরম নংনা খঙলবদি ঐঙোন্দা হায়য়ু।

স্পীদ— ইবুংঙোনা হুংশিবা মহাক অদুগীরা ?

ভেলেন— করি, ঐনা মাবু হুংশি হায়বা নং করম্না খঙই ?

স্পীদ— Mary না খংগনি। হুংশিনবা অমগী থোইদোকপা থুদমশিং অসিননি। অহানবদা সার প্রোতিবসকী মতৌ-গুম্না, হুংঙাইফম খঙদবা মীশক অমগী লমচৎ-শাজৎ, ইবুংঙোগী পাম্বোম ভেকপা ছোর। রোবিণ রেদ ব্রেষ্টকী মতৌগুম হুংশি ঈশৈ শকপদা পেপ্লে, লৌনগনবা লায়না থুংবা মীগুম হুংশাখ্বর ফুইনা হেন্দুনা, নতোমতা কোয়রে। অহানবা মপী লাইরিক মঙথ্রবা অঙাংগুম কপ্লে, মবেন-বোক লৈখিদবদা ঙাইরিবা হুপীমচাগুম কপ্লে, চাবা থিংবা অনাবগুম খজিক্তা চারে। হুরানবন হুথ্রনি কিবা কনানা

কিরম্বুনা, অচিকপা অহিংদা হৌগৎতুনা লেনবগুম, মতম লেপ্লে ; হেলোমাসদি কুম্মৈদা ভিক্ষা চৎপগী মতৌগুম রা ঙাঙবদা খজিক্কা ঙাংলে। মমাংঙৈদদি নোকপা মতমদা য়েনবাগুম হৌনা নোকলম্মি। ইবুংঙোনা চৎপা মতমদা নোংশাগুম খোংথাং চেৎলম্মী, চারা হেনবা মতমদা চাক চাবা মীগুম উখি। রানা উখিবা মতমদা শুপনতগী শেন রাৎপনা ওইখি। অতুগা হৌজিক্লা সুংশিবী সুপী লোয়নবা অতোপ্পা ১ ওইনা হোংখ্রে। ঐনা য়েংবা মতমদা ঐগী ইবুংঙোনি হায়বা ফাওবা খঙবা লুনা থোকলে।

ভেলেন — সুংশিবা খুদমশিং অসি ঐঙোন্দা চুরবরা ?

স্পীদ— ইবুংঙোগী মপান্দা মথোয় পুম্নমক খঙনরে।

ভেলেন—ঐ য়াওদনা মপান্দা খঙলবা ? মতু ওইবা য়ারোই।

স্পীদ— ইবুংঙো নত্তবা? ইবুংঙোদি অসুক মতিক চমই, ইবুংঙো নত্তবগীদমক্ মতু শেংলে। ইবুংঙোনা করি তৌথিবা,মী খুদিংদা অসুক পঙনা উৎলমজ্রবদি, কনা অমত্তনা খঙবা ঙমললোই। অসিগুম্বা লমচত্তগী, নংগী মহৌশাগী লমচৎ থারে! অপঙবা রাথলশিংনা নংগী পুকনিংদা চংতুনা অসুক শেংনা মথোয় মতোমতা, মী খুদিংগী মিৎ কানবা উৎলি। ডাক্তরনা অনাবা অমা থম্নবগুম, নংগী থরাই সুংঙাইত্তবা মী খুদিংনা য়েংশিল্লি।

ভেলেন—ঐগী পুকচেল চাউবা সিলভিয়াগী নং থংলবদি হায়য়ু।

স্পীদ— অহিং চারা চারিঙৈ মতমদা, ইবুংঙোনা মিৎকম হোংদনা য়েংখিবা, মহাক অতুগী মরম নত্রা?

ভেলেন— নং মতু উহৌবরা? ঐনা হায়বসু মাবুনি।

স্পীদ— ঐহাক মাবু খঙজদে ইবুংঙো.।

ভেলেন— ঐনা মিৎকম হোংদনা মাঙোন্দা য়েংবা অতু নহাক খংই

হায়না হায়খ্রে অহুম ওইনমক, মহাকপু হৌজিক থংদে হায়। মহু কমদৌরিবনো করি হায়রিবনো ?

স্পীদ— মহাক য়েংবদা অথিবদি নত্তমাগে ইবুংঙো ?

ভেলেন— মহাক মশক ফজবগুম, কুচুদি অহুক হাকনা পানদে।

স্পীদ— ইবুংঙো· ঐ মহু ফজনা খল্লে

ভেলেন— নহাক করম্না খঙই ?

স্পীদ— ইবুংঙোগী মিত্তা, নহাকপু মুংশিনা উবা কংবা অহুক, মহাক ফজদে '।

ভেলেন— ঐনা হায়বদি মহাক মপুং ফানা ফজরে, মাগী মশক মতৌ ফজবা, পুকনিং চুবা অহুনসু চাংনাইনা মুংশিরে অহুগা কনাগুম্বা·অমনা চাংদম্নবা ওম্বদগী, হেন্না চাউরে মমল য়ামলে।

স্পীদ— মহুগী মরমদি মাংজোননা য়েক্. খোৎপগী ফলনি অহুনা অভৈহু মমল লৈত্রিবা।

ভেলেন—অমনা মচু শঙবা, অহুগা অভৈনা শীংথানদবা হায়না নংনা হায়রিবা অহুগী আর্থ করিনো ?

স্পীদ— Mary না খংগনি মহাক অসুক্কী মতিক ফজনা য়েকলে ইবুংঙো, মহুদি কনা অমত্তনা মাগী ফজবা অঙ্গ করিগুম্বা মথলগী মমলদা খনদে।

ভেলেন— মতুংদা নং ঐগী করি খল্লি ? ঐহাক মমল য়াম্মি হায়না লৌরে, অহুগা মাগী ফজবা অথোইবনি খল্লি।

স্পীদ—মাগী শককম, মহৌশাগী ফজবা মওং মতৌ মাঙবা হৌথিবা অহুদগী, নং মাবু কৈদৌঙৈদা উথিত্রি।

ভেলেন— নংনা হায়রিবা মহৌশাগী ফজবা মওং মতৌ হোংদোকথিবহু, মতম কয়া কুইরে ?

স্পীদ— নংনা মাবু মুংশিবা মতম পুম্নমক্তা।

ভেলেন— ঐনা ইহান হান্না উখিবা মিংকুপ অত্থুদগী ঐনা মাবু হুংশিখি। ঐদি মতম চুপ্পা ৰুজনা মাবু উই।

স্পীদ— নংনা মাবু হুংশিরবদি, অশেংবমক নং মহাকপু উত্রি।

ভেলেন— করিগী ?

স্পীদ— মরমদি হুংশিবদি মিং তাঙই উবা ঙমদে। নংগী পুকচেল চাউবী হুংশিবীগা, ঐগী মিংকা নত্রগা নংগী মিংকা মিচানবা ৰুংখিবদা, ঐনা করি করি হায়না থনখি। সান্না প্রোতিয়সনা হুংশিবদা লুপতুনা মোজা মরী য়াওদনা হুংশি মায়কৈ পাংখিবা মতমদা, নংনা থিনা চৈবা অত্থু।

ভেলেন— ঐগী হান্নগী মিং নত্রগা নংগী মিং অত্থু ঐগী মিং ওইরম্ল-বদি, মতম অত্থুদা ঐনা করন্না মাবু উগনি ?

স্পীদ— নশাগী অপঙবগী থোদো অত্থুগা মাগীনা হান্নগী মিংয়েংদগী, খজিক্তুং হোংগনি। প্রোতিয়সকিদি হুংশিনবনিনা মাগী যুমদা মোজা ফানবা থোরী উবা ঙমদে, অত্থুগা নংগীনা খোঙ-মোজা উপ্তুবগী কান্নবা উবা ফংলোই।

ভেলেন— ওইবা য়াই নিপা মচা, নহাক হুংশিবদা লুপলে। মরম অসিনা ঙরাং অয়ুক নমিং উহৌদবদগী, ঐগী খোংউপ শেংদোক্তে।

স্পীদ— ঐনা ঐগী ফমুং হুংশিবদা, মত্থু অসুন্না ওইখ্রে ইবুংঙো ঐনা ফমুং হুংশিবগীদমক, চৈকু অমা পীবীবগী থাগৎনি-ঙাইনি পুকচেল চাউবা সীলভিয়া হুংশিবগীদমক ঐবু চৈত্থুনা থোগৎলে।

ভেলেন—য়ারী অসি লোইশিল্লশি, ঐনা নঙোন্দা হায়রিবা অসিনি ঐহাক মহাকা হুংশিনবা লেপখ্রে।

স্পীদ— মরম অসিনা নংগী হুংশি লৈপুন শেম্বগী, নখোয়গী ফম শেম্বা ঙম্লনি।

ভেলেন— ওয়াং সীলভিয়ানা মাগী তুংশিবদা পীনবা শৈরেং খরা ইনবা হায়রকই ।

স্পীদ— নহাক অদু পাংথোকপিরব্রা ?

ভেলেন— ইরে ।

স্পীদ— মখোয় অদু খোংভেকপা ওইনা ইদবরা ?

ভেলেন— নত্তে নিপা মচা, ঐনা হেক ওম্বা মথৈ ফজনা ই । লেপখো, মহাক অসিদা লাকলে !

স্পীদ— ( নাকন্দা ) এঃ ফজনা শাম্নবা অশাবা মূর্ত্তি লেঙলে ! ওঃ অঙকপা লাইফদিবী ! হৌজিক ইবুংঙোনা লাইফদিবী ভগোই শাবগুম্না, নংগী লেঙ-খোৎপদা শুক্কৎপা অদুগী ব্যাখা তৌহনা মহুগী আর্থ অমা ফোংলনি ।

( সীলভিয়া চংলকপা )

ভেলেন— ইবেম্ম, পুকচেল চাউবী তুংশিবী ! ঐনা নংবু লীশিং অমরক থুরমই ।

স্পীদ— ( নাকন্দা ) এঃ নশামক তুমিদাংগীসু য়াওনা পীরবা । মকম অসি ফজবা লমচৎকী অহেনবা ওইরে অদুগা ফজরব মীকৌ মীরাম্না থুক্কৎলে ।

সীলভিয়া— তুংশিখোইবা সার ভেলেনতিন ! ঐনা লীশিং অনিরক থুরুমলে থম্লি ।

স্পীদ— ( নাকন্দা ) খোইদোকপা তরাম্না ওকপা মীংগৌ মাঙোন্দা অদুগ পীরনি, অদুগা মাঙোন্দগী সীলভিয়ানা ফংবদগী হেন্না অমুক পীরনি ।

ভেলেন— নংগী শকখঙদবা অরোনবা তুংশিবদা পীননবা চিঠি ইয়ুহায়রবহু ইরে । নংগী পুকচেল চাউবী লমচৎ অদুদা ঐগী ইথৌ পাংথোক্লবা খনবা, পাংথোকচবগীদমক্তি ঐহাক লমন ভোনদ্রে ।

( চিঠি পীবা )

সীলভিয়া— সুংশিবগী থৌজান ঐনা থাগৎচরি। লাইরিক হৈবগী লমচত্তা ফজনা ইরে।

ভেলেন— ঐবু থাজবীয়ু ইবেম্মা! কনাদা পীনবনো খওদবনা ঐগী পুক্লিংদা চিংননা চেকশিন্দনা মহু ইখিবনি।

সীলভিয়া—অওইবমক নহাক হেনজিনা খুদোংথিবা ফংলম্বা য়াই।

ভেলেন— নত্তে, ইবেম্মা! মসি নংগী উপাই ওইরবদি অহুগা নংগী চানবীবা নয়াখং পীবিরবদি লিশিং অমা ঐনা ইগনি অহুগ অহুগা হৌজিকসু লেওদন .... ....।

সীলভিয়া— ফজনা পুক্লিং সুংওাইবা মতম অসিদা! য়াম্না ফরে, মসিগী মতুংদা নহাক করি হায়রকদগে হায়বা ঐহাক ভাব তারে। অহুগা হৌজিকসু মসি করিনো হায়বা ঐহাক হায়ররোই। অহুগা হায়দোক্তবগী মসি চেকশিন্না থম্লোই। হৌজিক চিঠি অসি অমুক হন্না লোবীয়ু, অহুগা ঐনা ঈংনা থাগৎচরি। অমুক হন্না নভোন্দা খুদোংথিবা অসি পীগে হায়বা ঐহাক খনদ্রে।

স্পীদ— (মতোমতা ওাংবা) অহুগা হৌজিকসু অমুক হন্না নংনা মাবু খুদোংথিহল্লনি। অহুগা অমুক হন্না ইংনবা হায়গনি।

ভেলেন— পুকচেল চাউবী নংনা হায়রিবহু করিনো? মহু পামত্রব্রা?

সীলভিয়া— হোয় মানি, পরেংশিংসে য়াম্না হৈ-শিংনা ই। নংনা মখোয় অসি য়ানিংদনা ইখি হায়বনিনা, মখোয় অসি অমুক হন্না লোবীয়ু। নত্তে, য়াদবা তৌবীহু মসি অমুক লোবীয়ু। (হন্না পীবা)

ভেলেন— ইবেম্মা, মখোয়সে নংগীদমক ইবনি।

সীলভিয়া— মানি ইবুংঙো; মসি ঐনা হায়জবদগী ইবনি। অহুগা

মসিনা করিসু ঐগী কাম্নবা ফংলোই। মসিদি নংগীনি। ঐনা মখোয় অসে হেন্না থম্মোই শোক্ল ইনবা অশা তৌরম্বনি।

ভেলেন—নংগী অচৌ-অশাং চুপী মপোক্না চানবীহ্নুনা ঐবু অতোপ্পা অমা ইহনবীয়্ন।

সীলভিয়া— অদুগা মসি ইবদা ঐগী ইহুত্তা মাসি নংনা পাবিয়ু। মসিনা নংবু পেনহল্লবদি য়াম্না ফরে অদুগা থৌজান হৈরে, ঐগী অনিংবা অদু পাংথোকপা ওইরনি। অদুগা মসিনা নংবু পেনহবা শুমত্রবদি .... ... ....

ভেলেন – ইবেম্মা, মসিনা ঐগী অপেনবা ওইরবদি, মতুংদা করি তৌগদৌরিবা ?

সীলভিয়া— মসিনা নংগী অপেনবা ওইরবদি নংগী অৱা অনা ফংবা অদুগী মনা ওইনা মসি লৌবিয়ু। অদুগা হৌজিক, নুংশিবা বিদাই ! ( থোকখিবা )

স্পীদ— এঃ করি ফাগীনো, কমদৌনা মাংখিবা ঐগী ইবুংঙোনা ভাব তাবা ৱাংপনা নত্তে। নিপা অমগী লাইবক্তা নাতোম্না তৌবগুম; মহাক উখিদবে। ঐগী ইবুংঙোনা মাংজোননা শেন পীবগুম মাগী নুংশিবা থি। অদুগা মহাক্না মাগী ছাত্রদা নুংশিবা ভম্বা লাকই, অদুগা মাগী ছাত্রবু ওম্বা নুংশিনবা মহাক্না ভম্বীখি। মসিদগী হেন্না ফজবা কনাগুম্বনা তৌখিবা লৈবরা, ঐগী ইবুংঙোনা মশা মতোমতা চিঠি ইহললি। অঙকপা চালাকনি।

ভেলেন— করে নংনা হায়রিবা অদু করিনো ?

স্পীদ— নত্তে, ঐহাক শৈরেং শেমই, ঐংঙোন্দা মসিগী মরৈ তৌকম লৈতে মরৈ লৈরিবদি নংগীনি। ঐগীনা শৈরেং পরেং খুদিংগী অৱোইবদা ছম্ন মাংহনবা, অদুগা নংগীনা মদৈ।

ভেলেন— মরৈ নত্রগা পুক্লিংদা পানবা অতুনা করি তৌবা ?

স্পীদ— ইবেম্মা সীলভিয়াগী থবক তৌবা অতুগা মাগী মহুৎশিন্না ব্রা ভাঙবা ।

ভেলেন— কনাদা ?

স্পীদ— নঙোমতা, খুদম অমনা নংবু হুংশিনবা শেম-শাথিবা উবীহৌদ্রা ?

ভেলেন— করি খুদমনো ?

স্পীদ— চিঠি অমনা, ঐদি থোইনা হেন্ন' পান্না হায়নিংই ।

ভেলেন— করিনো নংনা অসুম্না হায়রিবা ? মাদি ঐঙোন্দা চিঠি অমত্তা ইরক্তেনা ।

স্পীদ— মহাক্না ইবগী কান্নবা অতু করিনো, করম্বা মতমদা নশা নঙোমতা মহাকনা চিঠি ইহনখিবগে ফাগী অতু করিগী উহৌদ্রিবনো ?

ভেলেন— ঐনা হায়বা থাজো, পুম্নমক অমত্তা নত্তে ।

স্পীদ— অওইবমক, নহাক থাজবা ঙমদ্রে ইবুংঙো ; অতুগা মাগী অশেংবা অর্থ অতুসু নহাক লৌহৌবা ঙমদবরা ?

ভেলেন— মাগী হুংশিবা থিন্দুনা তাকপা ওইনা ঐঙোন্দা করিসু পীরমদে । মহাক্তি ঐঙোন্দা শাউনা ব্রাতমক হায়খি ।

স্পীদ— করিগী নহাক অতুম্না হায়রিবনো ? ·মহাক্তি নঙোন্দা চিঠি অমা পীরম্মী ।

ভেলেন— চিঠি অসিদি মাগী মরুপ্তা থাখিনবা ঐনা ইবনি ।

স্পীদ— অতুগা চিঠি অতু মীশক চুম্না নঙোন্দা হন্না পীরমলে ।

ভেলেন— মানা ঐঙোন্দা চিঠি অমুক হন্না পীরম্বা অসিদগী খ্বাইদগী কত্তবা থৌদোক করিসু লৈত্রে হায়না ঐদি খল্লি ।

স্পীদ— চিঠি অসি হন্না নঙোন্দা পীরম্বা অসি তশেংনা চুমই হায়না ঐনা থজে পীনি । ইবুংঙো নংগীদি ত্তোয়না চিঠি ইদো,

অদুগা মাগীদি ইকাইবদগী নত্রগা অহাংবা মতম কংদবদগী ইবা ঙমদবা ওইরমগনি। নত্রগা মাগী পাউ পুবা মীনা মাগী অরোনবা হায়দোকখিবা য়াই হায়না কিবদগী পাউ থাররোই। নশানা মাগী পাউখুম ইত্তনা মাগী মুংশিবা তথীরম্লে। ঐনা হাযরিবা পুন্নমকসে অওইবা ঙাক্তনি, অইবা লাইরিক্তা য়াওবগুম্না মসি লৌবিরো। করিগীনো রাখল খল্লিবা অসিবো হৌজিক চাক চাবা মতম ওইরে।

ডেলেন— ঐহাক চাক চারে, চাববোই।

স্পীদ— চুমই, ঐনা হাযবা তাবিয়ু ইবুংঙো। মপুকচেল লেপ্পুবা মানবা মুংশিবা অদু ওইরবসু, তিস্থুক মুংশিবগীদমক চাক য়াওদনা মুংশিত্তা হিংবা ঙম্বনি। চাক ওইনবশিংগী মসুংদা ঐসু অমনি। ঐদি চাক চাবনা হেন্না পামই, নংগী মুংশিবীগুম্না তৌরসু। হোগৎলো, লাকও— ঐসু থরা চাগে। (চংখিবা)

## ২ শুবা

### ভেরোনাগী জুলিয় যুম।
### প্রোতিয়স, জুলিয় চংলকপা

প্রোতি— পুকচেল চাউবী জুলিয়া! ঈংনা চীক্লা লৈবিহৌকো।

জুলিয়া— নংগী খোংচৎ খাম্বা ঙমদবনিনা, প্রতিকার লৈতবা মকম অত্তদা চীক্লা পুন্দি লেনহৌরনি।

প্রোতি— ঐনা পাংথোকপা ঙম্নবা মতমদা থুনা য়াঙনা লাকনি।

জুলিয়া— নংগী পুক্নিং হোংত্রবদি তশেংনা মহাক ঙম্না লাকনি নংগী জুগীয়াগী য়াইফনবঃ থম্মোয়মুংদা খুদম অসি চেৎনা থম্বীয়ু। (খুদোপ পীবা)

প্রোতি— নংবু মুংশিজবগী খুদোপ অসি ওস্থোক্লবা ওইনা, নঙোন্দা খুদোপ অসি পীহনবিয়ু। সে মসি লৌ।

জুলিয়া— খুদোপ পীবা অমসুং লৌবা অসিনা ঐখোয়গী মুংশিনবা চপ চানা চেৎশিনবা ওইরসন্থু।

প্রোতি– পুন্সি অসিগী নঙোন্দা ঐগী পুকচেল শেংবা থাজবা য়াশক্লা বন্ধক ওইনা ঐগী খুৎ অসি লৌবীয়ু। ঐনা চৎত্রিঙৈ মমাংদা নংবু নীঙজবগী ঐগী থমোয়দা অরাবা লৈতনবা পুক্নিং শোকপা অচুগীদমক মুংশাখ্বর ফুইনা হোন্দোকলি। ঐগী মুংশিজরবা নং কাইনবগীদমক, মিৎকুপ অমগী মন্থুংদা লাইবকথিবা অরাবা থরনা ঐবু দণ্ডি পীবা ওইসন্থু। হৌজিক থৌজানগী ঈচেন অচু সমক্রুদা লাক্লে। নত্তে, চানগীছনা নংগী পিগী ঈচেন অচু ওইদসন্থু। নংগী নমিৎকি ঈচেন অছুনা চপচাবা মতমদগী মতম শাংনা লৈহন্দুনা দণ্ডি পীরনি। বীদায় জুলিয়া!

(জুলিয়া থোকখিবা)

য়াহৈ অমতা হায়রমদনা মপান থোকখিবা করিগীনো? মানি, অশেংবা মুংশিবগী লমচৎনি। মশামক য়াহৈনা ফোংদোকপা ঙমদ্রে। য়াহৈনা ফোংদোকপদগী হেল্লা ফজবা পুক্নিংগী ঈথক্লা লোয়ননা, অশেংবা লমচৎনা ফোংদোকলে। (পান্থিনো চংলকপা)

পান্থিনো– ইবুংঙো প্রোতিয়স! নহাকপু ঙাইনরে।

প্রোতিও– চৎলো ঐ লাক্লে, লাক্লে। হে মুংশিবা! লাইবকথিবা শাবী-শানৌ কাইনবগী অসিগুম্বা বীদায় লৌনবশিনা মুংশিনবশিংগী য়াহৈশা ফোংবা ঙমদবা অরাবা ওইরে।

## ২—৩ শুবা

### মফম—লম্বী
### হুই অমগা লাউন্স চংলকপা

লাউন্দ— নত্তে, ঐ অমসুং পরিবারগী মীশিংনা থমোয় শোকনা অরোইবা লৈতনা কপ্পা লোইদ্রিবৈ মমাংদা মতম হোৌগ্র-নি। বাইবলদা য়াওবা মচা মুপাদা খরচ য়াম্না ত্তৌনবা পীবগুম ঐহাক প্রোভিয়সকা লোয়ননা নিংথৌরেলগী লোয়শঙদা চংনবা য়াথং ফংলে। ঐগী হুই ক্রেবনা হুই অতৈদগী থমোয় কনবা হেল্লি নীংই। ঐগী ইমা, ইপা, ইচে, ইচন, মীনাই ফাওবা মখোন থোক্না লাউনা কপই। ঐখোইগী হৌদোংনা ব্বারত্নুনা মখুৎনা নাল্লি, অত্থুগা য়ুম অপুম্বা মকম মরাং খংদ্রে। মসিগী থাগৎনিঙাই লৈত্রবা হুই অসিদি পি মরিক অমা কাওবা তাদে। ঐগী হুই অসি মুংনি, হুই অমগী মুংশিকম থোকপা মাগী লৈত্তে। থমোয় কল্লবা জ্যাউ ফাওবা ঐগী খোংচং অসি উরগা কপকনি। মত্থুদি ঐগী মম্নিং উদ্রবা ইবেনবোক বিদায়গী য়াথং লৌবা চংপদা অসুক্কী মতিক কপথি।

নত্তে মসিগী নিয়ম অত্থু ঐনা নঙোন্দা উৎকনি। য়েৎকী খোংউপ অসি ইপানি নত্তে নত্তে ওইগীসি ইপানি নত্তে নত্তে, ওইগী খোংউপ ইমানি, নত্তে অনিমক অমত্তা ওইবা য়ারোই। মসে ওইগীসি খুয়াদা থরা হোরে। খুয়া হোবা অসিনা ইমানি অত্থুগা মসিনা ইপানি। ঐনা কয়িগীনো মসিনা ইমানি হায়রিবা। করে পুন্নমক চুংল্ল।

অঙোৌবা চৈতুপ অসিনা ঐগী ইচম্নি মরমদি মহাক থরো-মুক ঙোৌই অত্নগা শাজৈমুক ময়াং কংই। তুপী অসি নংগীনি। হুই অসিনা ঐগী ওইসনু, নত্তে হুইাদ হুইনি অত্নগা ঐদি হুই নত্তে। নত্তে নত্তে হুইনা হুইনি ঐনা ঐনি। হৌজিক ঐহাক ইপাদা লাকলে ( য়েৎকী খোং-উপ ) পাজি! আর্শিবাদ পীবিনবা হায়জরি। খোংউপ অত্নু রা ঙাঙবা থোকলোই মরমদি মহাক কপলি। (ওইগী খোংউপ,) হৌজিক ইমা লাকলে। জঙ্গলগী শা অযোমগুম মহাক্না করম্না রা ঙাঙগনি। য়াম্না ফবে ঐনা মাবু চুপচরি। খোংউপ অসি ইমাগী শ্বর হোন্দোক হোজিন মনম নমই। হৌজিক ইচনলোমদা অমুক লাক্লে ( মাগী মনাদা চৈথমলহনা ) তাওগী মাগী অরাবগী অনেম্বা খোঞ্জেন্না ঙাং-ইবসে। পুন্নমক অসিগী অরোইবদা হুই অসে রাহৈ অমা ফাওবা নত্রগা মপী মরীক অমা ফাওবা তাদে। অত্নগা ঐগী মিত্তগী লৈমায়দা তাবা পী অত্নু যেংলি।

( পাম্থিং৷ চংলকপা )

পাম্থিনো— লাউন্দ চৎলো, চৎলো জহাজ তোংখৎলো, নংগী নবুংঙো হিন্নুংদা থোৌরাং পুন্নমক লোইহৌরে নহাক হি অমদা নৌ অমগা লোইননা মহাক উননবা হিথাংফম তান্না চৎকদবনি। করি তোৌরে? করিগী কপলি? ল.প্না চৎঞ্রো অপঙবা নংনা কুইথরবদি নংনা জ্বার মাংহনবা ওইরনি।

লাউন্দ— জ্বার কাবা নংত্রবসু মসি করিসু তোৌবা য়ারোই মরমদি মাদি মীন্নুংশি থঙই অত্নগা কপাগুম্বা মী অমনা মতম চুপ্পা থোৌরী অমনা পুন্নি।

পাম্থিনো— নঙনা খ ইদগী তমথিবা হায়না হায়রিবা অত্নু করিনো?

লাউন্স— মকম অসিদা ঐগী হুই ৱাইখু অহু পুল্লবসিনে।

পান্থিনো— অপঙবা ঐনা হায়বদি সমক্লগী ইথক্লা হুমদোকখিহুনা নখোয়গী জহাজগী খোংচৎ হৌগ্রগনি হায়বনি। অসুম তৌনা মতম মাংহল্লবদি নবুংঙোগী ভুং ইনহল্লোই। নবুংঙো ভৎনরবদি নংগী থবক লোইরে। নংগী থবক মাংগ্রবদি ( পান্থিনোগী মচিন খুৎনা মেনবা ) করিগীনো নংনা চিন ফারিবা ?

লাউন্স— নঙগী জবান মাংখিগদ্রা নিংহুনা চীন ফাবনি।

পান্থি— মকম কদাইদা ঐগী জবান মাংগদৌরিবা ?

লাউন্স— নঙগী লোইবা নাইদ্রবা ৱারীনা।

পান্থি— নংগী নমৈ অশাংবনা।

লাউন্স— নংনা হায়রিবু খুদক্তা ঐখোয ইবুংঙোগা লোয়ননা চৎমিন্নহৌদ্রবদি ঐগী থবক, হুই অহুগা ঈহৌ মাংখিনি চাযনা ? ফবে নিপা, থেংখিবা অহুনা করিসু তৌবা যারোদ। ভুরেল অহুদা ঈশিং লৈত্রবদি, ঐগী পিনা থংহনগনি। সুংশিৎ লেপগ্রবদি ঐনা ঐগী কুইনা হোম্বা সুংশা খরনা জার ওইনা মরাইনা চৎচনি।

পান্থি— অতনবা ৱারী অহু তোকলো, ঐহাক নংবু কৌরুনবা থারকপনি।

লাউন্স— ইবুংঙো নংগী অনিংবহু করিনো ?

পান্থি— নং চৎকদ্রা চৎলোয়দ্রা।

লাউন্স— য়াম্না ফরে ঐ চৎলমি।

( অনিমক চৎখিবা )

# ২—৪ শুবা

## মিলন. ্যক্সী কোন্নুং

## সীলভিয়া, ভেলেনটিন, থ্যোরিও অমস্থং

## স্পীদ চংলকপা

স ৎ ভিয়া— ৎংশিবা !

ভেলেন— হুংশিব্বী সীলভিয়া।

স্পীদ— হবুংঙো ! সার থ্যোরিওনা অশাওবা মিৎয়েংনা অদোমবু যেংত।

ভেলেন— মানি অঙাং, হুংশিবদগীনি।

স্পীদ— অদোমবু হুংশিবা নত্তে।

ভেলেন— নত্তে ইবেম্মবু হুংশিবদগীনি।

স্পীদ— অদোমন য়ৈথুরবদি ফরনিদা।

সীলভিয়া— হুংশিবা, নহাক মাইথোং লাংশিল্লে।

ভেলেন— অশেংবনি, ইবেম্মা, ঐহাক য়ারে।

সীলভিয়া—নংনা ঙমদ্রিবত্তু অশেংবা উংপা ঙমগদ্রা ?

ভেলেন— ঐহাক ঙম্বা য়াহ

থ্যোরিও— মরম অসিনা অশেংবত্থু নহাক তং তৌরে।

ভেলেন— তাং তৌরিবদি নংনি।

থ্যোরিও— ঐনা তৌদবদা তৌসিন্নবা অত্থু করিনো ?

ভেলেন— শিংত, তশেংবদি পঙই।

থ্যোরিও— ঐঙোম্বা লৈবা অশিংবগী মায়োক্তা লৈবা থুদম করিনো ?

ভেলেন— নংগী অপঙব মতৌ।

থ্যোরিও— ঐগী অপঙবা নহাক কদাইদ উই ?

ভেলেন— নংগী কোৎ চাদবা মিৎনা উরে, মত্তু অপঙবগী নোয়ানি।

থ্যোরিও— অকৌবা কোৎ অসি হৌজিক মতমদা চানবগুম্না চৎনরি।

ভেলেন— অনিমক য়ানবা শিজিন্নরবদি নহাক অনিরক পঙলে।

থ্যোরিও— করিগী?

সীলভিয়া— নহাক শাৎরে, সার থ্যোরিও, করিগী মায় ভাংলি-বনো?

ভেলেন—ইবেম্মা, মানা তৌনিংবতা তৌসন্তু। মহাক অসে পুকচেল লেপ্তুবা তিন্থোকক্লুম্বনি।

থ্যোরিও— মানি, তিন্থোক্লা তৌবগুম্না লম্মাংদা লৈবদগী, নংগী ঈ থকপা ঙম্বা মপুক লেপ্তুবা মী অত্তু ঐনি।

ভেলেন— অশেংবমক নহাক মমল য়াম্বা থরা হায়রে।

থ্যোরিও— মানি ইবুংঙো, ঐহাক হৌজিক হৌজিকীদি হায়গ্রে।

ভেলেন— ইবুংঙো নংগী মওং ঐ মুন্না থৎন, নংনা য়া ভাংদ্রিবৈ মমাংদা মতম পুম্বদা নরৈ ফাও।

সীলভিয়া— পুকচেল চাউবা! ঐখোয় সার থ্যোরিওদগী ফজরবা য়াহৈ য়াতা ভাবা ফংলে, তেন কাপ্পগুম্না অমনা অমগী পাউথুম পীনরে।

ভেলেন— অশেংবনি, ইবেম্মা, সার থ্যোরিওদগী অঙকপা দান অসিদা ঐখোয়না থাগৎচনিংঙি।

সীলভিয়া— মীশক অত্তু কনানো, ইবুংঙো?

ভেলেন— নহাক্কানি, চান্নরবী, নংগীদমক থমোয়দা য়াথল তৌনবা শক্তু পীগ্রে। নংগী মুংশিবা মিৎয়েংনা সার থ্যোরিও মাগী পারক্কী লৌশিংনা ভাৎতৌবা লমচৎকুম নংগী মরূপ ওইনা পুম্নবা হায়রে।

থ্যোরিও— ইবুংঙো, নংনা ঐনা হায়ব অত্তুগী পাউথুম পীরবদি

নংগা ঐগা খণ্ডবা তাম্নবগী লাম্লেংনরে। নংগী লৌশিং মপুং ফানা মাংহল্লবা'ন।

ভেলেন— মতু ফজনা খণ্ডন, ঐ ইবুংঙো নংগী ৱাহৈগী পুক্কৈ লৈ হায়ব— অতুগা ঐনা ৱাখল তৌবদা নহাক নংগা লোয়নবদা করিগুম্বা পোৎ অমা ফাওবা পীবা ঙমদে হায়বা অসি নংগী ফিজেৎ অতুদগী খণ্ডই।

সীলভিয়া— পুকচেল চাউবশিং, অমুক হন্না মথা তারমু, ভোক্লো, মফম অসিদ ঐগী অপোকপা লাক্লে।

(ড্যুক চংলকপা)

ড্যুক— ইবেম্মা, সীলভিয়া, হৌজিক নহাক মীয়াম্না ইকোয় কোয়শিল্লে হায়বা ঐনা উরে। মতুদা নহাক হুংঙাইতবা খর শোয়দনা ফংলমলগনি।

ইবুংঙো ভেলেনতিন, নপা ইবুংঙোদি হুংঙাইরিদনা; নংগী মরি মত্তাশিংগী য়াম্না ফজবা পাউ পীরকপা নহাক্না ফংবদা মতু নহাক করম্না থল্লি?

ভেলেন— ঐগী ইবুংঙো, মফম অতুদগী ঐগী পাউ পুবীরকপা কনাগুম্বা অতুদা ঐগী অপেনবা লোংদোকচগনি।

ড্যুক— নংগা মফম অমত্তুদা থবক তৌমিন্নবা ডোন এন্টোনিও খণ্ডব্রা?

ভেলেন— খণ্ডৈ, ইবুংঙো! অচৌবা মরন মথুম পায়বা অমসুং মমিং চৎপা মীশক অমনি। মাগী অৱাংবা মিংচৎ মতিক চাদবা ওইরোই।

ড্যুক— মহাক্তী মচানিপা লৈত্তবরা?

ভেলেন— হোই, ঐগী ইবুংঙো, ইকাই খুম্নিংঙাই ওইবা হায়বা ইনবা মপাগী মতিক চাবা অসিগুম্বা মচা অমা লৈ।

ড্যুক— নং মহাকপু নীংথিনা খণ্ডব্রা?

ভেলেন— ঐখোয় অঙাং ওইরিবৈদগী হোৌনা ইশাগুম্না মুম্না খঙই। অঙাং ওইরিবৈদগী হোৌনা ঐখোয় থুদ্বিং মরুপ মপাং ওই-না মতম লেন্নমিন্নে। অদুম ওইনমক, ঐ ইশাদি ইরান লৈতনবা অদুগা শেংনা চাওখৎনবা ঐগী অহল্ল ওইরবা চহি মতাংদা, মুংঙাইগদবা অদুগুম্বা মতম অদু অঙাং ওইরিবৈদবা ইথৌ তৌদনা অরেম্বদা মাংগ্রে। অদুগা প্রোতিয়সতি অঙাং ওইরিবৈদগী মথৌদা পুক্নিং চংঙি! মহাক চহি অঙাং ওইরি, মকোক নৌরি অদুগা মাগী শিংবগী গুনদি মপুং ফারে। অফবা গুন পুম্নমক্কা লোইননা পুকচেন্দা অমদি শাবোন মুর্ত্তিদা অকাওবা পুকচেল চাউবা মী অমা ওইনা মপুং ফারে।

ভ্যাক— নংনা মাগী মরমদা হায়রিবা মহাক নিংথৌরেনগী মতিক চাবা পাউতাক পীবা নত্রগা মন্ত্রি অদুগা মহারানীনা মুং-শিনা লোয়নবা ঙম্বা মতিক চানা প্রমান পীবা ঙমদ্রবদি —মহুগী নং ঐবু শাপ তৌজো। য়াম্না ফরে ইবুংঙো! অরাংবা থাক্তা লৈবা মীশিংদগী মপুং ফানা থাগৎপগা লোয়ননা পুকচেন চাউবা অসি ঐগী নাক্তা লাক্লে। মফম অসিদা মহাক ঐখোয়গা লোয়ননা মতম খর লেনগে থল্লে। ঐনা রাখল তৌবদা মসিগী অনৌবা পাউ অসিনা নংগী ফত্তবা ওইরোই নিংই।

ভেলেন— অতোপ্পা অমদগী হেন্না মমন য়াম্বা পোৎ মরুমসিদা লৈরবদি মহ মাগী মরুপ মপাং ওইনা ঐনা ফংজনিংই।

ভ্যাক— মতুংদা মহাক মতিক চারবা মতমদা ঐনা, ম্যাবু ওকনি। সীলভিয়া। সার থ্যোরিও, ঐনা নক্লোয়দা হায়রিবা অসিনি ভেলেনভিনগুম্বা কোয়রকপা মীগা মরৈ তৌনবা,

ঐগী করিসু কান্নবা লৈতে। মকম অসিদা ঐনা মাবু নংগী নাক্তা থায়রকনি। (থোকখিবা)

ভেলেন—ঐগা লোয়ননা লাকমিন্নরম্মি হায়না ঐনা ৱারী তৌখিবা পুকচেল চাউবা অহু অসিনি। মহাক্কী চান্নবা অহুনা মমিৎ কুপ্তুনা য়েংলকপা মতমদা উরবদি, মাগী মমিৎ অহু শষ্টিক মুনিগুম পুমলং লংই।

সীলভিয়া— মঙোন্দা হায়বা ইনবা, থাজবা, মুংশিবা মিৎয়েং খরা কংবদগী, হৌজিক মাগী মিৎয়েং হোংলবা য়ানা লৈ।

ভেলেন— নত্তে, মহাক হান্নগুম মুংশিনরি, ঐনা হায়রিবসি শোয়দ্রবনি।

সীলভিয়া— নত্তে হীরঃ অহুদা মহাক মমিৎ উররোই অহুগা মনিং উদ্রবনিনা মতৌ করম্না নংগা উ.নবা লম্বাথিবা ভমগদোৗরিবা ?

ভেলেন— করিগী অসুন্না হাযরি পুকচেল চাউবী! মুংশিবনা অতৈদগী হেন্না উবা ভমই।

থ্যোরিও— মীয়াম্না হাযনৈ মুংশিবনা মমিৎ নামত্তা পান্দে।

ভেলেন— থ্যোরিও নশ মকুম্না অ'সগুম্বা মুংশিব ভবদ', মুংশিবনা চুম্না য়েংবগী মথক্তা মমিৎ উগশিল্ল।

সীলভিয়া— চানবীহুনা ৱারী তৌবা তে'কপীবে', পুকচেল চাউবা নিপা অহুমক লাকলে! (প্রো'ত্তিয়স চংলকপা)

ভেলেন— ইবেম্মা, অচম্বা মীমুংশি খংবগা লোয়ননা মাবু তরাম্না ওকপিয়ু। লেংশিনবীরকউ চান্নরবা মরুপ প্রোত্তিয়স।

সীলভিয়া— নংনা পাউ তানিংবগী আশা তৌবা মীশক অহু মসি ওইরবদি, মকম অসিদা তরাম্না ওকপা অসিনা মাগী মতিক চাবা গুনগী জামিন পীরে।

ভেলেন— মহাক অহু অসিনি ইবেম্মা!

পুকচেল চাউবী নংগী অচৌ অশাং হুপীগী লিচৎনা ঐবু হুংশিনা তৌবিবগুম মাবুস্তু তরাম্না ওকপীয়ু।

সীলভিয়া— মক্তৌ অসুন্না মমল য়াম্বা হুংশিবা অমগীদমক, ঐস্তু নোংক্লপী হুপী অমা ওইরে।

প্রোতিয়স— মহু নত্তে পুকচেল চাউবী, অসিগুম্বা পুকচেল চাউবী হুপী অমনা হুংশি মিৎয়েং য়েংবিবা অহুমক, ঐহাক মতিক চাদে।

ভেলেন— মতিক চাদবগী হস্থবা ব্রারী অহু তোকখো। পুকচেল চাউবী, চানবীহুনা মহাকপু নংগী হুংশিবগুম তরাম তরাম ওকপীয়ু শেবা তৌবীয়ু।

প্রোতিয়স— ঐভোম্দা হুংশিনা তৌবীবা অহুগী, ঐনা চাওখোক্লা পাওথুম পীবা ঙমগনি।

সীলভিয়া— অহুগা ঐগী ইথৌ তৌবদা কৈদৌঙৈদা মহুগী মনা ফংনবা হাযখিদে। চান্নখোইবা! ঐগুম্বী মমল য়াওদবী হুপী অমদা হুংশি লৈপুন ওইবিনবা তরাম্না ওকচরি।

প্রোতিয়স— নং মশা নত্তবা অসুন্না ঙাইবা নিপা অহুগা শিমিন্নগনি, মহু কনানা হায়।

সীলভিয়া— মহু নংগী চানবীবরা?

প্রোতিয়স— নত্তে, নংনা হৌজিক্তা মহাক মমল লৈত্তবনি হায়না হায়গিবা মীশক অহুবুনি। ( মীনাই চংলকপা )

মীনাই— ইবেম্মা! নপাইবুংঙোনা ইবেম্মগা ব্রারী তৌনিংমাল্লে।

সীলভিয়া— মাগী নীংবা থুংনবা ঐহাক য়াওবা লাক্লে।

( মীনাই থোকখিবা )

সার থ্যোরিও, ঐখোয় চংলসি। ( প্রোতিয়স )

অমুক হন্না অনৌবী মীনাইনা তরাম্না ওকচরি। নয়ুমগী হীরমদা ব্র. থর খন্ননবা নখোয়দগী বীদায় লৌজরি!

নখোয়গী য়ারী লোয়রবা মতমদা ঐখোয় অমুক হন্না
উননবা আশা তৌজগে।

প্রোত্তিয়স— পুকচেল চাউবী, অচৌ অশাংগী মপোক্ত পোকপী
নঙোন্দা ইকাই খুম্নবা ঐখোয় লাক্‌নি।

( সীলভিয়া অমসুং থ্যোরিও চৎপা )

ভেলেন— হৌজিক্তি, নংনা লাকপা মকম অদুদগী মুমদা করি করি
তৌখিবা ঐঙোন্দা য়ারী লিউ।

প্রোত্তিয়স—নখোয়গী মরি মতা পুম্নমক খনা অয়েক লৈতে, অদুগ
মখোয়না য়াম্না সুংশিনা থাগৎলি।

ভেলেন— অদুগা নংগীনা করম তৌরে?

প্রোত্তিয়স- ঐনা থাদোকপদা মখোয় থোইদোকপা সুংভাইহৌদে।

ভেলেন— নংগী সুংশিবী জুলিয়া কংনবা হোৎনবদা নহাক কয়া
য়াম্না খরচ তৌগ্রে?

প্রোত্তিয়স—ঐগী সুংশিবা য়ারীনা নংবু অরাবা পীনিংদ্রে,সুংশিবগী
য়ারীনা নহাক সুংঙাইবা ঙমলোই হায়বা ঐহাক খঙই।

ভেলেন— চুমই প্রোত্তিয়স, অদুগুম্বা পুক্তি অদু হৌজিক্তি হোংগ্রে।
তুকচবগা লোয়ননা সুংশিবা লমচৎ চৎপা ঐগী পাপকী-
দমক দণ্ডি কংলে। পুক্লিংদা কাওবা সুংশি য়াথংনা, শাথি-
না চরা হেনবগা লোয়ননা ভেংথা নাওইরে। অহীংদা
পি তাবগা লোয়ননা মুমিৎ খুদিং সুংশাশ্বর ফুইনা হোন্দুনা
থমোয় কাইনঙাই ওইরে। ঐগী ইথক্তা সুংশিবগী তুক-
চবা লম্মন খুম্বগীদমক ঐহাক তুংশিবনা কোয়শিন্দুনা
অহিং তুম্বা য়াদে।
মসিনা ঐবু মীনাই ওইহল্লে। পুংজা খুদিং ঐবু হৌদোক-
নবা মখোয়না শেমই, অদুগা ঐগী থমোয়গী অরাবদা পুক্লিং
চংই। ওঃ লাইবক ফবা প্রোত্তিয়স! সুংশিবা হায়বা

অসি শক্তি লৈবা মপুনি, মসিনা ঐবু মতৌ অসুম্না হুন্দোকলে মতুদি মফম অসিদা হুংশিবগী দন্দি ফংহনা অরা অনা থাগুবা নত্রগা হুংশিনবা ফংনবা শেম্বগী হুংঙাইবগা, সংসারদা লৈরিবা হুংঙাইবগা চাংদম্নবা য়ারবদি—ব্রানঙাই লৈতে হায়বা ঐ য়ারে।

হৌজিক হুংশিবগী মরমদা নত্তনা ঐগী ব্রারী তৌনঙাই লৈতে। হৌজিক ঐহাক চরাহেনবা তোক্কুনা চাক চারনি। অহাংগী চরা চাহুনা হুংশিবা হায়বা অসি করিসু লৈত্রবনি হায়না থন্দুনা তুম্বা ঙমই।

প্রোতিয়স—মহু অওইবনি, মহুদা নংনা হেন্ন ঙাংবগী কান্নবা লৈতে। নহাক কদাই কাওবা লাইবক ফবা হুংশিনবা ফংলবগে হায়বা, নংগী মিৎয়েং থুদিংদগী ঐনা ভাবনা উবা ঙমলে মতৌ অসুম তৌনা, নংনা পুম্নপি পিথোক্কুনা ইন্নাংলিবী লাইরেম্বী অহু হৌজিক ঐখোয়গী ইরক্তা লৈরম্বী অহুরা?

ভেলেন—মহাক অহুনি, অহুগা মহাক অসি খ্বাইদগী মীথোই মীহেনবী স্বর্গগী লাইরেম্বী মাব্রা?

প্রোতিয়স—নত্তে, মহাক অসি সংসার অসিদা খ্বাইদগী ফজবা মীওইবগী মওংসু অমনি।

ভেলেন—চানবিহুনা স্বর্গগী ওইবা মিং অমা থোনবিয়ু।

প্রোতিয়স—নত্তে মহাক্না হেন্না মতিক চাবা অহুদগী হেন্না ঐহাক মাবু থাগৎপা তৌরোই।

ভেলেন—ওঃ ঐবু চানবিহুনা অসুম্না হুংশিবিয়ু, হুংশিবগী পান্দম-ফম, মমল য়াংনা থাগৎপনা হুংশিবগী অপেনবা ওই।

প্রোতিয়স—ঐনা হুংশিবনা নারিঙৈ মতমদা কাগী তৌহুনা অথাবা অয়াকপা হিদাক ঐঙোন্দা পিজখি। অহুগা মান্নবা অমা পিজবা ভাই।

ভেলেন— মতুংদা মাগী মরমদা অচুম্বা রারী শাবা মতমদা মাবু লাইরেম্বীগুম ইকাই থুম্না কৌবা ঙমদ্রবদি য়ামদ্রবদা মহাক পৃথিবী অসিগী মহুংদা লৈবা অথোইবা লাইগী হুত কৌ।

প্রোতিয়স— ঐমক্কী নুংশিবী নুপীনি হায়না থাদোকউ।

ভেলেন— নুংশিবা মরুপ! ঐগী নুংশিবগী মাইয়োক্তা থরাই য়াওন নিংবা লৈত্রবদি কনাগুম্বী অমদা কাইথোকপীগদ্রু।

প্রোতিয়স—ঐগী নুংশিজবী নুপীনা খাইদগী নুংশিজৈ হায়না রাথল তৌবদা মহুগী মরম লৈরোইদ্রা?

ভেলেন— অদুগা ঐনা মাবু চাউথৎলবা থাক অমদা লৈনবা নংগী মতেং পাংগনি। ইকাই খুম্নবা অসিনা মাগী থাক রাংলনি, মহাক ঐগী পুকচেল চাউবী নুপীগী ফিজেৎ শেৎকনি। মহুনা অনেম্বা সংসার অসিদা খাং মথাগী থজিক থজিক লেংবা ফিজেৎকী মপান অদু লোন্না চুপ্পা ঙমলোই। অদুগা অসুক ফজনা নাপন তৌনা হৌজিক কালেন লৈশাৎ তম্বী লৈরাং অদু চহি অমগী মতুং চহি অমা মহৌশাগী মথৌ মতুংতানা তৌহনবদা নুংশি হৈতবা অখাবা নিংখম উলেন্না নুংশি হৈতনা মপান মরা ফুক্না তুরুৎচনা মাংহল্লনি।

প্রোতিয়স— য়াম্না ফরে ভেলেনতিন! চাউথোকচনিঙাই ওইবা লৈরাং অদু করিনো?

ভেলেন— ঐবু ঙাকপীয়ু প্রোতিয়স! মাগীদমক হেল্দোক্লা মতিক চাবা পুম্নমক চাংদয়বদা মথোয়গী অরাংবা গুন পুম্নমক করিস্নু লৈতনা হম্বহল্লে হায়বা ঐনা হায়না ঙমই। মহাক মশামক অতৈগা মান্নদবা কাংলুপ অসিদা লৈরে।

প্রোতিয়স— নংনা হায়বা মতুং ইম্না মহাক মতোমতা অহেনবা

থাকী ওইরবদি মহাক করিস্সু কান্নদনা মতোমতা মহাক লৈরসন্নু।

ভেলেন— সংসার অসিদা পোৎ থুদিংমক ঐঙোন্দা মমল য়াম্বা ওইরবদি ঐহাক মসি ফাউবা হায়রমলোই। মহাক ইশাগীনি অতৈগী ওইবা য়ারোই করম্না হায়রোই নিপা। অদুগ হিরা অমগুম্না ঐগী থমোয়দা পাল্লি, মহুদি সমুক্রে কুনগুম্না মথোয়গী লৈঙোই মকুপ থুদিং সনা মনি মুক্তা ওইরবা, ঈশিং থুম্নবা মুংজাওশিং অশেংব সনা অদুগা স্বর্গগী লাইয়ামগী ইনাকথুনবা মচিঞ্জাক ওইবগুম ঐহাক মনি কংবগী ইনাক খুনবা ওহরনি। ঐবু ঙাকপীয়ু চান্নখোইরবা মরুপ! ঐহাক মিৎকুপ অমা ফাওবা নঙোন্দা ব্রাখন ভেনবা পীথোকপা ঙমলরোই, মরমদি ঐগী ব্রাখল পুম্নমক মাগী মথক্তা মুংশিনা চিংশিনবা নহাক উরে। ঐগী য়েক্লবা অপঙবা থ্যোরিও, মাগী মপাগী সম্পত্তি পাম্বনা মহাক্কা লোয়ননা চৎপ্রে। অদুগা ঐনা মুংশিবগী তুং ইনগনি, অদুগা নংসু য়েক্লবগী অকিবা-ভাবনা থংবা ঙম্লগনি।

প্রোতিয়স— অদুফাওবা মহাক্লা নংবু মুংশি হায়না ঐনা থল্লি।

ভেলেন— মানি, ঐখোয় লুহোংবগী ব্রাশক্লরে। অচম্বা নত্রে, ঐখোয়গী লুহোংবগী মতম মফম অসিদ লাপ্পা চেন্নবা থোরাংগা লোয়ননা ঐখোয় হৈ-শিংনা লেপ্পরে। শউনগী থোবী অসিনা ঐহাক মতৌ করম্না মাগী মিহুৎ কাগনি? ঐগী হাইফনবা দরকার লৈবা পোৎ থুদিং লোম্না থোরাং তোরে। ঐখোয় অনি ব্রা জাম্নশি। পুকচেল তিংবা প্রোতিয়স! থবক অস্নিগীদমক নংগা লোয়ননা পাউত্তাক পীবিনবা ঐগী কাদা চৎলসি।

প্রোতিয়স— মহাক হাম্না চৎলো, ঐহাক নংবু মপান্দা থিল্গে।

ঐগী শিজিন্নবা দরকার লৈবা পোৎ খর জহাজদগী লৌথনবা হিথাংকমদা শোয়দনা চৎলনি। অদুগা থুনা হন্নকুনা নংগী পাউত্তাক মতুং ইন্না পাংথোকনি।

ভেলেন—নহাক থুনা লাকত্রা?

প্রোতিয়স—লাকনি।

[ভেলেনতিন থোকখিবা]

মৈশা অমনা অত্তোপ্পা মৈশা অমা তাম্থোকপগুম, তুম অমনা তুম অমা হনবগুম, ঐগী মমাংঙৈগী নুংশিবী মপুং ফানা অনৌবা অসিনা কাউহল্লে। মসি ঐগী লমনতোন-দনবা থাগৎপ্রা নত্রগা অশেংবা ভেলেনতিনগী অচৌবা গুন্না কাহেন্না থাগৎপ্র। নত্রগা ঐগী জুলিযাদা থাজবা থুগাইবা অত্তুনা ঐবু মরম চাবা শক্তিগী, রাখল পরিংনা জুলিয়াদগী সীলভিয়াদা হোংবরা? সীলভিয়া! ফজে, মত্তৌ অসুন্না জুলিয়া ঐনা নুংশি নত্রগা হেন্না নুংশি হায়নিংই। ঐনা মতম অমা নুংশিখিবা মহাক অদু মাগীদমক ঐনা নুংশিবা হৌজিক হৌজিক থুগাইরে। মৈগী মৈশা মাইয়োক্তা থম্বা চাগী মূর্ত্তিগুম্না, মাগী নুংশি থুদম মমাংঙৈগী লৈরম্বা মাংখরে। হৌজিক ভেলেনতিন্দা লৈরম্বা নুংশিবনা পুল্লম্বা পুম্নমক থাদোক্নুনা, ঐগী নুংশিবা ফংনবা ঐগী ত্তোনিংবা তৌরনি। ওস্থোকপনি, ঐনা মাগী নুংশিবী নুপী হেন্না পামুবনা মরম অসিনা মত্তোন্দা নুংশিবা রাৎ-লিবনি। ঐগী নুংঙাইবা রাখল অসি মত্তৌ করন্না মত্তোন্দা য়োহনসিবা, অচুম অরান করিমত্তা থনহৌদমা ঐনা মাবু নুংশিখি। হৌজিকসু মাগী মপানগী মওংদং উবা ফংবগুম ফজবা অসিনা ঐগী রাফম অমগী, অফ-ফত্ত য়েংহুনা ঐগী লেপগ্রবা মিৎয়েং, মুৎলি মুৎলি মমি তায়। ঐনা মাগী মনুংগী ফজবা উরুবা মতমদা ঐগী মিৎ তাংলোইদবগী মরম লৈতে। ফরে, ঐগী অপাম নুংশি থিংবা ঙমত্রবদি ইশাগী-দমক মাগী নুংশিবা ফংনবা ওইথোকপা য়াবা চালাক শিজিন্নরগনি।

---

# ২—৫ শুবা উৎপা

## হান্নগীচুমক, লম্মী

## স্পীদ অমসুং লাউন্স তোঙান তোঙান্ন চংলকপা

স্পীদ—লাউন্স ! ঐনা নোলুকপা মিংগোনা রাশকুনা নংবু মিলন্দা থুংবগা তরাম্না ওকলি।

লাউন্স— অয়ুম্না রাশকন্থু মুংশিবা পাখঙ ! নহাক নরান লৈনা রাশকখিবা ওইরিনি, অশেংবদি নহাক ঐবু তরাম্না ওক্তে। হৌজিক ফাওবা ঐবু কনা অমত্তুনা ওক্তে। নিপা অমা কৈদোঙৈদা নহাক থৌরিদা য়াম্রিবা ফাওবা নত্রগা অতোপ্পা য়ুম অমদা খুৎথক অমগী মমল পিত্থুনা চুমনা চংবিরকউ হায়না তরাম্না ওকত্রিবা ফাওবা মাংহনবা চনাংদে হায়বা ঐহাক এত্তম খুদিংদা রাখল তৌই। হৌজিকসু অতোপ্পা য়ুম অমদা অতিথি ওইনা য়ু থক্কবা ওক্তে।

স্পীদ —তাকলো অঙাওবা নংনা লায়রিবস্তু খঙলে। হৌজিক য়ুম অমদা নংগা লোয়ননা চৎথুনা পেনি মঙাগী খুথক অমনা ওক্কানি। তিন্নবা মরুপ্পা হায়রিবয়ু নখোয়গী ইবুংঙোগী মুংশিবী জুলিয়া কায়নগী মরম করিগীনো ?

লাউন্স—পুক্লিং য়াংবদগী মখোয় কায়নরে অত্তগা খুদোংথিবা অমদা নকশিন্না তিন্নরবা মতুংদা হোংগনি।

স্পীদ—মুপীনা মাবু হোংলরোইদবা ?

লাউন্স— হোংলোই।

স্পীদ—মতুংনা করমতৌবা ? নিপানা মাবু হোংলরোইদরা ?

লাউন্দ— অনিমক অমত্তা হোংলোই।

স্পীদ— করিগী মখোয় কায়নরিবনো ?

লাউন্দ— নত্তে মখোয় ঙা অমগী মশা ওইবগুন্ন অমত্তনি।

স্পীদ— মতুংদা মখোয়গী করি ফিরেপ ওইগনি ?

লাউন্দ— নিপানা চুমই হায়না য়্যারবা, ভুপীনস্থু থংলবা মতমদা মতো অম্নুয়া মখোয় হোংগনি।

স্পীদ— করম্বা য়াউনো নংবু। ঐবু খঙনবা হায়দেদা।

লাউন্দ— করম্বা অপঙবনো নংবু, ঐনা হায়বদা খঙবা ঙমদবা, ঐগী চৈশু ফাওবা খঙলে।

স্পীদ— নংগী য়াশিংথু মসিনা খঙলবা !

লাউন্দ— হোয, ঐনা তৌরিবসে মাসু খঙলে। চপ চানা য়েংউ, মসিগী মতেংনা ঐহাক হৌগৎপা ঙমই অথুগা মসিনা ঐঙোন্দা খঙহল্লি।

স্পীদ— অশেংবদি নহাক মখাদা লেপই, নংনা কোম্ববা মতমদা মহাক নংগী মখাদা লৈ।

লাউন্দ— অতনবা য়ারী অথু অমুক হন্না তৌরম্থু। ঐঙোন্দা চান্নন হায়যু লুহোংবগী য়া লোইরবরা !

স্পীদ— ঐগী চুইদা হংউ, মহাক্না হোয় হায়রবদি হোংলে। মানা খঙদে হায়রবা হোঙদ্রে, অথুগা মাগী মমৈ হাইরগা য়া ঙাংদ্রবা অথু ফাওবা লুহোংবগী য়া লোইরে।

লাউন্দ— মতুংদা অরোইবা ফল মখোয় লুহোংগনি।

স্পীদ— ঐ খঙদে, ঐঙোন্দগী পাউ লোথুনা নহাক বৈদৌঙৈদা খঙবা ঙমলোই।

লাউন্দ— য়াম্না ফরে, নাকোইনবা লম্বী অমদা মথুগী মরম খঙলে। অথুবু স্পীদ ! ঐখোয় ইবুংঙোথু য়াম্না সুংশিনরে—মসিদা নংগী করি হায়নিংই ?

স্পীদ— অমা অছুদগী হেন্না করি অমত্তা থঙদে ।

লাউন্স—অতৈদগী করি তৌবা ?

স্পীদ— লুদবা মরুপ ! নুংশিবা অমা ।

লাউন্স— য়াম্না ফরে য়াউ ! নংনা ঐবু ভাব তাহন্ত্রে, ঐগী ভাব মাংহনব্রে ।

স্পীদ— ফরে অপঙবা ঐনা হায়বদি নংগী নবুঙোবুনি নং নত্তে ।

লাউন্স— ঐনা হায়রিবা অসিনি ঐখোয় ইবুংঙো নুংশিবনা ফুং ফুং শারে ঈথক হৌরে ।

স্পীদ— নুংশিবনা চারুবদি ঐদি মাবু চেকশিল্লোই হায়না নঙোম্দা হায়রিবসিনি । নংনা ঐবু লুনা নিংলবদি মু থককমদা পুবিতুনা ঐবু খজিক্তা থকহনবিয়ু । নংনা ঐবু পিথকত্রবা নহাক অতোনবা ধৰ্ম্ম চত্তবা অমনি, খৃষ্টান অমা ওইবগী থাগৎনিঙাই লৈত্তবা জাতনি নহাক ।

লাউন্স— করিগী ?

স্পীদ— খৃষ্টান ওইনা পোকপগী লাইবক ফবা অত্ত নংগী লৈত্তে । খৃষ্টান্না মীবু পিথকতুনা পেনহন্নবা হোৎনৌ । নং চৎকত্রা চৎলোইদ্রা ?

লাউন্স— ফরে ঐখোয় চৎলসি ।

# ২—৬ শুবা উৎপা

## হান্নগীতুমক ড্যুক্কী কোন্নুং

প্রোতিয়স— ঐনা জুলিয়া থাদোক্লবদি মাঙোন্দা ব্লাশকথিবা ঐগী ব্লাশক থুগাইবগী ইরান লৈরনি। ঐনা মশক ফজবী সাল-ভিয়া ম্নুংশিরবদি থাজবা ব্লাৎপা থবক অসি পাংথোক-পগী, ঐগী মিংচৎ থিরনি। ঐনা সালভিয়া ম্নুংশিরবদি ঐনা মরুপ মাংহল্লে! অতুগা মরুপ কায়নবগী মিংচৎ থিবা ওইরনি। পুক্লিংগী ব্লাখল ঈহৌরকপা মতুমক্তা জুলিয়াদা হান্না ব্লাশকথিবা অসিনা লমজিংতুনা ড্যুক, জুলিয়া ঐগী মরুপ ভেলেনতিন মখোয় অহুমদা লান্না চৎথিবগী ঐঙোন্দা মরৈ তৌবা হৌজিক হোরে। ম্নুংশিবনা ঐবু ব্লাশক্কী লমজিংই, অতুগা হৌজিক অমুক থুগায়নবা ম্নুংশিবনা চিংলে। ওঃ ম্নুংশিবা! অনৌবা ম্নুংশিবা অসিনা থম্মোয়দা থেমই। মফম অসিদা পাপ অমা লাংশিনজবা নশামক ফংলবদি, ঐগী পাংথোকাথবা ইরাল অতুগী ঙাকপিনবা নংগী অপাম্বা কৎথোক্লবা ঐঙোন্দা তম্বায়ু। অহানবদা ঐহাক তানক তনিক থোংদা থরান মিচাক খুরুমখি হৌজিক অপিকপা মৈরিক ওইদুনা মঙান মাংখ্রে। অতুগা হৌজক্লা স্বর্গদা মঙান পীবা মিংচৎ লেবা হ্নানৎ খুরুমলে মাসনা ঐনা তোথিবা ইরাল অত ঙাকাপবা ওইসনু। চেকশিন্দনা ব্লাশক লৌখিবা চেকশিনবা ব্লাখল তৌবনা ফজনা কায়বা ওহসনু। অতুগা মহাক লৌশিং ব্লাৎপা মীওইনি শোয়দনা হায়গনি। চেৎনা নীংবা

থাজবা ব্রাৎপা কনানা মাগী মপুক্কিংদা ফত্তবা থাদোকনবা তম্বিরে, অদুগা বিদায় লৌখ্রে। কথাদা তুকচনিংঙাইনো ঐনা তৌরিবসে, ঐগী পাপচেনবা ইরৈনা জুলিয়া চৈ, ঐগী থমোয়গী মরেম্মা মহাক্তা ঐগী থমোয় শোকপা ব্রাখনগী খোঞ্জেন মশীং লাকঙমদবা ব্রাশকশিংনা ইকায় খুম্নবা তোয়না ফংই। ঐনা নুংশিবা ফাবা ঙমদে, অদুগা হৌ-জিকস্তু নুংশিবনা ফারি— ঐনা জুলিয়া নুংশিবা কানবগী-দমক ঐহাক নুংশিগনি। ঐগী জুলিয়া অমস্তুং ভেলেনতিন মাংখ্রে। সিলভিয়া য়াওদনা ঐহাক হিংবা ঙমদে। ঐনা মখোয় থাদোক্লবদি জুলিযাগী মহুত্তা সিলভিয়া অদুগা ভেলেনতিনগী মহুৎ ইশামক শেন্দোং ফংই। মরূপ অমদগী ঐ ইশান হেন্না মমল য়ামই। নশাগীদমক নুংশিবা মতমদা থ'ইদগী মমল য়াম্বা নুংশিবনি। সিলভিয়াগীদমক ঐগী পুক্কিং ইথক হৌবা মরম্না কনানা অমুক ফজনা মাবু শেন্নই হায়না ইতোমতা ঈশ্বরদা হংলি, মহাক উরুবনা জুলিয়া য়েংবদা কুচু লৈশিন্না উই। মাগীদমক ঐগী নুংশিবা মাং-খিবা অদু নিংশিংদুনা মহাক হিংলি. হায়বা ঐহাক্ত কাউ-থোক্লনি। ঐগী মরূপ ভেলেনতিন কাওবনা য়েক্লবনি থল্লনি সিলভিয়াগী নুংশিবা ফংনবা। হৌজিক ইশামক ভেলেন-তিনগী থাজবা ব্রাৎপা থবক থর পাংথোকপা নত্তনা ইশা-মক সিলভিয়া ফংবগী আশা থাজবা ঙমদে। ঙসি অহিং স্বর্গগী লাইরেম্বী সিলভিয়াগী মীহুৎথোংদা শউনগী থৌরি থাদহুনা ফাগে হায়না মহাক্তা খৌরাং তৌরি। মাগী অরোনবা অসিদা ঐবু লোয়নরি অদুবু নুংশিবদা ঐহাক মাগী য়েক্লবনি। হৌজিক থুদক অসিদা মাগী মপাদা লোন্না চেনগদৌরিবা মখোয়গী খৌরাং লোন্না থংননবা

পাউ পীগনি। মপা-গী যান্না শাউনা ভেলেনতিন তাম্থোক কনি, থ্যোরিওদা মাগী মচা তুপী পীগে খনবা লুহোংলগনি। ভেলেনতিন্না লাপ্পা চৎথ্রবা তুংদা ঐনা হৈ-শিংবা চলাক্লা খুদক্তা ফৈগাক ফৈনা অপঙবা থ্যোরিও লোযশঙ কাকা খেঙনবা থৎকনি। তুংশিবা! ঐগী ভোন্দা পাঙ্গল পীবিহুনা নংনা অশিংবা লৌশিং পীবা মরম্না ঐগী থৌরাং থুনা পায়রনি।

## ২—৭ শুবা উৎপা

### জুলিয়াগী যুম

### জুলিয়া, লুছেতা চংলকপা

জুলিয়া— লুছেতা পুকচেল শেংবী ইতা। নংগী মহৌশাগী শাক্তং অহুনা ঐভোন্দা থম্মোয় শোক্লা তুংশিবা হিদাক মখল অমা ওইরিবা মহাক অহুদা ফজবা মওং খরগী পাওতাক পীবিহুনা, ঐগী অচৌ অশাংগী অপেনবা ভাকাপহৈবা গুন মাঙদনা, মতৌ করম তৌরগা ঐগী তুংশিবা প্রোতিয়স উননবা চিঠি শুহনা চৎপা য়ানবা ইতেং পাংবিয়ু।

লুছেতা— অশাংবা অমসুং অরাবগী মশক ওইবা লাইবক থিগ্রবা খোংচৎনি।

জুলিয়া— কনাগুম্বা মী অমনা অশেংবা মকম অমদা মাগী থমোয়দা ধর্ম্মগী মহৈ য়ান্নবা লৈবাক কয়া ফাওহুনা মাগী অনিংবা অহু থুংনবা চোকথবা লৈতনা মখোঙনা চংখিবগুম, সার প্রোতিয়স কুম্বা অশেংবা গুন চেনবা তুংশিবা উনবা চৎপা তুংশিবগী ইশা পন্দুনা অন্নাবঃ থংদনা চেনবা ঙমগনি।

লুছেত্তা— সার প্রোত্তিয়স লাকত্রি কাওবা কারগুম্বা ১ত্তা ত্তৌদনা থাওবা কন্না ওাইবনা হেন্না ফগনি থাপ্ল।

জুলিয়া— ওঃ মহাক্কা মশক উদনা হিংবা ওমদে হায়বা নহাক থংদবা? মহাক্না ঐবু থাদোক্লম্বা অত্থদগী হৌনা অশুক শাংবা মতম অসি চারা হেনবগী অরাবা কংলে, অরাম খৌরাংবা অসিগী মন্থংদা মহাক্না লোয়নবা রানা থাংমিন- নগনি। নংগী থমোয়দা মুংশিবনা করিগুম্বা পুল্লম্লবদি নহাক খংলমগনি, উন্না মৈ হৌবা য়াদবগুম ঐগী থমোয়দা চাকলিবা মুংশি মৈচাক অসি নংগী পাউত্তাক্না মুৎপা য়ায়রোই লুছেত্তা।

লুছেত্তা— অকিবা কাহেনবা মৈরীগী মযেং তাহনবত্তা নত্তনা মত্রগা নমত্থনা মৈশা লাংহনবা চপ চাবা অমদি ইথও খঙহৌদনা অনাবনা লাকশিনবগী মৈখু রাংমা লান্দনবা ঐহাক নংগী মুংশি মৈচাক মুৎনবা ত্তৌত্রে।

জুলিয়া— মৈশা অত্থু থিংনবা নংনা উপাই হেন্না থিবা অত্থনা হেন্না শাক্থু কন্না মসি চাকলনি। অত্তৎপা লৈত্তনা চেনবা ঈশিংগী অনেম্বা খোঙজেনগা লোয়ননা চেম্বরকপা, অপনবা পীরবা মত্তমদা অকিবগী মওংগা লোয়ননা ত্তমথিনা পোকথাইবা নহাক খঙলে। য়ৈথাই থিংগাইবা লৈত্তনা কজনা চেনবা মত্তমদস্থ মুংশিবা খোম্থাংগা লোয়ননা মুংজাও লক্তা চেনখিত্থনা ঈশিংনা পুকচেল চাউনা ত্তকত্থনা শৃৎ নান্না ইরং লংনা চাকথেকত্থনা মুংশিনা চুপই ত্থুরেন মপান্দা হৌবা নাপী শাংবী লান্থোকত্থনা অশেংবা সমক্র ত্তন্না চেম্বথি। মত্তৌ অশুম্বা মথন মথেন অয়াম্বা অকুৎ অত্তোং না কুপ্লবা লম্বী মাং থাহনা মুংঙাইনা কোম্না শান্নবা মওংদ অকুৎ অত্তোং নাইবা অরোইবা মকম সমক্রদা ত্তিনখি।

হৌজিক ঐগী লম্বিদা করিগুম্বা অথিংবা অমত্তা থমবিগন্নু, লুনা চেনবা ত্তুরেনগুম চৎহনবিয়ু অত্থগা ঐগী নুংশিজবা প্রোতিয়সকি অরোইবা খোংথাং অমা পুরক্ত্রিবকাওবা নুংঙাইনা শান্নবগুম ঐগী চোকথরবা খোংথাং খুদিং ঐগী নুংঙাইবান হায়না লৌ। য়াম্না ওৎ-নৈরবদি মতুংদা পুক্লিংগী ঈথক্না গিক থন্ন হৌবা লাইবক ফবা মীগী পোথাকম মকম অহৃদা নুংঙাইনা স্বর্গদা শান্তি ওইনা পোথারনি।

লুছেত্তা— অত্থগা করি ফিজোম্না মহাক চৎকনি ?

জুলিয়া— পুকচেল চাউবী লুছেত্তা ! মী খুদিংনা নিপা ওইনা উননবা ঐগী ফিজেৎ নংগী অপাম্বা শেমউ।

লুছেত্তা— নুপীগী ওইবী শম অত্থ কক্কনি।

জুলিয়া— নত্তে লৈশাবী ; শম অসে ঐনা সিল্কনা মথক্তা পুনগনি অত্থগা ভাবনা মখোয় অত্থ লৈশিন্দুনা অনিরক পুনগনি। ঐনা তৌগে খল্লিবনা ইশাদগী হেন্না অহল ওইরবা নিপা অমা শাবদা মসিনা মতেং ওইনি।

লুছেত্তা— ইবেম্মা ! করম্বা মওংগী খোংগ্রাউনো শেংকদবা ?

জুলিয়া— ঐগী পুকচেল তপ্পী ইবেম্মা ! য়েংবদা ফজবা মসিগী চুনবা অত্থ হাযবিয়ু। ঐগী পেটিকোৎকি মথক্তা শেংকদবা খোংগ্রাউগী পাক চাউবা অহ্থ কয়ানো ? লুছেতা ! মশক নাইদবা করম্বা মখনগী ফিজেৎনো নংগী অপাম্বা তৌ।

লুছেত্তা— নংনা তশেংনা ঐবু নুংশিরবদি নংনা মতিক চাই হায়না থনবা খ্বাইদগী ফজবা ফিজেৎ অহ্থ ঐবু শেমহনবিয়ু। লৈশাবী. ঐতোম্পা তাবগদা হেনা পৃথিবীনা ঐবু বরি হায়না খনগনি। ফত্তবা মিংচৎ অমসুং ইকাইব বদনাম অমা ফংগনি হায়না ফিরে।

লু:ছতা—কিরবদি চৎলহু, য়ুমদা !

জুলিয়া—নত্তে, ঐহাক য়ুমদা লৈবা ঙমলোই চৎকনি।

লুছেতা—ইকাইবগী ৱখল থাদোকউ অদুগা চৎলু। নংনা লৌখৎলিবা থোংচৎ অসি নংনা থুংলুবা মতমদা প্রোতিয়সনা পামলম্লবদি করে, নংনা চৎলুবা মতমদা মহাক্না য়াত্রবদি করিস্ত তৌনিংঙাই লৈত্তে। মসি মাহাক্না য়ানিংলমলোইদ্রা হায়না ঐহাক য়াম্না কিরে।

জুলিয়া—কম্না য়েংবা মিৎয়েং অদুদা ঐনা অকিবা মচেৎ অমা ফাওবা লৈতে। মহাক মশীং ল্যাকঙমদবা মুংশি ৱাশক লৌরে অদুগা ঐগীদমক পিনা ঈশিং ইচাউ ওইনা শিন্থরে। পুম্নমক অসিনা মুংশিবগী মপাল নাইত্রবা প্রমান ঐঙোন্দা লেঙদনা পিরে। ঐনা মাগী নাক্তা থুংবদা খ্বাইদগী মুংশিবগা লোইননা প্রোতিয়সনা ওকলমগনি।

লুছেতা—মুংশিবগী প্রমান ৱাশকপা, পিতাবা পুম্নমক নিপীবু মীনম্বগীদমকতা নিপানা খনবা মিনম্বা চাদাকনি।

জুলিয়া—মতৌ অম্তুমনা ফত্তবা ৱাখল তৌবা অসিগীদমক মুংশিবগী ইঙ্গিৎশিং অসি চালাক ওইনা লৌবা কনাগুম্বনা মসি অতোনবনি হায়না লৌই। অদুবু মহাক্না পোকখিবা মতমদা অশেংবা থরানমিচাকশিংনা মখোয়গী মতিক শিজিম্নদুনা প্রোতিয়সকী মথক্তা লংনা ঙানখি। মহাক্কী চিংলেম্বা ৱাশক্কী ৱাহৈশিং দলিন্দা ইদুনা থম্বা হোংবা য়াদবা পোৎকুম, মানা লৌখিবা ৱাশক মাগী ৱাখল মোৎতে, মাগী মুংশিবা শেংলে, ঈশ্বরনা থারকপা পাউগুম্না চুমই। মাগী থমোইদগী থোরকপা পুক্লিংদা পানবা অচুম্বা অদু মাগী পিনা শাখি পীরে। মাগী থমোইদি নমথাক তৌগে খনবা ৱাখল্দগী য়াম্না থাপ্না লৈ।

লুছেতা—নংনা চৎতুনা মাগা উনবা মত্তমদা মতৌ অসুমনা প্রো-
তিয়সনা লুনা তৌবিরম্নবা ঐহাক লাই নিংগে !

জুলিয়া—নংনা ঐবু মুংশিবগুম হৌজিক মাবু লাম্না লৌবিমু। নংনা মাবু ইকাই খুম্নমা মুংশিনা তৌত্রবদি নংবু ঐনা মুংশিবত মাংখিনি। ঐনা চৎকদবা অসিদা থৌরাং তৌগদবা, লোয়নগদবা অতু শেম শানবা ঐগী কাদা থুনা চৎলু। ঐগী পোৎচৈ, সম্পত্তি, ফজবা মিংচৎ লৈজবা পুম্নমক নঙোন্দা শিন্নরে। মফম অসিদগী ওন্থোক ওনশিন তৌগ-দবা অতুদং তৌরগা ঐবু থাদোক্নবা তৌ, থুনমক ঐনা হায়খিবা অতু নত্তনা করিগুম্বা পাউথুম পিরমু লাকও। ঐগী খোংচৎ অসি থিম্বগী ঐগী থমোই পুবা ঙমদ্রে।

## এক্ট ৩—১

### মিলন ড্যুকী কোন্নুং

### ড্যুক, থ্যোরিও অমসুং প্রোতিয়স চংলকপা

ড্যুক— সার থ্যোরিও ! ঐখোয় লনাইগী ওইবা হীরম খরা খন্ন-নদবা লৈরে, মতম খরা ঐখোয়দগী তোপ্পা লৈবীনবা হায়জরি। (থ্যোরিও থোকখিবা)
হৌজিক হায়রো প্রোতিয়স নংগী অপাম্বা করিনৈ ?

প্রোতিয়স— ঐগী পুকচেল চাউবা ইবুংঙো ! ঐনা মরুপ অমগী অরোনবা থৌরাং অমা হায়দোক্নবা হায়জবা অতুগী মরমদা পাও খর তমনিংই। ঐগী মরমদা থৌজানহৈনা পাংথোকপিখিবা ঐনা নিংশিংই, অতুম ওইনমক থাগৎপা য়াবা মীশক্তি ঐহাক মখোয়গী ওইখিদে। ঐনা পুকচেন চাউবা ইবুংঙোদা ঐগী পুক্লিংদা পানবা থবক্তা তৌহন্নবা

তঙ্করি অত্তদা সংসারগী অপাম্বা ওইজবা ঐগী শক্তি ব্রাংমদ লৈখি। পুকচেল্ চাউবা হ্যক্ক। খনবিয়ু ঐগী মরুপ সার ভেলেনত্তিনগা সিলভিয়াগা। ঙসি অহিং লোন্না চেন্নবা থৌরাং তৌরে। মাগী অরোনবা অসিদা ঐবু পুশিল্লে। পুকচেল চাউবী সিলভিয়া সার থ্যোরিওদা থাজগে হায়না লেপত্রে হায়বা ঐহাক খংলে। অসুম তৌনা ঐহাক লাপ্পা চেনখিবা তারবা নংগী অহল ওইরবা পুন্সিদা অরাবা অমসুং শাউনিংবা ওইরনি। থৌজালহৈবা হবুংঙো নংগী নফমদা ঐগী থবক ফজনা পাংথোকনবা মরুপকী থৌরা অত্থু কৈগাক ফৈনা থিংনবা ঐগী পুক্লিং লেপলে। থৌরাং অত্থু মতম চানা থিংবা ঙমহৌদ্রবদি অরোনবা অসি থম্ব-দগী হেন্না রাবা অরুম্বা পোৎলুম অমন। নকোক্তা থাডনা থিল্লে, মত্থুনা নংবু নমাই থিহল্লন ১সুং মতম চাদনা শিরনি

হ্যক— ঐগী ফনবা তৌবা নংগী থৌরাং অত্থু ঐনা থাগৎলি। ঐনা হিংত্থুনা লৈরিঙৈ মতমদা করিনো মশক নাইদবা পোৎশক অমা নংনা হায়রকপা মতমদা মনা ওইনা ঐনা মত্থু পাংথোক্কনি। ঐগী ইচাগা ভেলেনত্তিনগা ফুংশিনবা তোয়না ইশাদা খঙহল্লে, অত্থুম ওইনমক তপ্পা রাখন তৌব মতমনি। ইচাগা তোয়না মরি লৈনবা সার ভেলেনত্তিনবু ঐগী এলাক অসিদা চংলকপা থিংনবা রাখল তৌরম্মী। অত্থুবু ঐগী অকিবা চিংনবা, ভাবনা শাবা অরানবা ওই-থিনি হায়না ঐগী লমথৈ মত্থুং ইচাগী মরুপ ভেলেনতিংবু থাদোকপনি। লান্না নিপা অমা ইকাইবা পিবা ওইথিবা য়াই নিংত্থুনা ঐনা মাবু হুংশিনা থমই। ঐনা থঙবা য়াব করি করি হায়নিংবা লৈরি? ঐগী ব্রাখন্না মথোক কারক-পশিংশৈ শেম্বগী মথা পোল্লি, মসিগী মরমদা ঐগী অকিবা

মরম অমা ওইরে। অদুগা অচুম্বা অদুগী ঐগী লাণ্ডতরুবা পৃক্লিং নহাক্না কোকহল্লে। অহিং থুদিং য়ুমগী মথক থংবা কাদা মাবু তুমহল্লনি, অদুগা বা অদুগী শো ঐনা পায়-গনি। অদুম তৌরবদি মাবু হুবা ঙমলরোই।

প্রোতিয়স— পুকচেন চাউবা ইবুংঙোনা মসিমু খংবিহৌ, মখোয় মতৌ অম্মুমনা থৌরাং তৌগ্রে। সিলভিয়াগী মিঙুৎথোংদ মহাক কারক্কনি অদুগা শঙনগী থৌরি অমনা সিলভিয়াবু লৌখৎকনি। পাখঙ অদু থৌরা লৌবা হৌজিক্তা চৎপ্রি, মহাক য়াম্না থুনা লম্বী অসিদা লাক্কনি। মহাকপু পাম্বী-রবদি মফম অসিদা খামবা য়াগনি। অদুবু পুকচেন চাউবা! হৈশিংনা পাংথোকপিযু মহাক ভাবনা শাবা, নত্তে, ঐনা পাউ পিজবিবশিনি। মসি মরুপ্পু তুকংচবা নত্তে, ইবুংঙোবু হুংশিজদুনা পাউপীজবনি।

হ্যাক— ঐনা ইকাই থুম্ননা হায়রি, মহাক কদৌঙৈদা থঙলরোই। মসিগী চেকশিনবা মাংযেং অমা নঙোন্দগী ফংগ্রে॥

প্রোতিয়স - পুকচেন চাউবা বিদায়! সার ভেলেনতিন লাক্লে।

( প্রোতিয়স থোকখিবা. ভেলেনতিন চংলকপা )

হ্যাক— সাব ভেলেনতিন! কদায়দনো হাথু হাথু চৎলিবসিবো?

ভেলেন—ইবুংঙোগী ঙাকপিহৈবা গুম্না ঙাকপীয়ু। ঐগী মরি মতাদা চিঠি পীবা চৎলিবনি, পাউ পুবা নিপাদু ঙাইদুনা লৈরে।

হ্যাক— চিঠি অদু য়াম্না মরু ওইবা রাবা?

ভেলেন—ইবুংঙোগী নকাদ' মু ঙাইনা পুন্সি লেনবা, ইশা ইউ ফনা নাদ যেক্তুনা থম্বীবা মতুগী মবমদনি।

হ্যাক— নত্ত, নহাক মতম থন্দং ঐগা লৈমিম্নশি; নদুনা করিম্মু

কান্নরোই। ঐঙোন্দা য়াম্নানল্লা মরী লৈনবা হীরম থৱগী নংগা লোয়ননা থন্নবা ভারি। মাসি নং অরোনবা ওইনা থমগদবনি। ঐগী মরুপ সার থ্যোরিওদা ঐগী ইচা থাজনবা হোৎনরি হায়বা নহাকসু খংলমগনি।

ভেলেন—পুকচেন চাউবা! মতু নিংথিজনা খঙজরে। অশেংবমক চাউথোকনিঙ্ঙাই ওইবা অমদি ময়াই কারবা লুহোংবা ওইরনি। পুকচেন চাউবত্থ ইনাক খুল্লি সনমান লৈ ফজবা লমচৎনা ভিল্লি। দান তৌগন্‌বা, মতিক চাবা গুনশিং অত্থনা পুকচেন চাউবা নচাগুন্না থাগৎনিঙাইনি। নংগী ঙাকপিহৈবা গুন্না মাবু হুংশিনবা থেম্বা ঙমত্রবরা?

ছ্যাক—নত্তে, ঐনা হায়বা থাজৌ মসি মাগী শাউনঙাইনি, শুকথ-নিঙাইনি, থকপি থাশি নাইরোই, চাউথোকই, লাকপা য়ারোই হায়বা ইল্লোই, মাগী মপাগী মথৌদা রাথল লৈতে। ঐগী ইচা ওইনা ঐবু হুংশিবা নত্রগা মাগী মপাওইনা ঐবু কিদরবা অনিগী মরক্তা অমদি ওইরে, ঐনা নঙেন্দা হায়নিংই অরোইবদা মহাক চাউথোকই। থম্বরবা তুংদা মাগী হুংশিবা লৈতে' ঐগী পুন্সিগী শরুক থর মপা ওইনা সেবা তৌবিনি হায়না মমাংঙৈদগীহৌনা মসি থন্দুনা লাকই। হৌজিক ঐহাক হুপী অমা থিগে খল্লে, অত্থগা মাবু লুহোংবা ঙম্বা বনাগুম্বা অমদা পিথোকে খল্লে। মাগী ফজবা লিক অসিনা মাগী অউনপোৎ ওইনা ঐগী হুংশিরবা ইরন ইথুম মানা করিসু ওইদনা খল্লি।

ভেলেন—হিরম অসিদা ঐনা তৌগদবা অত্থ করিনো ভাকপিয়ু?

ছ্যাক— মিলন্দা ঐনা হুংশিজবী হুপী অমা লৈ, মহাক ইকাইগল্লি, ফংনবা হোৎনবদা লুই, অত্থগা ঐগুম্বা অহল অমগী অকনবা হুংশি রাহৈগীদমক মহাক করি অমত্তা

চেকশিন্দে। মরম অসিনা হৌজিক মহাক মত্তৌ করম তৌরগা মাগী নুংশি মিৎয়েং ফংগদগে হায়বা অহুগী নংনা ওঝা ওইরে। লুহোংবা থেম্বগী আর্ট অহু কুইমন্দুনা কাউরে মহু ঐঙোন্দা তম্বীনবা নঙোন্দা হায়রিবসিনি। অহুগা ঐখোয় মত্তমগী চৎনবী নুংশনবগী মওং অহু হোংগ্রে।

ভেলেন—পুকচেন চাউবা! নংগী নুংশি ব্রাহৈশিং অহু মহাক্না মমল লৈতনা লৌরবদি মাগী নুংশিবা ফংনবা খুদোন পোৎ পীবিয়ু। হীরা ব্রা ঙাংদে, ব্রা ঙাংদবা মী অমগী থমোয়দা ব্রাখল কাইবনা ব্রা ঙাংবদগী হেন্না হীরানা তত্তনা পুক্লিং হোংহল্লি।

হ্যাক— ঐনা মাঙোন্দা খুদোনপোৎ অমা থাথিবদা মানা তুকৎচনা লোদে।

ভেলেন—করিগুম্বা মত্তমদা নুপীনা মাবু খ্বাইদগী নুংশিনা তৌরবসু তুক্কৎচনা কৌশিন্নে। মাবু থাদোক্কনু অতোপ্পা অমা পীবিয়ু। অহানবা নুংশিবা হৌবদা মহাক্না তুক্কৎচববসু খঙবদা লুবা পুন্নমক মথা তারকই। মহাক্না অশাউবগী মিৎয়েং য়েংলবদি মহু শাউবা নত্তে, মহাক্না হেন্না নুংশিনব থৌগৎপা অপাম্বনি। মহাক্না চৈরবদি ল প্পা চৎখিনা পামদ্রে, অপঙবীশিংশি নীংবা কায়বগা লোয়ননা ফজদনা লাকই। লাপ্পা চৎখিনবা তানবা মত্তমদা মাবু নুংশি হৈত্তনা লৌগনু। মহাক্না চেৎনা হায়বা অহু চৎখিনবা নত্তে। কনাগুম্বনা মখোয়গী গুণ, হেন্না থাগৎতুনা চৎ-খিনবা হায় অহুম ওইনমক মখোযগী মিংচৎথিবা ওইবা য়াই, কনা অমনা এঙেলগী মরু পাল্লে হায়গনি। মরৈ পানবা কনাগুম্বা অমনা মাগী লৈ অহুনা নুংশিবা ফংবা ঙমদ্রবদি মাবু ঐদি মী অমনি হায়না লোবা ঙমদে

হায়নিংই।

হ্যক— ঐনা হ্মারী তৌরিবা মুপী অদু মাগী মরি মতানা রাখল লৈবা নহা অমদা লুহোংনবা হ্মাশকতুনা পীগ্রে অদুগা মরুপ মপাং তিল্লবদগী মহাক লাপ্না চৎথোকপদা চেকশিন্না থমলে। অদুগা ,নিপা অমত্তা মুমিৎ লৈরিদ্রৈদা মাগা উননবা চংবা থিংগ্রে।

ভেলেন—হ্মারী অদু অদুমক ওইরবদি অহি দা কনাগুম্বা অমনা মাবু উননবা হোৎনগদবনি।

হ্যক— মানি, অদুবু থোং লোনগ্রে শো চেকশিন্না লোন্দুনা থমগ্রে অদুনা অহিং মুংথিল অনিদা মী চংবা য়াদ্রে।

ভেলেন— থিংনিংবদা থিংসমু মাগী মীহুত্তা চংবা য়াগনি।

হ্যক— মাগী কাদি হ্মাংনা লৈ অদুগা মপান্দা চেকপন থাই। কনাগুম্বা অমত্তনা মাগী পুন্সি থুদোংথিবা অমা লৌদনা কাবা ঙমলোই।

ভেলেন—হ্মাকম অদু হৈ-শিংনা শেম্বা শউনগী হুক পানবা থৌরী অমনা হুনগনি মদু ওইরবদি মুপীগী কা অদু কাখৎপদা মতেং ওইনি। থোনা ফনা পাইবগুম নিপা অমনা থুদোংথিবা লৌদুনা ঙমনবগী থোনা লৈকম থোকই, কনা-গুম্বা অমনা থিরি থোনা ফবী মুপী অদু ফংহনবগীদমক।

হ্যক— থৌশিল নংগী থোনা লৈবা য়াই থাজবা ঙম্বগী মহৈনা ঐঙোন্দা পাউতাক পিযু. করম তৌরগা অদুগুম্বা থৌরী অদু ফংগনি।

ভেলেন—করম্বা মতমদা মদু শিজিন্নবা পাম্বগে ঐঙোন্দা তাকপীযু।

হ্যক— ঙসি অহিং মরমদি মুংশিবা হায়বা অসি অঙাংগুমই থুদক্ত অপাম্বা অদু ফংনিংই।

ভেলেন—পুং ৭ তাবদা অদুগুম্বা থৌরী অদু পীগনি।

ছ্যক— তাও! ইতোমতা মাগী নাক্তা চৎপা পামই, মফম অহুদা শউন পুহুনা করমনা চৎকনি।

ভেলেন— পুকচেন চাওবা! মসিদি অচোনবা ফিজেৎ অমনা ইয়াং য়াংনা পুগনি।

ছ্যক— ব্রাফম অসিগী নংগুমনা অচোনবা ফাজেৎ শেৎকদ্রা?

ভেলেন—হোয়, পুকচেন চাউবা।

ছ্যক— নংগী ফীজেৎ অহু ঐবু উহল্লু মসিগা মান্নবা অমা ঐহাক শেৎকে।

ভেলেন— ঐবু পরিক্ষা তৌদ্রবসু ফিজেৎ অমনা হেক্তা য়াগনি।

ছ্যক— করম্বা মওংগী ফিজেৎনো ঐনা শেৎকদবা অসিবো? নংগী ফিজেৎ অহু ঐঙোন্দা পিবিহুনা কমদোৎগে হায়বা য়েংহল্লু। করি চিঠিনো অসিদি? করি ই? সিলাভিয়া ঐগী ব্রাফম অহুগী মতিক চাবা শউনগী খুলাই অমা লৈরে ঐনা ঐগী নাক্তা চিঠি ফাকপা অমসুং মুহোর থুগাইবা থোদোক অমগী ঐহাক চেকশিনগনি। (চিঠি পাবা)

অহিং খুদিং ঐগী সুংশিবী সিলভিয়াগা লোয়ননা ঐগী ব্রাথলশিং অসিনা চৎতুনা মাগা লৈমিন্নে। ঐগী পুক্লিংগী ব্রাথলশিংনা ঐগী সুংশিবী থুনা চেন্নবা পাউ পুহুনা মখোয়না মীনাই ওইরে। ওঃ ঐনা মখোয়গী মপু ওইরবদি অরুম্বা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা য়াওদনা থুনা য়াংনা চেনবা ঙমলগনি। মতৌ অসুমনা মহাক্না মাগী ব্রাথলনা লৈবা মফমদা করিগুম্বা পুক্লিংদা পানবা ফত্তবা অমত্তা লৈতনা পুম্জি লেনগনি। ঐগী ব্রাথন্না মাংজোননা পান্ড পুহুনা মখোয়গী তুংনফম মাগী অশেংবা থমোয়সুংদা লেপলি। মতম অহুদা মখোয়বু লাকলিগা ঐনা কন্না নিংবা অমগা লোয়ননা মঙোন্দা হায়জরুনবা মখোয়বু থাগ্নি। নংগী

থমোইদা মখোয়গী লাইবক্লা তম্বা অফবা পিখৎছু কল্লকই, মরমদি ঐ ইশামক লাইবক্লা তম্বা হুংশিবা অহু ফংত্রি। ঐনা থাদোকখিবা মখোয় অহুদি মখোয়গী মবুংঙোনা লৈবা মকম অহুদা পুন্না লৈমিন্নগদবনি হায়না ইশামক অভিশাব তৌরে। মসিদা য়াওরিবা অসি করিনো ? সিলভিয়া ! নংবু ঐনা ঙসি অহিং থাদোক্কনি। প্রোতিয়সনা হায়বা চুমই ; মহু. পাংথোক্কবা শউনগী থৌরী অহুসু লৈরে ; মেরোপকি মচানুপা ফেনতোন ! অতোনবা নংনা হুমিৎকী দোলাই থৌগে থৌরাংলি। অপঙবা থৌরাংনা পৃথিবী অমসুং আকাস মৈ হোৎহল্লগেরা ? নংনা থৌরামিচাক তানা চৎকে থল্লিবদো, নকোক্তা মৈশা. মৈয়রোইত্রা ? নিয়ম কায়বা তুকৎচবা লমচৎ, থাজবা য়াদবা, নশাবু রাংনা শনবা চৎগ্রো চৎলো। নংগী তৌশিন্নবা মিমোক, নংগা থাক মান্নবা মীদা ফোং-দোকউ। নংনা তৌখিবা নরান অহুদগী ঐনা ঙাক-পীরবনি হায়বা নিংশিংউ। নংবু মকম অসিদগী লাপ্না চৎখিনবা হুংশিনা দন্দি পীরনি। নঙোন্দা মতম চুপ্পা হুংশি চাউবা অসিগীদমক ঐঙোন্দা তৌবিমল থঙবা লৈহোনি। মতম কুইনা নংনা ঐগীদা লৈরবদি ঐনা হায়রিবা অসিনি ঈশ্বরনা সাখিনি ঐগী হুংশিবা ইচা নত্রগা নংগী হুংশিবা অহুদগী হেনবা ঐগী থমোইগী অশাউবা ওইখিনি। লাপ্না চৎগ্রো, কান্নব্রবা নংগী রাহৈ ঐহাক তাবা ঙমলোই। নংগী পুন্সি হুংশিরবদি মকম অসিদগী থুনা থাদোকতুনা চৎখো। [থোকখিবা]

ভেলেন—হে পুক্লিং ! মতম চুপ্পা ঐগী পুন্সিগা মরি লৈননা খাইদগী কাহেনবা ফত্তবা লৈনা অমনা নাবদগী হেন্না

পাম্না শিরোইদবগী মরম করিনো ? শিবগী অশাদি ইশাদগী আত্মা থাইদোকপনি, সিলভিয়া কায়নবা ইশাদগী আত্মা থাইদোকপনি। অশেংবদি চ্যাকনা ঐবু হাৎনবা বন্দা থারনি।

অচানবা ! ঐনা সিলভিয়া উত্রবদি নংগী মঙান অদু ঐগীদি নত্রে। সিলভিয়ানা ঐগী নাক্তা লৈত্রবদি অরাবনা ঐগী হুংঙাইবনি। মিৎকুপ শরা মাগা থানরবসু ঐগী রাখন্দা মহাক ঐগী নাক্তা লৈ। ঐনা খ্বাইদগী হুংশিবনি হায়না থগুবী সিলভিয়াগী মূর্ত্তি ভাবনা উবগা লোয়ননা ঐগী থমোই ঐনা পেলহল্লে। ঐনা সিলভিয়া অহিংদা উবা ফংত্রবা ফজবা শুরগী হুংশিবা ঈশৈ ফাওবা ঐঙোন্দা করিসু লৈত্তনা থোকই। অয়ুক্কী মতমদা ঐনা সিলভিয়া উবা ফংত্রবা ঐনা উখিবা পুন্নমক অমম্বা ঙাক্তা ওইনা থোকই। ঐগী পুন্সিদা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা মহাক্না ঐগী থরাইনি অশেংবদি ঐহাক শিবদগী নান্থোক্নবা তৌত্রি, শিবা কিবগী অরাবা থাদোক্তুনা লাপ্না চেন্দ্রি। ঐনা মফম অসিদা ঙাইরবদি ঐ ইতোমতনা ইশাবু শিহনবা ওইরনি অদুগা ঐনা লাপ্না মফম অসিদগী চেনথ্রবদি শিবা কিবদগী হেন্না মমল য়াম্বা ওইনি।

( প্রোতিয়স অমসুং লাউন্স চংলকপা )

প্রোতিয়স—চেন্নু, য়াংনা চেন্নু নিপামচা মাবু থিয়ু।

লাউনস—সাহো; সাহো, ঐখোয়না থিবা থেবত্ত উরে।

প্রোতিয়স—নংনা উরিবত্থ করিনো ?

লাউনস—ঐখোয়না তাম্নরিবা থেবত্থ উরে। মকোক মশম হোদে ভেলেনন্তিনগা মরি লৈনদে। ভেলেনন্তিন হায়না কৌবা হুংশিবগী খুদোনগুম পিখিগদবা হুংশিবগী খুদম অদুদি নত্তে।

প্রোতিয়স—নং কনানো ? ভেলেনতিন নত্রা ?

ভেলেন—নত্তে।

প্রোতিয়স—অদু ওইরবদি ভেলেনতিনগী ভূততা ?

ভেলেন—অনিমক অমত্তা নত্তে।

প্রোতিয়স—নং করি তৌরিবনো ?

ভেলেন—করিসু তৌদে।

লাউনস—করম্না মদু ওইরিবা ? রা ঙাংবসু থোক্কবা ইবুংংঙা মসি ফু হায়বরা ?

প্রোতিয়স—নংনা ফুগদৌরিববু কনাদনো ?

লাউনস—করিসু নত্তবা অদুদা ফুগে।

প্রোতিয়স—হায়বা ইন্দবা মরুপ, অসুম্না তৌগনু।

লাউনস—করিনো ইবুংঙো, করিসু নত্তবা অদুদা ঐদনা ফুজবনি। মদুদা পাংথোক্লবা য়াথং পিবিয়ু।

প্রোতিয়৹—ঐনা নঙোন্দা হায়রিবা অসিনি তোকলো। মরুপ ভেলেনতিন রা অমত্তা নঙোন্দা।

ভেলেন—ঐগী না পঙলে অদুনা থাগৎপিবা রাহৈ অমত্তা তাবা ঙমদ্রে। মখোয়শিংসে মপুংফানা হুংশিহৈত্রবা অয়াকপা রাহৈনা ফুনগ্রে।

প্রোতিয়স—হুংশিশন্নবা হুংঙাইতবা ফত্তবা পাউনা থল্লবা অদুগী ঐনা রা ঙাংদনা তুমিন্না থাদোকপা পামই।

ভেলেন—নংগী ফত্তবা পাউদু করিনো ? সিল্‌ভিয়া শিরবরা ?

প্রোতিয়স—শিদে ভেলেনতিন।

ভেলেন—অওইব়মক সিলভিয়াগী অয়োনবা হুংশিবা ভেলেনতিন নত্তে ; মহাক্না ঐবু থাদোক্লবরা ? সিলভিয়ানা মানা হুংশিবা অমা অদুদি বন্দা থাগ্রে।

প্রোতিয়স—নত্তে ভেলেনতিন।

ভেলেন—সিলভিয়ানা ঐবু থাদোক্লবদি ভেলেনতিন থাদোক্কনি। নং পাউত্থ করিনো ?

লাউনস—লৈবাক খঙমা লাউথোকপা পাউ অম্না লৈরে মত্থদি নহাক লোই থারনি।

প্রোতিয়স—হ্যক্কী লৈবাক্তা নংনা হুকুম অত্থ লাউথোক্লবা। ও: মত্থদি অরাবা পাউনি ! মকম অসিদগী, নংগী মরুপ ঐডোন্দগী, সিলভিয়াগীদমক বন্দা থাবা।

ভেলেন—ও: অরাবা পাউশিং অসিগা লোয়ননা ঐগী পুক্লিংদা হান্না কাওগ্রে। অত্থগা হৌজিকসু অরাবদগী হেনবা অনাবা ওইহল্লি। লোই থাবগী হুকুম মথাদা ঐহাক লৈরে হায়বা সিলভিয়া খঙলব্রা ?

প্রোতিয়স—মানি মহাক পি হায়না খঙনবা মাগী মিৎলুদগী মনি-মুক্তাগী মহীলাংবা ইফুৎ, চাং নাইনা চেম্বরকপা অত্থ ফাজিনবা তৌত্রে, মত্থগা মান্নবা পুন্নমক থবক ওইনা পাংথোক্লবা চুমই হায়না প্রধান পিনবা থৌরাং তৌখ্রে। মপুক পান্দবা মপাগী খোঙদা মীওইবগী লমচৎ অমদি কন্না নিংত্থনা হায়জবগা লোয়ননা মশামক খুরুখুদক শন শানা মাগী পিশিংত্থ মপাগী খোঙদা হৈথখি। থমোইগী অচৌবা লৈন', মাগী অচৌবা মথুৎনা খুত্থম তাত্থনা মখোয় পুন্নমক অবাবা শেমখিবা মরন্না মতুংদা মখোয় ভাইফেৎ ভাইবা, অমদি উং মচুগী অচৌবা অরাবগী রাথল তৌনবা ওৎপা হৌখি। খুউ লৈতাবা, মথুৎ খুত্থম তাশিন্দুনা কন্না হায়জবা রানা মুংশাশ্বর ফুইনা হোনবা, নত্রগা ভেংথা নাওইত্থনা থমোই শোক্না মখোন থোক্না কপ্পা, লুপাগী ইফুৎ মান্না মিৎলুদগী হৈথরকপা পি উবদা অমদি ভেলেনতিন মিলন্দা ফাজিন্দুনা থন্নবদি মহাক

আত্মাঘাত তৌহনা শিরনি হায়বা খোঞ্জেন অসি তাবদা হুংশিহৈতবা মপাগী থমোইদুংদা ফাওহনা চংখি। মহু নত্তনা ঐহাক মাঙোন্দগী করিম্নু তাবা ফংদে। নংগী মহুৎশিন্না মহাক্না কন্না হায়জ্রগা মহাক্না অস্নুক মতিক শাউখি। নংগী লোই থাবগী কন্না হায়জবা মতমদা মহাকপুস্র চেকশিন্না ঙাকশেনবা মকম অমদা হুংশিহৈতনা ওৎনবা মাগী পান্দমকম ওইনা হুকুম পিখি।

ভেলেন—ঐগী পুন্সি মাঙনবা শক্তি থরা লৈনা নংনা ঙাংবা নত্রবদি, চানবীহনা মথং তানা হায়রম্নু। মহুমক ওইরবদি ঐনা নঙোন্দা কন্না হায়জরি—য়াহৈ অহু ঐগী লোইবা নাইত্রবা অরাবা লোইশিন্নবা ফজবা হুংশিবা ঈশৈগুন্না ঐগী নাকোংদা হৈথোবয়ু।

প্রোতিয়স—চানবীহনা অরাবা রাখল অহু তোকলো, অহুনা হৌজিক নংগী অরাবা থৌদোক অসিগী উপাই অমা পুথোক্নবা হোৎনৌ। মতন্না ইমানি, মানা হন্না পোক-পিহনা চেকশিন্না য়োকপি থাকপিহনা অফবা পুন্নমক পী। নংনা মফম অসিদা কুইনা লৈরবস্নু সিলভিয়া উবা ফংলোই, নংগী পুন্সি তেল্লনি। আশানা চৈগুনি, মাগী মতেংনা হুংশিবা ফংগনি। মফম অসিদগী লাপ্না কোয়থোকউ, আশা তৌবগা লোয়ননা নংগী কোইবগী চৈগুগুম হৈশিংনা মহু পায়য়ু মহনা নিংবা কায়বা পুন্নমক ময়েং তানবা য়ৈহৎপ ওমগনি। মফম অসিদগী লাকপা মাগী চিঠিশিংহু ঙাক্নবা করিম্নু উপাই লৈতে। অহুম ওইনমক নহাক লাপ্না চৎপ্রগনি। ঐঙোন্দা শিন্নবা নংগী চিঠি পুন্নক সিলভিয়া মশামক্তা ঐনা পিগনি। মতৌ অস্নুম তৌনা—থুৎ খিংজিনবা লৈতনা মাগী থমোইগী লম্বী

মখোয়না তাকনি। শাংনা খন্নরিঙৈদা ঐখোয়গী মতম হৌগ্রনি। লাকও, ঐনা নংবু সহরগী থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোকে। অদুগা ঐখোয় কাইনজ্রিঙৈ মমাং নংগা মরি লৈননা হুংশিনবা হৌরম খুদিং মপুং ফানা খন্নশি। নংগী মুংশিরবী সিলভিয়া কন্নবা, মহাক নশাগী ঙাকথোক্লবা তৌবদা নত্তনা নংগী খুদোংথিবা মাইয়োক্লনবা তৌ। লাকও খুদক অসিদা ঐগা লোয়ননা চংশি।

ভেলেন—ঐগী স্পীদ অদু য়াম্না থুনা সহরগী অৱাংথংবা থোঙ্গালদা উননবা মহাক্না উনরবদি মহাক লাক্লবা লাউল থাবিনবা হায়জনিংই।

প্রোতিয়স—চলো মরুপ মহাক থিরুচংলু। লাকও ভেলেনতিন।

ভেলেন—ও: মুংশিরবী সিলভিয়া, লাইবকথিবা ভেলেনতিন!

( ভেলেনতিন, প্রোতিয়স থোকখিবা )

লাউন্স—নংনা য়েংবদা ঐসে অপঙবদং ওইরে, হৌজিকসু ঐগী পাইরক্কী লৌশিং অমনা ঐখোয়গী ইবুংঙো ফত্তবা মথল অমনি হায়বা খন্নবা ঙমই। মী অমত্তদা ফত্তব ওইরবদি করিসু মসিনা ৱাথোক ওইবা ঙমমোই, অদুবু মাদি মাগী মরুপ অমদি মরুপকি মুংশিবী মুপী, অনিদা অনিরক ফত্তবা ওইরে। মফম অসিদা ঐবু মুংশিগদবা মী লৈত্তে, অশেংবদি ঐহাক মীমুংশি খংই। শগোল জুরা অনি পুম্না চিংবা ওইথোক্কে, ঐগী অৱোনবা খঙবা ঙম্রোই। ঐগী মুংশিবা মীশক কনা অমত্তনা খঙলোই, অদুগা হৌজিকসু মুপী অমা লৈ। করম্বা মুপীদগু ঐনা ৱারৌ তৌরোই, ইশামক্কী ফাওবা। অতৈগী ৱা ঙাংলোই অদুগা মসি হৌজিক শঙ্গোম পিবনি। মহাক্না ঈশিংদা ইরোইবা ঙম্বা হুইদগী হেম্না মগুন লৈ! অদুনা অচম্বা

খৃষ্টান অমদা মসি মমল য়াম্বা পোৎনি।

( মপান্দা চে অমা পুখোকখি )

মক্ষম অসিদা মাগী গুন পরেং অমা লৈরে। অহানবা, মহাক্না পোৎকা লোইননা তুগুদা অমসুং মাংদা চৎপা গুম্মী। ক্ষরে, শগোল অমনা হেন্না ভোদে, নত্তে শগোলনা চৎপা গুমদে, পোৎ পুবা গুমদে। মাগী মনঙ্গলদা হাপ্পা শোৎত্তমক মানা পুবা গুমই। মরম অসিনা মহাক্না মতিক চাত্রবা অরাইবা চোকথরবা শগোলদগী হেল্লি। অনিগুবা, মহাক্না শঙ্গোম পী, নঙনা থঙ্গদ্‌বনা গুণ লৈবী হুপী তরু তরুই।

( স্পীদ চংলকপা )

স্পীদ—লাউন্স! করি করম্না পানবিদ্বিবা? নখোই ইবুঙোগী পাও করি কমদোরিবগে?

লাউনস—নঙনা ঐঙোন্দা হঙইববু, ঐখোই ইবুংঙোগী মপু ওইবগী মরমদা নত্রা? য়াম্না ফরি—ঐখোই ইবুংঙোগী জহাজ সমুদ্রনা হোল্লি।

স্পীদ—ক্ষরে, নঙগী থাইনগী ফত্তবা লমচৎ অহুদি অহুম লৈরি? রাহৈগী ফাগি অনিংবা অমগা লোয়ননা অভৈগী রাহৈ অমগা লোনবা। নঙগী নখুত্তগী চে অহুদা ইরিবা পাউ অহু করিনো?

লাউনস—নঙনা মত্তমচুপ্পা ভারবা খ্বাইদগী ফত্তবা পাওনি!

স্পীদ—করি, নিপা! কমদোনা পাউ অহু ফত্রিবা?

লাউনস—করিগীনো মসিনা মুক মুক মুরিবা?

স্পীদ—ঐবু পাহল্ল।

লাউনস—তুমিনলৈয়ু অপঙবা, পাবা গুমলোই।

স্পীদ—মীনম্বা ঙাংইব্রা? ঐহাক পাবা গুমই।

লাউনস—ঐনা নঙবু পরিক্ষা তৌনি। মসি হায়ু, নঙ কনানা পোকই? নঙ পোকশগী মরম করিগীনো?

স্পীদ—ঐখোই ইপুবোকি মচানিপা অহু লুহোংহুনা—...... ।

লাউনস—লাইরিক হৈত্তবা, নঙগী নবেনবোকী মচাগা মহুনা মসি ওইখিবা; মসিনা প্রমান তৌরে নঙ পাবা ঙমদ্রে?

স্পীদ—অপঙবা ভুমিননৈয়ু, চে অহুদা ঐহাক য়েংগে।

লাউনস—য়াম্না মসি লৌরো। মহৈ হৈবা নিকোলাস য়োকপগুম নঙোন্দা থুনা পিরবা অসিনি।

স্পীদ—অহানবদা মহাক্না যন্দগী শঙ্গোম শুম্বা ঙম্মী।

লাউনস—মাম্নি, মহাক ঙম্মী।

স্পীদ—মথংদা মহাক য়ু অফবা শুংই।

লাউনস—মসি আইনগী অফবা অধিকার পিবনি। মসিদগী ঐখোই অয়াম্বনা হানৈ—ইশ্বরনা ঐখোয়গী থম্মোইদা অফবা পিসন্নু।

স্পীদ—মথঙদা মহাক্না য়েংভুম্না ঙ্কি লোনবা ঙম্মী।

লাউনস—মহু মহাক তশেংনা ঙমব্রা?

স্পীদ—মথংদা মহাক্না খোঙমোজাগী চৈনা মরিনচিংবা লোনবা ঙম্মী।

লাউনস—নিপা অমনা মহাক্না লুহোঙ্গে থনবা, নুপী, নুপী অমনা খোঙমোজা শাবা মতমদা, লৈশাবী অহুগী মরিমতানা চামাগী হিংদা চেকশিনকম থোকপা করিনো?

স্পীদ—মথংদা মহাক্তি শু-চাম্বা অমসুং পোৎচৈ, নানহনবা অমসুং নাম্বোকপা ঙম্মী।

লাউনস—মহৌশানা নুপীশিং অসি মোৎলি অহুনা ফজনা ফিরোল শু-চাম্বা দরকারনি। মহু থাইদগী মমল য়াম্বা গুম্নি।

স্পীদ—মথঙদা মহাক তরেংনা থৌরি তাবা ঙম্মী।

লাউনস—তরেংনা হিংবা ঙম্বা মতমদা, সংসারদা ঐনা করিগুম্বা খরগী চেকশিননিঙাই লৈত্রে।

স্পীদ—হৌজিক্তি মরুপ, মাগী ফত্তবা লাকলে।

লাউনস—অফবা গুন পরেংগী মতুংদা, থুনা ফত্তবগী অমুক লাকলে।

স্পীদ—মথংদা মাগী মুংশিনিঙাই ওইদে, খ্বর নমথি।

লাউনস—মহাক্কি খোম্থোক মুংশি অতুনা মসি গুণ অমনি। মহাক্কী শুরগী মুঙাইতবা অতুনা মরাল ওইরে।

স্পীদ—মথংদা তুম্লিবৈদা ব্রা ঙাংই।

লাউনস—ব্রা ঙাংইবৈদা তুমত্রবদি মত্ত করিস্ত লৈতে।

স্পীদ—মহাক ব্রা থুনা ঙাংদে।

লাউনস—অপঙবা কনানা মহাক্কি মরাল পিনবা ইরিবা। ব্রা ঙাংবা মুপীদি অথোইবা গুম্নি, ককথংলু, অথোইবা গুন ওইনা ইয়ু।

স্পীদ—মথংদা মহাক চাউখোকই।

লাউনস—মতুংগু ককথংলু, থৌদোক অমা খোকত্রিবৈ মমাংগীনি, মতুনা মাগী লমচং হোংবা য়ারোই।

স্পীদ—মথঙদা মহাক ময়া হৌদে।

লাউনস—ময়া হৌদবনা শাইরগা চাই হায়বা ঐহাক খলহৌত্রে, লুহোংলগা ময়া য়াওদনা পোং চাবা অতুগী দায়িত ঐনা লৌরগনি।

স্পীদ—মথংদা মহাক মচিল থি।

লাউনস—ময়া হৌদবদগীনি, মতুনা করিশু অমাংবা ওইরোই।

স্পীদ—মথংদা মানা শুংবা য়ু মতম খুদিংদা থাগৎকনি।

লাউনস—মহাক্না শুংবা য়ুনা করবদি করিগী থাগৎলোই। মানা তৌত্রবশু ঐনা থাগৎকনি।

স্পীদ—মথংদা মহাক খরচ চাউই।

লাউনস—মানা হায়রবশু মহু ভোরোই মরমদি মহাক খজিক্তা ঙাংই হায়না ইথ্রে। মাগী খরচ চাউবা অহু লোম্না থমগনি। ফরে, মথা তাথৌ।

স্পীদ—মথঙদা লৌশিংদগী মশন্না হেল্লি অহুগা মশমদগী মাগী মরালনা হেন্না চাউই। মরালদগীশু মরলনা হেল্লি।

লাউনস—মফম অহুদা লেপখো, ঐদি মাবু লৌগে খল্লি, মহাক শোইদবা ওইসহু। নঙনা অসুম পুরকপা অকোনবা পরেং অহুদা ঐনা মাবু লৌগদ্রা লৌরোইদ্রা চিংনরে। পরেংশিং অহু অমুক পাও।

স্পাদ—লৌশিংদগী মশন্না হেল্লিং।

লাউনস—লৌশিংদগী মশন্না হেল্লে। মহু ওইবা য়াই। মহুগী থুদম পীগে। থুম য়োম্বা মথুম্না থুম লোৎতুনা থম্মী মরম অসিনা থুমদগী মথুম্না হেন্না মগুণ লৈ। কোক্তা শন্না কুপ্পী মহুগী মনুংদা থোপ লৈ, কুপ্পিবা পোত্তগী গুণ লৈনা কুপ্পা অহুগী মরম লৈ। মথংদা করি হায়না।

স্পীদ—অহুগা শমদগী মরলনা হেন্না চাউই।

লাউনস—শমদগী মাগী মরালনা হেল্লবদি মঙোন্দা মরাল য়াম্না লৈরে।

স্পীদ—মরালদগী মরলনা হেন্না লৈ।

লাউনস—ফরে নঙনা হায়রিবা মাগী মরালদগী মরলনা হেন্না ঐনা খোরাংই। ঐহাক মহাক লৌরনি মহাক্তা লুহোংবা য়ারবদি।

স্পীদ—মতুংদা মীনা করি হায়গনি? করি থোক্রকনি?

লাউনস—মতুংদা ঐনা হায়গনি, নংগী নবুংঙোদো অবাং থোঙদা নংগীদমক ঙাইহোই।

স্পীদ—মহাক ঐবু ঙাইহৌই হায়বা ? মহাক্না ঐগা করি তৌগদৌরিবা ?

লাউনস—হোয় মিনাই হুপা নংগীদমক ঙাইহৌই, নংবু কনানো ? নংনা মাগী মিনাই, অতুগা নঙোন্দগী হেন্না চাউবা মীশক্না ঙাইনবা নহাক থম্বরা ?

স্পীদ—অতুগা মহাক উনবা চৎকদবগী মপুং ফাবা দরকার নংগী লৈতবরা ?

লাউনস—ৱারী শারিঙৈদা মতম হৌগ্রে অতনা চেন্দুনা চৎকদবনি ।

স্পীদ—করিগী হান্না তাকত্রিবনো ? নংগী পাউ অতু শাপ তৌরি । [থোকখিবা]

ল্যাউনস—থাগৎপা যাদ্রবা মরুপ, ফজবা লমচৎ খঙদবা ! ঐগী চিঠি পারিঙৈদা মতম হৌশিবা অতুগী ফুবিরমগনি । অতুগা অতৈ অতোপ্পা মীশক্না অরোনবা থৌরম শক্তিনা লোন্না উথ্রগনি । মরুপ্পু দণ্ড পীবা হুংঙাইনবা ঐহাক নতুং ইনগনি ।

# ৩-২ শুবা

## ড্যুক্কী কোন্নুং

## ড্যুক অমসুং থ্যোরিও চংলকপা

ড্যুক—সার থ্যোরিও : মানা নংবু হুংশিদবগী করিসু কিগনু । মহাক শোয়দনা নংবু হুংশিগনি । হৌজিক মাগী মিংয়েং ৱাংমদা দণ্ডগী হুকুম অমনা ভেলেনতিন তান্থোকখ্রে ।

থ্যোরিও—মহাক তান্থোকখিবা অতুদগী হৌনা মানা ঐবু খুকচবা হেনখি । ঐগা উনতুনা তিন্নরম্বা পুন্নমক থাদোক্লে । ঐগী ইথক্না য়ানিংদবা ৱাঙাং কয়ানা চৈ । মরম অসিদগী মাবু ফংবগী আশা উত্রে ।

হ্যাক—মাগী থনোইদা সুংশিবগী ইহৌ কল্লে অতুগা কুইরোই মাঙথ্রগনি। মসিদি ফমঙ্গনবা উন ককপগুম, অশাবনা য়ৈবদা ঈশিং ওন্দুনা তক্কুনা চামথোকপা অতুগুম্বনি। অসুম তৌহুনা তেল্লবা মতম অমদা মাগী থমোইদা ভেলেনতিনগী ৱাখল মাংখিনি। অফব্বা উনগী মতৌগুম্না মমল লৈতবা ভেলেনতিন কায়রনি।

[ প্রোতিয়স চংলকপা ]

হ্যাক—করি পাউনো প্রোতিয়স! ঐখোয়না লৈবাক খঙনা হুকুম তৌথ্রবা সহর মচা নংগী মরূপ ভেলেনতিন অহু মিলন্দগী চেনথ্রবরা?

প্রোতিয়স—ঐগী থৌজানহৈবা পুকচেন চাউবা! মহাক লাপ্পা চেনখ্রে।

হ্যাক—মহাক্না লাপ্পা চেনখিবা অসিদা ইচাগী থমোইদা অৱাবা ফাওরে।

প্রোতিয়স—মহাক্কী অৱাবা ৱাখল অহু মুমিং খরদংগী মতুংদা কোককনি।

হ্যাক—ঐসু অসুম্না খল্লি। অতোপ্পা ৱাখল অমদা থ্যোরিওনা খল্লি। পুকচেন চাউবা প্রোতিয়স! ঐনা নংবু চেৎনা থাজে মরমদি নংনা ঐঙোন্দা অচুম্বা মওং খর উৎখিবা অহুনা ঐগী অফবা ৱা খর তাননিংই।

প্রোতিয়স—ইশাঅক হায়বা ইন্না ইকাইখুম্নবা অহুদগী মতম শাংনা ঐবু য়েংশিনহনবিদবা ওইসহু।

হ্যাক—মতৌ করম তৌরগা সার থ্যোরিওগা ইচাসুপীগা লুহোংগদগে হায়বা নংনা খঙইবহুনি।

প্রোতিয়স—পুকচেল চাউবা! মফম অসিদা ভেলেনতিন্না লৈব্রিঙৈদা মহাকসু অসুম্না তৌখি।

হ্যাক—মানি ঙক-কনবীশে ভেলেনতিনগী মুংশিবা কাউহন্দুনা মতৌ করম্না সার থ্যোরিওদা মুংশিহনশিগে ?

প্রোতিয়স—খাইদগী কন্না উপাইদি ভেলেনতিনগী মরমদা মাগী পোক্লকম হম্ববা, অনম-কনবা, কিগনবা, মিনম্বা তৌবা মরান শীবা অসিমা মুপীশিংনা মাবু হঙোইগনি।

হ্যাক—চুমই, তুক্কচ্ছনা ঙাংনরবদি মাসু ব্রাখল তৌরক্কনি।

প্রোতিয়স—চুমই, ভেলেনতিনগী কনাগুম্বা মরুপ অমনা অশেং-বমক মানা থাজনা মীশক তাক্লবদি মাগী য়েক্লবা ওইরনি।

হ্যাক—অদু ওইরবদি ভেলেনতিনগী পাউ পুবা অদগী মথক্তা নহাক থবক থরা পাংথোকউ।

প্রোতিয়স—ইবুংঙো! ঐহাক মতুমক তৌগে খন্দে। মসি পুকচেন শেংবা মীশক অমগী মাগী মরুপকি মাংনবা তৌবগী মমল লৈতবা থবক্নি।

হ্যাক—মকম কদাইদস্ত নংনা মাবু থাগত্তুনা করিগুম্বা অকবা অমতা তৌহনবা ঙমদে। নংগী মুংঙাইহন্দবা ব্রাহৈনা মাগী মাঙহনবা ঙমদে। মরম অসিনা অক-কত্ত অনিগী মনুংদা মতু লৈরে। থোইদোক্লা ঐগুম্বা নংগী মরুপ অমনা মসি পাংথোক্লবা কম্না নীংতুনা হায়জরিবসিনি।

প্রোতিয়স—পুকচেন চাউবা মথা তানা হায়বিরে—করিগুম্বা উপাই অমনা ঐনা মসি প্যাংথোকপা ঙমলবদি মতু মাগী কত্তবা মিংচৎনি হায়বা ঙমই, মহাক মতম কুইনা ভেলেনতিন মুংশিবা য়ারোই। ভেলেনতিনগী মুংশিবা মাগী ব্রাখল হৌজিক কোংনা মাইয়োক্লরি। অদুবু মাগী ব্রাখল হোংবা অদুনা সার থ্যোরিও মুংশিহনবগী উপাইদি ওইরোই।

থ্যোরিও—মরম অসিনা ভেলেনতিন্দগী মাগী মুংশিবা মরী থদৎপা

অত্তুগা কনাগুম্বা অমত্তদা মাগী শুমহৎপা পুক্লিংগী ইথক হৌবা, চিংনবা অমদা ওস্থখিগদবদগী থিংবিউ। নংনা ভেলেনতিনগী মরমদা ফত্তবা হায়তুনা পুক্লিং হোংহনবগুম, ঐগী ফজবা লমচৎকি মরমদা শন্দোক্লা তাকপীতুনা, মাগী মুংশিবনা ঐবু পুনবিনবা নহাক য়াম্না চেকশিন্ন। পাংথোকপিগনি নিংই।

হ্যাক—হীরম অসিদা নংবু ঐখোয়না মুংশিনা থাজৈ।

মরমদি ভেলেনতিগী রিপোর্টতগী ঐখোয়না থংই নহাক কনাগুম্বী মুংশিবী অমগী থমোই চাক্লে, অত্তুগা নংগী থমোইদা নংগী মুংশিজবী মুপী অত্তুগী থাজবা থুনা থাদোকপা নত্তগা হোংবা ঙমলোই। থাজবা অসিগী মথক্তা সিলভিয়াগা লোয়ননা ব্রারী তৌননবা মফম অসিদা চংবা য়ানবা য়াথং পিরবসিনি। মরমদি মহাক হৌজিক মথন্নাই চংত্রে, অমম্বা ওইরে। নহাক উবদা নংগী মরুপ কাইনবগী অব্রাবা কোক্তুনা হরাউনি। মফম অত্তুদা নংগা লোয়ননা ভাব তানা ব্রারী তৌবা, অত্তুগা মাগী পুক্লিং হোংহন্দুনা থবক ওইনা নমত্তুনা তৌহনবা শেমদোকপা য়াগনি। অসিগুম্বা পাম্বৈ অমনা ভেলেনতিনবু তুকচ্চহল্লগা সার থ্যোরিবু মুংশিহল্লু।

প্রোতিয়ুস—ঐগী শক্তিনা ঙম্বমথৈ ঐহাক তৌগে। সার থ্যোরিও! নংসু অত্তক হাক্লা হৈ-শিংদে, নংনা তেংথা নাওইবা শৈরেং অমনা, নঙোন্দা মাগী পুক্লিংগী অরেপ্পা ব্রাথল থম্নবা লাং অমা থাক্লদবনি। নিংথিনা ইরবা শৈরেং অত্তুনা মাগী পুক্লিংগী ব্রাশক্তা লোয়ননা নঙোন্দা মাগী মপুংফানা পেনবা ওইগনি।

হ্যাক—চুমই, শৈরেংনা মী অমগী পুক্লিং, ব্রাথল, অকনবা শক্তি ওইনা শেংনা চিংশিনবা ঙমই।

প্রোতিয়স—নংগী মিংকি পি তানা. স্নুংশাম্বর ফুয়না হোন্দুনা, থমোই, হকচাং পুম্নমক মাগী ফজবা অহুগী মথক্তা দান ওইনা কত্তুনা হায়জো। নংগী উন কংত্রিফাওবা নংগী মিংকি পিগা ল্যোয়ননা অমুক হন্না কপউ অহুগা পুক্লিংদা পানবা পচ্ছ পরেং থরগী শৈরেং শেমউ, মহুনা থমোই হকচাং পুম্নমক কথোকপা ওইনা উংলু। ওর্ফিয়সকি গিতরগী খোঞ্জেন অস্তুক মতিক শক্তি লৈ, ফজবা শৈরেংনা মিত্রংগী মতৌগুম্না য়োং অমদি স্নুংজাও মহী চেনহনবা ঙমখি। অহুগা ঈশিংগী অচৌবা হিংচাবা, শাহিংচাবা কৈ ফাওবা ঈশৈগা লোয়ননা ভেহন্দুনা তোর্ব্বান লৈঙোই মথক্তা ওন্দুনা শাম্নখি। নংগী থমোই শোকপা অৱাবা ঈশৈ শৈরেং মাঙোন্দা পিপ্রবা মতুংদা নংগী স্নুংশিবীগী মিহুৎথোং লোমদা ঈশৈশকপাশিংগা লোয়ননা ফজবা শৈরেংগী ঈশৈ অহীংদা শকউ। স্নুংশিবা যন্ত্রগা লোয়-ননা অৱাবা ঈশৈ মপুং ফানা ঈংলবা অহীংদা শকউ। অসিগুম্বা স্নুংশি খোঞ্জেন অৱাবা ঈশৈগা চান্নে। মসিদস্নু নংগী মায় পাকপা ঙমত্রবদি মাগী আশা তৌরুরন্নু।

হ্যুক—নংগী নিয়ম নাইনা ভাকইবা পাউতাক অসিনা তাকই, নহাক স্নুংশিবদা লুপলে হায়বা।

থ্যোরিও—অহুগা নংগী পাউতাক, থবক ওইনা ঐনা ঙসি অহীং তৌরনি। মবম অসিনা চান্নরবা প্রোতিয়স! ঐখোয় থুনমক সহরদা চত্তুনা হৈ-শিংবা ঈশৈ শকপা মীশক থল্লুশি। পাউতাক অহু পাংথোক্লবা ঐগী শৈরেং লৈরে!

হ্যুক—খুদক্তা মহু তৌরুরো।

প্রোতিয়স—চাকলেন চাদ্রি মমাংদা ঐখোয় লাকনি, অহুগা মতুংদা থবক পরেং অহু পাংথোক্লবা লেপ্পশি।

হ্যাক—হৌজিক কুইথবগী ক্নান্নবা লৈতে, চপ চানা তোৱো ঐনা নখোয়বু ঙাকপিগনি।

(থোকখিবা)

## এক্ট ৪-১বা

### সিন ১

### মাণ্টুৱাগী জঙ্গল অমদা ডাকু খরা

১বা ডাকু—মরূপশা! নখোয়না লৈরিবা মফম অত্থু খোংফম অমত্তা লেঙদনা লৈমু। ঐহাক লংকৈ চৎপা অমা লাকপা উৱে।

২বা ডাকু—মখোয় মী তরা শুরবস্থু মখোয়বু থুগাইবা ঙমদ্রিকাওবা হন্দুনা চেলোই।

(ভেলেনতিন অমসুং স্পীদ চংলকপা)

৩বা ডাকু—লেপখো, নখোয়গী খুত্তগী পোৎ অত্থু থাদো। য়াত্রবদি নমত্থুনা মত্থু লৌহনগনি, অত্থুগা নোংমৈনা কাপথুগনি।

স্পীদ—(ভেলেন) ইবুংঙো; ঐখোয় মাংঙে, লংকৈ চৎপশিংনা য়াম্না কিনবা ফত্তবশিংত্থু মখোয়শিংসিনি।

ভেলেন—(ডাকু) চান্নরবা মরূপ মপাং পুম্নমক।

১বা ডাকু—মত্থুনা য়ায়োই, ঐখোয় নংগী য়েক্নবনি, মরূপ নত্তে।

২বা ডাকু ঙাইখো; মানা হায়নিংইবত্থু তাখিশি।

৩বা ডাকু—মানি, নংগী নপৌনা লৈনা মাইয়োক্নবা অত্থুদা ঐনা নঙোন্দা য়াশক্লি। মানা হায়রিবা অসি ঐখোয় তাখিশি, মসি য়েংবদা অকবা মীশক ওইনা উই।

২বা ডাকু—নহাক মফম কদাইদা চৎকদৌরিবনো?

ভেলেন—ভেরোনাদা।

১বা ডাকু—নহাক মকম কদাইদগী লাকপনো ?

ভেলেন—মিলন্দগী।

৩বা ডাকু—নংহাক কুইনা মসিদা লৈরবরা ?

ভেলেন—থা তরুক তরেৎলোম শুরে, অহুগা ঐগী নিংবা কাইবা লাইবকথিবা থোক্লবদি পম্বা য়াই।

১বা ডাকু—মকম অহুদগী করিগী বন্দি ওইরিবা ?

ভেলেন—ঐহাক ওইশ্রে।

২বা ডাকু—করি মরমদগী ?

ভেলেন—ঐনা নিপা অমা মরুপ শাজিন্নহুনা হাংলুরে. মহুগী ঐ য়াম্না সুংঙাইত্রে।

১বা ডাকু—ফরে, মহমক নংনা তৌথিবা লৈরবদি করিসু রারুসু। করিসু লৈতবা অহুগীদমক নহাক নথন্নাই হিংনবা লৈবাক থাদোক্তুনা চেল্লকল্লবা ?

ভেলেন—দণ্ডি অসি ফংবদা ঐহাক সুংঙাইনা থোকলে।

২বা ডাকু—নহাক দেশ অসিগী তোঙান তোঙানবা লোন হৈবরা ?

ভেলেন—ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা লম কোইহৌবনা ঐহাক লাইবক ফবা ওইরে নত্রবদি ঐহাক ওন্তনা খুদোংথিরমগনি।

৩বা ডাকু—ঐথোয়গী লুচিংবা য়োবিন হুদফি মকোক তাঙবা মওং অসিনা অরোনবা, আইন লৈতবা ঐথোয় কাংবুগী, নিপা অসিনা নিংথৌ ওইরবদি ফগনি হায়না ঐনা ময়ামদা হৌদোকচরি।

স্পীদ—( ভেলেনতিদা ) ইবুংঙো য়াওবিয়ু, মথোয় অসি ইকাই খুম্নাই ওইবা ডাকুনি।

ভেলেন—তুমিন লৈয়ু লোয়্নাই।

২বা ডাকু—মসিমতদি ঐঙোন্দা থংহুনবিয়ু, নংনা তৌব্রা ওবা খুৎকি বিদ্যা, হৈবরা ?

ভেলেন—ঐগী লাইবক ফবা পিবিবা নত্তনা করিমত্তা ঐহাক হৈরুদে।

৩বা ডাকু—ঐখোয় ইরক্তা পুকচেন চাউবা খর য়াওই হায়বা খঙউ, নহা ওইবগী পুক্নিং ফাবা ওমদবদগী, মীওইবগী অসিগুম্বা আইন কাইবা চৎলুবদগী ইশামক ভেরোনাদগী লোই থারকপনি। মত্থগী মরমদি ঐনা হুপী অমা চেন্নবা হোৎ-নরুবদগীনি, নহাক হ্যাক্তি মরি মতা উত্তরাধিকারিনি।

২বা ডাকু—অত্থগা ঐনা মাঞ্চুরাদগীনি, পুকচেন চাউবা নিপা অমগী অশাউবা পুক্নিং উত্থদা ঐনা ঐগী থাংশাংনা মাগী থমোই কাওনা থিন্দুনা হাৎলে, মত্থগী দখিংনি।

১বা ডাকু—অত্থগা ঐগীসু করিসু লৈতবা অসিগুম্বা ব্রাখোক্নী ইরান অমগীদমক ব্রারী তৌরি। অত্থনা ঐখোয়গী আইন লৈতবা পুন্সি ঙাকথোক্নবা নহাক ঐখোয়গী লুচিংবা থল্লে। নংগী নশক নত্তৌ ফজবা, নংনা হৌজিক হায়খিবা দেশশিং অসিগী লোন খঙই হায়বা, ঐখোয়গী ফিবম অসিদা নংগুম্বা গুন চেনবা মী অমা পামই।

২বা ডাকু—অশেংবমক নংসু বন্দিনি। কনাগুম্বা অমদগী হেন্না পান্না, নঙোন্দা ঐখোয়না হান্নিবসিনি। নং ঐখোয়গী লুচিংবা ওইনবা শেম-শারবরা? ঐখোয়গুম্না জঙ্গলদা পুকচেন চাউনা লৈমিন্নবা য়ারবরা?

৩বা ডাকু—নং করি হায়নিংই? নং ঐখোয়গা মরুপ ওইগদ্রা? য়ারে হায়য়ু, অত্থগা ঐখোয়গী লুচিংবা ওইয়ু। ঐখোয় ইকাইখুম্নগনি, নংনা ঐখোয়বু লাকপা ঐখোয় য়ারে। ঐখোয়গী নিংথৌরেল [অমদি লুচিংবা ওইনা নহাক ফংলে।

১বা ডাকু—ঐখোয়না নংবু ইকাই খুম্নবা সিগী পাউথুম ঐখোয়বু ইকাইবা পিরবদি হাৎকনি।

২বা ডাকু—ঐখোয়না নঙোন্দা হায়রিবা অসি য়াদহুনা কনাগুম্বদা চাউথোক্লা ব্রারী ভৌরবা নথরাই মাংলে খঙউ।

ভেলেন—লাইবক থিবী মুপী অমদি লম্বী চৎপা মীদা ভুকচ্চবা লমচৎ চৎথিত্রবদি নখোয়গা লৈনিম্নবা নখোয়গী হায়জবা ব্রাফম অসি ঐহাক য়ারে।

৩বা ডাকু—নত্তে, ঐখোয়গা লোয়ননা লৈমিন্নবদা অসিগুম্বা ফত্তবা উপাই শিজিন্নবা ঐখোয়না হেন্না ভুকচৈচ ঐখোয়না তানবা লন পুন্নমক নঙোন্দা উৎকনি, মসি নংনা শীনবা ওই দবনি।

[ থোকখিবা ]

## ৪—২

## মিলন, হ্যক্কী কোক্লুংগী মপান্দা সিলভিয়াগী কা প্রোতিয়স চংলকপা

প্রোতিয়স—ঐগী মরুপ ভেলেনতিন্দা ঐসে হান্নবা থাজবা য়াদবা ওইহুনা লাকই; অহুগা হৌজিক্লা মহুগা চপ-মান্নবা থ্যোরিওদা চৎকনি। মহাক্লা উনবদা থ্যোরিওবু ব্যাখা তৌহুনা থাগৎপদা, ইশাগী মুংশিননবা ব্রা হায়জবা লাই-বকফবা তাঙ্গা ফংলে। অহুবু সিলভিয়া; অচুম্বা চৎপী হায়বা ইনবীনি। ঐগী ফত্তবা লম্বী অসিদা মাবু চিংশিনবা, মাগী মিত্তা মমল লৈরোই। ঐগী অশেংবা থমোই মাঙোন্দা কথোক্তুনা হায়জবা মতমদা মানা ঐবু করেম্নরবদি মরুপ্তা নমথাক তৌনা লোয়নবা তারেদো। নংগী মুংশি-বনা থমোই পুনপ্রবনি হায়না ঐনা ব্রাশকপা মতমদা, মানা ঐগী মুংশিরবী জুলিয়া; ঐগী ব্রাশক থুগাইহুনা,

ৱাশক থুগাইবা অমা ঐনা ওইরক্লিবসি মতৌ করম্না ওইগ্রিবনো হায়না ঐবু নিংশিংহনখি। মাগী অথিংবা লৈতনা পোকখাইরকপা পাখোং, সুংশিজবা অমগী আশা অপুম্বা মাংহনবা, মতিক চাবা ঐগী সুংশিবা মহাক্না ভুকচ্চনা য়াদে। মাগী অহেনবা ৱাখল অসিনা ঐগী সুংশিবা ঈহৌ হেনগৎহল্লে অতুগা সুংশিবগী মথোংদা তুহনা তাক্না লোহোৌবদা কাউথোক্লবসু ঐগী হায়জকম থোকপা, ঐগী সুংশিবা ফংনবা হোৎনবা মতুং তাগনি। মফম অসিদা থ্যোরিওসু লাক্লে, হৌজিক ঐখোয় মাগী মিছুথোং মনাক তানা চৎলনি। অতুগা সুমিদাংগী মতমগা চুনবা সুংশিবা ঈশৈনা মাগী মনাকোংদা তাহন্দুনা লৈহনগনি।

[ থ্যোরিও অমসুং ওর্ফিয়স চংলকপা ]

থ্যোরিও—সার প্রোত্তিয়স! মতৌ করম্না ঐখোয়দগী হান্না লোন্না লৈরমইবনো?

প্রোত্তিয়স—অওইবমক্কি পুকচেন চাউবা থ্যোরিও; ফোংনা চংবা য়াদবা মফমদা সুংশিবনা মতম পুম্নমক্তা থুরু-থুদক ষণ-শানা, সুংশিবা ফংনবা হুরান্দুনা চংবা নংবা থংই-বহনি।

থ্যোরিও—মানি, মফম অসিদা নংগী সুংশিবা লৈতে নিংই।

প্রোত্তিয়স—ঐগী সুংশিবা লৈত্রবদি ঐহাক অসিদা লৈরমল্লোই।

থ্যোরিও—কনাবু সুংশিবা; সিলভিয়া?

প্রোত্তিয়ব—মানি, সিলভিয়ানি—ঐগী নত্তে নংগী।

থ্যোরিও—ঐগীদমক থুদোংথিবা লৌবিরম্বা থাগৎচ ... হৌজিক্তি পুকচেন চাউবা! ঐখোয়গী কুমৈ হৌরশি।

[অরাপ্পদা সুপাগী কিজেত্তা জুলিয়া চংলকপা]

হোস্ট—ঐগী নহা ওইরিবা অতিথি; হৌজিক নখোয় নথবাই মুংঙাইতে হায়বা ঐনা খঙলে। নখোয় অনিনা মতৌ অসুম্না করিগী তৌরিবনো? ঐঙোন্দা খঙহনবা য়াব্রা?

ঈশৈ

ও: মুংশিবা ... ... ...

হোষ্ট—হৌজিক থৌরাংশিং অসি করম খল্লি? হৌজিক নহাক হায়দগী মুংঙাইবা পোকতবরা? নিপা করম্না খল্লি? নহাক ঈশৈ পামদে হায়বা খঙবা ঙমলে।

জুলিয়া—নহাক লাম্না ঐবু লমজিংলে, ঐহাক হরাউ কুমৈ ঈশৈ পামদে।

হোষ্ট—করি মরমগীনো ঐগী মুংশিরবা পাখঙ?

জুলিয়া—ওম্নরে ইবুংঙো; লাম্না শকলে।

হোষ্ট—করি! সাগী তারাদা খোম্থোক চুম্না খোংত্রবরা?

জুলিয়া—মত হায়বা নচ্চদে, ঐগী থমোইগী অরাবা মপুন পেনহন্নবা হোৎনবদা মহাক রারে, হৌজিকসু নহাক লাম্না খোংলে।

হোষ্ট—মসিনা তাকপদি নংগী নাকোং য়াম্না শিংই।

জুলিয়া—চুমই, ঈশৈ অসি ঐহাক অমুক্তা তাবা ফংদ্রি, ঐগী থমোইগী অরাবা থৌরী মপুন অহুমক পেনহন্নবদা মহাক অরাবা ওইরে, ঐনা তারিবা অসিনা থ্বাইদগী মুংশিবা ঐগী থমোই পেনহনবা ঙমগনি হায়না নিংই।

হোষ্ট—নহাক ঈশৈ অসি পেন্দ্রে হায়বা খঙলে।

জুলিয়া—অশুক য়াকপা, থজিক্তা ফাওবা পামজদে।

হোষ্ট—তাউ, ফজনা খোংলকপা ঈশৈ শুর অসি!

জুলিয়া—য়াম্না ফজে, হোংইবসিনা ঐঙোন্দা অশুক্কী মতিক তুকচ্চরে।

হোষ্ট—ঈশৈ শকপশিংনা খোঞ্জেন অমত্তদা শকলে হায়না নংনা নিংবরা ?

জুলিয়া—ঐনা মতম পুম্বদা নিপা অমত্তনা খোঞ্জেন অমদা শকপনি হায়না খল্লি। অদুবু অতিথি; মসি সার প্রোতিয়স নত্তবরা, ঐখোয়না য়ারী ভোরিবা মহাক অসি লাইবক ফবী মুপী অসিদা তোয়না কোয়ররক্লবা ?

হোষ্ট—মাগী মিনাই মুপা লাউনসতগী তাবা পাউ অদুদি হায়গে, ভেলেনতিম্না সিলভিয়াগী থাইগী হেন্না নুংশিবনি।

জুলিয়া—হৌজিক কদাইদা লৈ ?

হোষ্ট—মহাক হৌজিক মবুংডোগী য়াথং পুদুনা সিলভিয়াদা থুদোনপোং ওইনা পিনবা মাগী হুই থিবা চৎথি।

জুলিয়া—ঙাইথো! মফম অসিদগী ঐখোয় খর লাপ্না লৈসি, অদুগা মখোয় কাংবু অসিনা ঐখোয়বু উহনগনুশি।

প্রোতিয়স—সার থ্যোরিও; নবুক্লিং লাংতক্লগনু। নংগী য়াফমনা মাগী মমাংদা মতো অম্মুন্না মাংজিন থানা থমহনা ঐগী হৈ-শিংবা উপাইনা মঙ্গল পিরে মহুদি নহাক শক্তি লৈনা য়া হায়বা য়ারনি।

থ্যোরিও—মতুংদা ঐখোয় মফম কদাইদা উনগনি ?

প্রোতিয়স—গ্রেগেরিগী গুহাদা।

থ্যোরিও—বিদাই!

[ মথক্কী মিহুৎথোং তম্না সিলভিয়া চংলকপা ]

প্রোতিয়স—ইমেম্মা! খুরুমজরি।

সিলভিয়া—পুকচেন চাউবা নখোয়গী ঈশৈ অদুগী থাগৎচরি। য়া ঙাংইবা নহাক কনানো ?

প্রোতিয়স—পুকচেন চাওবা মুপা অসিদা, মাগী অচম্বা অশেংবা থমোই কৎথিবা খঙলবদি নহাক খোঞ্জেন অসিনা মাবু লায়র্দা খঙবা ঙমগনি।

সিলভিয়া—মসি সার প্রোতিয়সনি হায়না নিংই।

প্রোতিয়স—মানি পুকচেন চাউবী নংগী হায়বা ইনবা মুংশিথোইবা প্রোতিয়সনি।

সিলভিয়া—নংগী অপাম্বা অনীংবহু করিনো ?

প্রোতিয়স—ঐগী অনীংবদি নংগী রাখলগী মপু ওইবনি।

সিলভিয়া—য়াম্না ফরে, ঐগী নিংজবা থুংনবা নঙোম্দা ঐগী আশা পিরবনি, মসি অসিদা লৈরে। ঐনা নীংইবদি নহাক থুদক অসিদা থুনা নয়ুম চত্তুনা কমুংদা হিপউ চৎলো। মরৈ-মরা চাউবা, থাজবা য়াদবা, তিন্নবা মরুপকি রাশক থুগাইবা, নংনা ঐবু অপঙবীনি হায়না খনব্রা ? লৌশিং লৈত্তবা, নংগী নরান লৈবা রাশকা লোয়ননা, অমুক তোয়না লৌনম তৌবা নংগী নরান ঙাকথোক্তুনা থাগৎ রাহৈনা ঐবু থেম্বরা ? খুদক অসিদা নয়ুম চত্তুনা নংগী মুংশিরবী মুপী অত্তুদা লম্ভজখিবা নরান অত্তুগী কোকপিনবা ক্ষতিপুরোন লাংউ-চৎলো। ঐগীদমক্তি য়াম্না মুংঙাইরে, অহিংগী অমেঙবা মঙাল পিরিবা থাগী মিংদা ঐহাক রাশক লৌরে, নংগী আইন কাইনা হায়জবা অত্তুগী ঐনা নংবু তুকৎচৈ, মত্তুগী আশা থাদোক্লব। ঐনা নংগী হায়জবা অত্তুগী মনা ওইনা মসি পীরে। মসি য়াম্না থুনা নংগা রারী শাবা তেল্লবা মতম অসি মাংশিদনবগি ইশামক থাদোক্কে খল্লে।

প্রোতিয়স—ঐহাক য়ারে মুংশিবী ! মতম অমা মুংশিরম্মী, মহাক হৌজিক শিরে।

জুলিয়া—(মথন্তা শোঙবা) ঐনা হায়রবদি মাগী মরান লৈরনি। মাগী মুংশিবী শিরে হায়বা মাগী রাহৈ চুমই। মহাক অমুক হন্না ঐবু মুংশিন্ত্রে, মরম অসিনা মাগী মফমদা

ঐহাক শিরে। অতোপ্পা মাইকৈ অমদা হিংবা শোয়ড্রে, অৱাবা নৈররোই।

সিলভিয়া—মহাক শিরে হায়না লৌরম্মি, নংগী মরুপ ভেলেনতিন হৌজিক হিংলি। নংসু খঙইবনি, মঙোন্দা লুহোংবগী ৱাশক অমা ঐহাক লমন তোল্লে। মাবু মাংহনবা, অদুগা নশাগী তকশিলকপা নহাক ইকাইদ্রা?

প্রোতিয়স—ঐনা ভেলেনতিনসু শিরে হায়না তারে।

সিলভিয়া—অদু ওইরবদি ঐসু শিরে নিংউ, ঐগী থুংশিবা ভেলেনতিন্না শিরম্নবদি ঐবু থুংশিবা নহাক নশামক শিদুনা তাবা ওইসনু।

প্রোতিয়স—পুকচেল চাউবী থুংশিবী; নৈথুংদগী পুথোকহন্দুনা নংগী থুংশিবগী থর'ই হাপহনবিসনু।

সিলভিয়া—চানবিদুনা নং নশাগীদক অৱাবা থাওইবী মহাক্কী মফমদা চত্তুনা মাগী মফমদগী নংগী থুংশিবা চিংথোক্লবা হোৎনরু। য়ামদ্রবদা নংগী থুংশিবা নৈরিঙৈদা অতোপ্পা অমা য়েংফদে।

প্রোতিয়স—ইবেমা; নংগী থমোই অসুক কনবা অদুগা অশুক হায়ন-তানা য়াদবা, ঐগী থুংশিবা কম্নবা নংগী কাদা য়াম্লিবা তশবীর অদু থুংশি থুদোল ওইনা পিনবিয়ু। তশবীর অদুদা ঐনা হীক্লা হীক্লা কপ্তুনা থুংশি ৱারী শাগনি, থুংশাখ্বর ফুইনা হোন্দুনা হায়জগে। মশামক কনাগুম্বা অমদা পুকচেল শেংনা চৎখিবা অদুদগী হৌনা মহাক মসিদং নীংখি। অদুগা মসিদা থুংশিবা মতিক চাই।

জুলিয়া—(মথন্তা) মসিনা অশেংবা ওইরবদি মিনম্বা শোয়ড্রে, অদুগা ঐনা তৌবগুম্বা মমিদা খোশাবা শোয়দ্রবনি।

সিলভিয়া—সার ! ঐগী তশবীর পিবিনবা হায়জবা অসিকাওবা ঐহাক য়ানিংদে। নংনা নয়ান লৈনা সুংশিবা হৌবা মমিদা নীংবা মতিক চাই। অশেংবা মওং মতৌ লৈত্তবা অয়েকপা অহুদা পুলি কৎনবা হায়জরি। কনাগুম্বা অমা অয়ুক্তা থাবিরকউ, মাঙোন্দা ঐগী তশবীর থারকে। হৌজিক চৎলো, নয়ুমদা সুংঙাইনা তুম্মুরো।

প্রোতিয়স—মানি, চুথই সুংঙাইনা তুম্বগুম লাইবকথিবা মীশিংনা নিন্দা ভৌনা থৌরিদা য়ানবগুম্বা মথংগী অয়ুক অহু ঙাইবদা অহিংচুপ্পা য়ানা থাঙগনি।

[ প্রোতিয়স অমসুং সিলভিয়া থোকখিবা ]

জুলিয়া—অতিথি ; নহাক চৎকদ্রা ?

হোষ্ট—অশেংবা মকম ওইনা কন্না তুমপুরে।

জুলিয়া—ঐনা নঙোন্দা হায়জরি, সার প্রোতিয়স কদাইদা লৈ ?

হোষ্ট—ঐগী য়ুমদা, ঐনা হায়বা থাজো অহিং হৌখ্রে হৌজিক অয়ুক অঙনবা ওইরক্লে।

জুলিয়া—মসি নোং ঙাল্লবসু থ্বাইদগী শাংবা অহীংনি। ঐগী পুন্সিদা খ্বাইদগী অরাবা অহীং ওইখ্রে।

[ থোকখিবা ]

## হান্নগী মফম

### সিন ৪-৩

### ইগ্লেমোর চংলকপা

ইগ্লেমোর—সিলভিয়ানা মাগী আশাদা করিগুম্বা অমা পাংথোকপিনবা ঐবু কৌবা মতম অহু য়ৌরক্লে। অরুবা হীরম থরদা মানা ঐবু শিজিন্নবা পামই। ইবেমা, ইবেম্মা !

[সিলভিয়া লাউনা কৌবা

সিলভিয়া মাগী থোংনাউদা চংলকপা]

সিলভিয়া—ঐবু কৌবা কনানো ?

ইগ্রেমৌর—পুকচেন চাউবী নংগী য়াথং মাংজৌননা পাংথোক্লবা থৌরাং ভৌরবা নংগী মরুপনি।

সিলভিয়া—ও: সার ইগ্রেমৌর! নংবু ঐনা লিশিংলক হয়না থুরুমজরি।

ইগ্রেমৌর—ঐমা মঙোন্দা মশীং মান্নবা থুরুমজরি। পুকচেন চাউবী; নংগী য়াথং মতুং ইন্না ঐবু ভৌহনগে নিংবা অহু খঙমবা ঐহাক অয়ুক ওয়া লাক্লে।

সিলভিয়া—ও: ইগ্রেমৌর, নহাক অচম্বা পুকচেন চাউবনি। ঐনা য়াশক্তুনা হায়জরি নংবু থাগত্তুনা চুমত্রবা লম্বীদা ঐবু চানবিনবা থিবা নত্তে। ঐনা হায়জবা মতমদা নহাক নথৌনা কৈ, শিংই, থৌজান হৈ, হৈ-শিংবা অমসুং লৌশিং মখন পুন্নমক নঙোন্দা লৈ। নংনা খঙইবত্নি ঐনা ভেলেনতিনবু কদাই ফাওবা নুংশিবা, হৌজিক মহাক লৈবাক অসিদগী তান্থোকখ্রে। ঐগী থমোই খাদগী তুকৎচরবা অপাঙবা থেংনরিওদা নমত্থনা ইপানা লুহোংগদৌরে হায়বা মহাকসু খঙলে। নং নশাগীসু নুংশিবা লৈ হায়না নংনা হায়খিবা ঐ খঙই। নংগী নুংশিনবা শিরে, নংগা মান্নবা য়াবা অমা লৈত্রে। অরাবা অত্থগী মথক্তা নহাক য়াশকখ্রে, নংগী থমোইদা শেংনা মাগী নুংশিবা অহু অহুম লৈহনগনি, অতোপ্পা অমা নুংশিররোই হায়বা। সার ইগ্রেমর! মাঙ্ক্রাদা হৌজিক হিংত্থনা লৈরিবা ভেলেনতিনগী মফমদা ঐহাক চৎকে খল্লি। মাঙ্ক্রাগী লম্বীচৎপা মীগী খুদোং থীবা নংগী পুকচেন চাউবা, ঐগী মরুপ থাজবা য়াবা অমদি ইকাই খুন্নবগী য়াথলগা লোয়নবা নঙোন্দগী মপুং ফানা ভাংজবা ফংলে খল্লি। সার ইগ্রেমর! য়াম্না হেম্না

থল্লগনু, ইপাগী অশাউবা, ঐগী অৱাবসু থনবিয়ু ; ইশামক তুংশিবা লৈতবা অমদা লুহোংলা অমদগী চেনবা ঙমমোই, মক্ষম অসিদগী মতৌ করম্না চেনগদগে হায়বা নুপী অমগী অৱাবা থনবিয়ু। অশেংবা লাইবক্না তম্বা অমনা মতম লৈবথিবিক্তা দণ্ডি পীররে। লৈঙোই মকুপ্না শাবা সমদ্রগুম অৱাবনা মপুং ফারবা থমোইগী ঈহোনা থৱাই য়াওনা মাঞ্চুৱাদা নংগা লোয়নননা চৎমিন্নবা শিন্নরে। নংনা য়াদ্রবদি ঐনা নঙোন্দা হায়জখিবা অসে লোম্না থ'ম্বয়ু হায়না হায়জরি। ঐহাক খাম্বিনবা য়াওদনা ইতোমতা থোনা ফনা চৎলনি।

ইগ্রেমোর—ইবেমা! নংগী অৱাবসিগীদমক ঐহাক অৱাবা ওইরে। ঐনা খঙলে নহাক অচুম্বা অমসুং অশেংবা ফংলে, নংগা লোয়ননা চৎমিন্নবা ঐ য়ারে। মতেক খর গাড়ী তোংবদা ঐঙোন্দা করি ঘটনা থোক্কনি, লাইবক ফবা আশা পুন্নমক নঙোন্দা লাকপা ওইসনু। নহাক কদোম্ঙৈ চৎকনি?

সিলভিয়া—হয়েং নুমিদাং—

ইগ্রেমর—করম্বা মফমদা নংগা উনগনি?

সিলভিয়া—পেত্রিক্কী আশ্রমদা মক্ষম অতুদা ঐগী ইরান ঙাকপিনবা ধর্ম্মগী থৌ পাংথোক্কে খল্লি।

ইগ্রেমর—অচৌ-অশাং নুপীগী মপোক্তা পোকপী ঐহাক শোয়দনা লাক্কনি। পুকচেন চাউৱী থুরুমজরি।

সিলভিয়া—থোজান হৈবা সার ইগ্রেমোর থুরুমজরি।

[থোকখিবা]

# হান্নগী মফম

## সিন ৪-৪

## প্রোতিয়স অমসুং জুলিয়া চংলকপা

প্রোতিয়স—নংগী মীং সিবাসিয়ান নত্রা? ঐনা নংবু মরম চানা থুদক অসিদা শিজিন্নবা পামই।

জুলিয়া—মশক নাইদবা নংনা পাম্বা থবক অদু ঐনা তম্বা মথৈ পাংথোকনি।

প্রোতিয়স—নং ঙমগনি হায়না খল্লি (লাউনসদা) লমচং নাইদবা মরুপ! করি তৌরে। হৌমিং নিনিশি মফম কদাইদা তন্না লৈরুই?

লাউনস—লাইনা খঙনি ইবুংঙোগী হুকুম মতুং ইন্না সিলভিয়াদা হুই অদু পীবা চংলুই।

প্রোতিয়স—অদুগা মানা ঐগী অপীকপা মমল য়াম্বা থ্যোরিওগুম্বা ইকাই খুম্নঙাই ওইবা হুই অদুগী মরমদা করি হায়?

লাউনস—লাইনা খঙনি, মহাক্না অসিগুম্বা মতিক চাদবা খুদোন হুই অসিগীদমক থাগৎনিঙাই লৈতে হায়দু হায়রকই।

প্রোতিয়স—অদুগা মানা হুই লৌহোরেকো?

লাউনস—নত্তে, লৌদে মফম অসিদা ঐনা অমুক পুরকলে।

প্রোতিয়স—করি! ঐঙোন্দগী হুই অসি খুদোনপোৎ ওইনা মঙোন্দা পিরুবা?

লাউনস—মানি ইবুংঙো! হুইদগী খৈরোইনা হেন্না মানবা নংগী অপিকপা হুইদো কৈথেল্দা কত্রবা অঙাংশিংনা হুহোরে। অদুদা ঐনা ঐগী হুইসি লৌবিনবা হায়জখি। মসিনা নংগী হুইদগী শরুক তরা চাউবা হেল্লি। মরম অসিনা ঐনা হেন্না ফজবা খুদোনপোৎ ওইগনি খল্লি।

প্রোতিয়স—মকম অসিদগী লাপ্না চৎথোকখো চৎলো, অদুগা ঐগী মাংখিবা ছুই অদু খিরকউ। ঐনা হায়রিবসিনি লাপ্না চৎলো। নং ঐবু ওৎপা লাকইত্রা ?

[ লাউন্স চৎখিবা ]

মকম অসিদা তুকংচনিঙাই ওইবা মরুপ অমা লৈ। মহাক্না ঐবু ততুনা ইকাইবা পী। ( জুলিয়া হল্লকপা ) সিবেসসিয়ান ! ঐগী থ-ক অসিদা ঐনা নঙোন্দা থাজবা ফংলে, মরমদি ঐহাক পাখং অমা দরকার ওই। মহাক্না ঐগী থবক অশিংবগীগুম্না পাংথোকপা ঙমগনি। অপঙবা মরুপ্তা তাংজবনা বদৌঙৈদা মসি পাংথোকপা য়ারোই। নংগী লমচৎ অমদি মিৎয়েং অদুমক্না মরু ওইনা ঐনা হায়জবা ঙমই। ন'গী রাখলগী মিৎয়েংদা ঐবু লাম্না লমজিংলোই হায়বা ফোংনা খংহল্লি। নংনা ঐবু চেকশিন্না লোয়নদুনা লাকই, চাউখৎনা লৈ, পুকচেন তিংই, অদুগা নঙোন্দা থাজনিঙাই অচুম্বা লৈ। মরম অসিনা ঐগী থবক পাংথোকপিনবা ঐনা নংবু লোয়নরিবনি হায়বা খঙবিয়ু। হৌজিক চৎলো, খুদোপ অসি লৌ। মসি সিলভিয়াদা পিয়ু। খুদোপ অসি ঐবু নিংথিনা নুংশিজবী জুলিয়ানা পিরম্বনি।

জুলিয়া—নংনা মাবু শেংনা নুংশিখিদে হায়বা মসিনা উৎলে : মাগী নুংশি খুদম থাদোকপসিনা। মহাক শিরে, হায়বা অসি ওইথোকপা য়াবরা ?

প্রোতিয়স—নত্তে, ঐগী রাখল্দা মহাক হিংলি।

জুলিয়া—কয়াদা অৱাবনো।

প্রোতিয়স—করিগীনো নংনা কয়াদা অৱাবনো হায়রিবা ?

জুলিয়া—মাগী অৱাবা অদুগীদমক ঐহাক্কী পুক্নিংদা থাজবা পোকপা অদুগী মতেং পীবা ঙমদে।

প্রোতিয়স—মাগীদমক নংনা অন্নাবা ওইন্নিবা করিগীনো ?

জুলিয়া—মরমদি নংনা সিলভিয়া নুংশিবগুম জুলিয়ানা নংবু নুংশি হায়বা অসিনা উৎলে। মহাক মতম পুন্নক্না নংন নুংশি হৈতনা কাউথোক্লবসু, সিলভিয়াদা মাগী নুংশিবা লৈরবসু জুলিয়ানা নংবু মাগীনি হায়না খল্লি। মসি অন্নাবা অমনি মতুদি নুংশিবনা মতৌ অসুম্না মরম চাদনা মাইকৈ অশোমদা ওইরক্ননি হায়বা খল্লুবদা কয়াদা অন্নাবনো হায়না ঐনা হায়রিবসিনি।

প্রোতিয়স—য়াম্না ফরে খুদোপ অহু মাঙোন্দা চিঠি অসিগা লোয়ননা পীয়ু। মসি মাগী কানি। ঐগী নুংশিবিদা মানা ঐঙোন্দা পিগনি হায়না ৱাশকখিবা স্বর্গগী লাইরেম্বী মাগী ভশবীর অহু ঐনা পামই হায়য়ু। ঐনা নঙোন্দা থারিবা অসি পাংথোক্লগা ঐগী কাদা ইত্তোমতা থৱাই ৱানা ফম্বা ভুগনি মফম অহুদা নং লাকউ।

[ থোকখিবা

জুলিয়া—নুপী কনানা অসিগুম্বা মহৌশাগী ওইবা নত্তবা থবক অসি পাংথোক্লবা হায়বা য়াগনি ? অঙকপনি, লাইবক থীবা প্রোতিয়স! নংনা লমহুই অমা য়াউ মচা শেন্নবা হাপলে। ওয়োকপনি—ঐসি কয়াদা পঙথৱবনো ? মাগী থমোইগী হৌফমদগী ঐবু তুকৎচনা তৌপ্রবা মহাক্না, অহুগুম্বা প্রোতিয়সকিদমক ঐনা করিগী নুংশিনা পুক্লিংদা লোগদোরিবনো ? মানা সিলভিয়া নুংশিবগুম্না ঐবু মানা তুকৎচবা শেংলে। ঐনা মাবু হৌক্তিকসু নুংশিরি মরম অসিনা মাগী অন্নাবদা ঐনা মতেং পীবা ওমলোই। ঐগী নুংশিবা মতম চুপ্পা মাগী মথৌ ওইনা নিংশিংলবা ঐঙোন্দগী ছুটি লৌখবা মতমদা খুদোপ অসি ঐনা

পিথিবনি। অদুগা হৌজিক লাইবক থিবা অমা ওইনা মাগী সুংশিবী সিলভিয়া ফংনবা ঐবু পাউথোল থারি। ঐবু সিলভিয়াদা খুদোপ পীনবা থারকই, মদু ঐনা ঐগী থমোইদা কাইদনবা লাই নিংগনি। ঐহাক মাগী সুংশিবদা লেঙদনা লৈবগী থাগৎনবা থারকই, মদু ঐনা য়ানিংনা থাগৎলোই। ঐহাক ইপুরোইবা সুংশিবগী কৈগাক কৈনা লেপ্লবী সুংশিজরবীনি। ঐহাক ইশা ইভৌমতা নমথাক তৌনা চৎপা ঙমদ্রবা অদুক, ইপুরোইবগী সেবা থাজনা তৌবা ঙমলোই। হৌজিকসু মাগী সুংশিবা ফংদনবা তন্না পাংথোক্কনি মদুদা ঈশ্বরনা মাগী মরমদা থাইদগী থোইদোক হেন্দোক্লা ফজনা থংবিবগুম্না ঐগী ইতেং পীগনি।

[ সিলভিয়া চংলকপা,

ইবেমা সিলভিয়া থুরুমজরি, ইবেমা সিলভিয়াগা ঐগা রারী শাবা য়ানবা মহাক্না লৈবা মফম অদু তানা লমজিংবিনবা নঙোন্দা হায়জরি।

সিলভিয়া—ঐনা সিলভিয়া ওইরম্লবদি নং মঙোন্দা করি হায়গনি?

জুলিয়া—নংনা সিলভিয়া ওইরমলবদি মঙোন্দা পাউ পুরকপা ঐগী হায়জবা অদু মতম থরদং কাইথোক্নুনা তাবিয়ু।

সিলভিয়া—মদু কনাদগীনো?

জুলিয়া—ইবেমা, ঐগী ইবুংঙো সার প্রোতিয়সকিনি।

সিলভিয়া—ও: মহাক ঐগী তশবীর লৌবা লাকপনি নিংই।

জুলিয়া—মানি ইবেমা।

সিলভিয়া—আশুলা! মফম অদুদা লৈরিবা ঐগী তশবীর অদু পুরকউ। নংগী মবুংঙোদা মসি পীরুরো চৎলো। জুলিয়া কৌবী তশেংনা হিংলিবী অদু মাগী অরেপ্পা লৈতবা পুক্লিংনা কাউথোকলে, থরাই য়াওদবা মমি অসিদা হেন্না পান্না মাগী কাদা থেৎলগনি হায়না ঐঙোন্দগী পাউ অসি পুবিখো।

জুলিয়া—(মহাক্কী চিঠি পিবা) চিঠি অসি পাবিয়ু। ঐবু ঙাকপিয়ু ইবেমা ঐগাক লান্না পিথ্রে। (অতোপ্পা পিবা) ঐগী ইবুংঙোনা পিরকপনি।

সিলভিয়া— ঐঙোন্দা হান্না পিরম্বা চিঠি অদু ঐবু অমুক্তা য়েংহনবিয়ু।

জুলিয়া—পুকচেল চাউবী ইবেমা, ঐবু ঙাকপিয়ু।

সিলভিয়া—য়াম্না ফরে, অদু ওইরবদি লৌরোসে। ঐঙোন্দা পিবা মথংগী চিঠি অদুদা ইরিবা অদু ঐহাক য়েংলোই।

[ অহানবা চিঠি হল্লকপা ]

মপুং-ফাবা য়াশক অমদি হুংশিনবা থগুনবগা লোয়ননা মখোয় পেল্লনি। অমা নত্রগা অতোপ্পা অমা মহাক নৌনা থংগ্রে অদুগা ঐনা চিঠি শেগাইবগুম, হান্ননা শংনবগুম নত্রগা অতোপ্পা অমা কাইনরগনি হায়বা ঐহাক খগুলে।

[ অনিশুবা চিঠি শেগাইবা ]

জুলিয়া—ইবেমা, মহাক্তা খুদোপ অসি পিরকই।

সিলভিয়া—মানা ঐঙোন্দা থারকইবা খুদোপ অসিগীদমক য়াইদগী ইকাইবদি। মানা হন্না হন্না খুদোপ অসি মাগী হুংশিরবী জুলিয়া কাইনরমদাইদা মঙোন্দা পিরকপনি হায়না হায়খি। মাগী নমথাক তৌবা খুদোল অদুনা খুদোপ অসি শেংহন্দ্রে, ঐগী থুৎনা জুলিয়াগী মথক্তা অরা অনা দগু পিররোই।

জুলিয়া—জুলিয়ানা নংবু থাগৎকনি হায়বা ঐনা খঙই।

সিলভিয়া—নংমা হায়রিবদু করিনো ?

জুলিয়া—মাগী মরমদা অসুক মতিক পুক্নিং শোকখি অদুগী ঐনা নংবু থাগৎলি। লাইবকথিবী মহাক অদু মাগী মবুংঙোনা শাথিনা তৌবিরে।

সিলভিয়া—নং মহাকপু খঙব্রা ?

জুলিয়া—ইশাগুম মাবু চপ-চানা খঙই। ঐনা হায়রিবসিনি মাগী অৱাবা ৱাখল্লা মশীং লাকওমদনা ঐহাক কপলে।

সিলভিয়া—অওইবদি মাগী ৱাখন্দা প্রোতিয়সনা মাবু থাদোক্লে।

জুলিয়া—মহাক অসুম্না খল্লি, অদুগা মাগী অৱাবা মরম অদুসু অসিনি হায়না নিংই।

সিলভিয়া—মহাক খ্বাইদগী কুচু ফজে নত্রা ?

জুলিয়া—মহাক মমাংঙৈদা কুচু খ্বাইদগী ফজরম্মী। মতম অদুদা মহাক্না খনখি ঐখোয় ইবুংঙোনা মাবু হুংশি। ঐগী ৱাখন্দা মহাক নংগুম্না মীথোই মীহেনবীনি। মতম অদুদগী হৌনা মাগী মায়থোং ফজবগীদমক চেকশিন্দবা হৌখি। মাইথুম ফিনা হুংশিং মঙান ঙাকথোকইবা মাগী খজাই মপুং ফাবদু হুংশিংনা পুখিদুনা মাগী মাইথোং থরো অঙৌবম ঙৌরে, কংলে, মরম কয়ামুক অসিনা মহাক ঐমুক মুরে. মহৌশাগী কুচু ওইদ্রে।

সিলভিয়া—মহাক কয়া ৱাংই ?

জুলিয়া—মহাক ঐমুক ৱাংই। ধর্ম্মগী থৌদোক অমদা ঐখোয় কুমৈ উংখি। পাখঙশিংনা ঐবু হুপাগী পার্ট লৌহনখি, জুলিয়াগী মফি অদু শেংখি। মী পুন্নমক্কী পুক্লিংদা ফিজেং অদু ঐঙোন্দা চপ-চানা ঐগীদমক ভুবগুম থনখি। মরম অসিনা মহাক ঐমুক ৱাংই হায়বা খঙই। মতম অদুদা ঐনা অৱাবগী পার্ট অমা শাখি। অদুগা ঐনা ফজনা ঙাংদুনা মাবু কপহনখি। ইবেমা পার্ট অদু এরিয়াদোল্লা মাগী হুংশিবা থোমাসনা হুংশিহৈত্তনা নমথাক ভোদুনা কনখিবা অদুগী শাউনা হুংশিনা ভেংথাদুনা ঐনা ঐগী মীত্তগী পিগা লোয়ননা ঐগী পজিদা থোকপগুম ঐনা

ঙাংখি। ঐগী অরাবা রাঙাং অহুনা লাইবকথিবী জুলিয়া অরাবা অমগী শেংনা কপহনখি। মসিনা অচম্বা থোদোক মত্রবদি ঐহাক্ শিবগী থৌরাং তোরে মরমদি মতম অহুদা মাগী খমোইদা পানখিবা অহু ঐগী খমোইদসু অরাবা অহুমক ফাওখি।

সিলভিয়া—নঙোন্দা তৌবিমল খংনা পুক্নিং শোকখিবা অহুগী মরম মাগী লৈ। মী খঙদবা মাগী মুংশিবনা হুন্দোকপিখিবা খুদোংখিরবী পুকচেন চাউবী জুলিয়াগীদমক ঐহাক অসুকী মতিক অরাবা কাওরে। মাগী মরমদা নংনা হায়খিবা অহু খল্লবদা ঐহাক মিন্তগী পি তারে। নিপা মচা; ঐগী শেল কাওবা খুদোন অসি লৌ। ঐনা নঙোন্দা পিরিবা অসি নংগী মুংশিবী জুলিয়া ফজনা কন্নবনি মরমদি মহাক মাবু শেংনা মুংশি হায়বা ঐগী খমোইদা পাল্লে।

[ সিলভিয়ানা চংখি ]

জুলিয়া—মতম চুপ্পা নংনা মাবু খঙলম্নবদি ঐগী ইবেম্মনা নংবু খাগৎলমগনি, কয়াদা অচুম্বা চৎপী, পুকচেন চাউবী, মশক ফজবী মুপীনো? ( সিলভিয়াদা চৎপগুম্না হায়রমই ) ঐগী রাখন্দা ঐগী ইবুংঙোনা মুপী অসিগী মুংশিবা ফংনবা হোৎনবা মঙ্গোল ওইররোই। মহাক জুলিয়া মুংশিবনা অসুকী মতিক মপুং ফানা ইকাই খুমনৈ। মসি কয়াদা অরাবনো মুংশিবনা অওক পওনা রাখল লৈত্তনা শান্নবা ওমই। মসি সিলভিয়াগী তশবীরনি, মসিগী পরিক্ষা ঐবু লৌহল্লে। ঐগী রাখন্দা মহাক্না শেংলিবা ফিজোন অসিগুম্না ঐনা শেৎলমলবদি ঐগী শক অসি সিলভিয়াগী তশবীরদা ফজনা উরিবা অসিগুম উরগনি। হৌজিকসু

মহাক লাই য়েকপনা য়েকপ্লমুক ফজদে। মাগী শম ঙাংলৈননা মুই অতগা ঐগীনা মপুং ফানা নাপুনি। ঐগা মাগগি মরক্তা প্রোতিয়সকি হুংশিবা ব্রাথল থেম্নলা লৌথিবা অসি ঐগী মরান ৈ বা শম অসিননি মসি ঐনা ঙাংনবা মচু শঙগনি। মাগী মিং অশংবা লিকলিগুম লংই ঐগীসু মহুমক পাল্লি। মাগী লাইবক নেমই ঐগীনা ব্রাংই, মরম অসিনা ঐনা হেম্না ফজুকম থোকই। মঙোন্দা অসুক ব্রাংনা থনগদৌরিবা করিগীনো? ইশামক্তা মসিগা মান্নলা শেম্বা ঙমই। অপঙবা হুংশিবা ওইরবদি মমিং তাংবা লাই ওইরোইদ্রা? লাউ জুলিয়া; করিসু লৈতবা মমি অসি প্রোতিয়সকি মিত্তা উৎলু। অশেংবা নত্তবা সিলভিয়াগী তশবীর নংগী য়েক্লবা অসি লৌথংলু। থব্রাই য়াওদবা মুর্ত্তি! হৌজিক নং লাইরেম্বী অমগুম ইকাই খুম্নলা লুনা পুজা তৌরনি। হুংশিনবা অমগুম মাগী পুজা তৌনবা করিগুম্বা মরম অমা লৈরম্লবদি ইশামক পুজা অহুগী পান্দমকম ওইরমগদবনি। ঐবু ফজনা শেম্বীবা, নংগী হুংশিবী কল্লবা পুকচেল শোংনা লাই-য়েংগনি। ঐনা জুপিতরগী মিংদা ব্রাশকলি, ঐগী ইবুংঙোনা নংগী নশক উবা ঙমদনবা মাগী মমিং ঐগী খুজিল অসিনা খোংতোকনি।

(থোকখিবা)

# এক্ট ৫-১

## মফম, মিলন

## ইগ্লেমোর চংলকপা

ইগ্লেমোর—ঙুমিং তারকপগা লোয়ননা নোংচুপ থংবা অতিয়া অঙাংবা মচুদা ওন্থরকলে। সিলভিয়ানা পেটিক্কী লাই-নিংফমদা ঙ্গৈগা উননবা লেপনখিবা মতম অত্থ হৌজিক চপ চারে। ঐনা হায়রিবা অসি শোয়ররোই মহাক মতম চানা শোয়দনা লাক্কনি। ঙুংশিবনা লেপখিবা মতম মখোয়গী থৌরাং শোইরোই। মফম অসিদা মহাক লাকলে।

[ সিলভিয়া চংখিবা[

পুকচেন চাউবী খুরুমজরি!

সিলভিয়া—থৌজান হৈবা ইগ্লেমোর! মসি অস্থুম্না তৌরসি, লাইশঙগী মনিং থোংদা থোকলো কনাগুম্বা থয়না লোম্না উখিগদ্রা হায়না কিরে।

ইগ্লেমোর—কিগনু উমং অত্থ মাইল অমদগী তাদনা লাপ্পা লৈ। মসি চেকশিন্না খাঙ্গিল্লি, ঐখোয়না মফম অত্থদা থুংলবদি থুদোং থিবা করি অমত্তা লৈররোই।

[ থোক্কখিবা[

## হান্নগী মফম

## সিন ৫-২

## ড্যুক্কি কোন্নুং

## থ্যোরিও; প্রোতিয়স, জুলিয়া চংলকপা

থ্যোরিও—সার প্রোতিয়স! সিলভিয়ানা মাগী ঙুংশিবিনবা হায়-জবদা করি হায়?

প্রোতিয়স—ও : সার ভাংবগী লমচৎ ফজে, হান্নদগী হেন্না শাগুই।
হৌজিকসু নংগী মিৎয়েং, লমচৎ অতুনা য়েংলি।

থ্যোরিও—ঐগী খোংশা শাংই হায়বা মহাক্না করম্না খঙইবা!

প্রোতিয়স—নত্তে, মহাক্না য়াঙ কংই নিংই।

থ্যোরিও—ঐগী খোঙ খজিক্তং কনখৎনবা বুট শিজিন্নগে।

জুলিয়া—(মথন্তা) পান্দমকম অমদা চৈনা পিতুনা চংজবা তুকৎচবা
নত্তুনা করিসু কান্নবা লৈতে।

থ্যোরিও—মানা ঐগী মাইথোংগী মরমদা করি হায়?

প্রোতিয়স—কুচু ফজে হায়।

থ্যোরিও—ফত্তনবা শীনবী লৈশাবীনা মীনমতুনা ঐহাক মুই হায়!

প্রোতিয়স—থাইনগী পাউরোদা মুক্তা ভোরবসু হুংশিনবগী মীত্তা
কুচু মুবাশিং অতু মুক্তা ওইনা ভোনা উই।

জুলিয়া—চুমই থ্যোরিওগী মাইথোং মুক্তাগুমই, মমিৎ উদবী
হুপীনা তৌবগুম ভোদোং থুংবগুম ভোই। মুক্তা অতুদা
য়েংবদগী মীৎ উইশিনবনা হেন্না পামই।

থ্যোরিও—ঐগী ব্রারী শাবদা মহাক করি খল্লি?

প্রোতিয়স—মহাক্না মরৈ তৌনা নংগা ভাংনবা পামদে।

থ্যোরিও—শান্তি লৈনা ঐগা হুংশি ব্রারী তৌবা মহাক পামদবরা?

জুলিয়া—(মথন্তা) অশেংবমক মহাক ব্রারী শানদবনা মহাক
হেন্না পামই হায়বা ঐ খঙই।

থ্যোরিও—ঐগী থোনাগী মরমদা মহাক্না করি হায়?

প্রোতিয়স—ও : সার মতুগী মরমদা মহাক চিংনবা লৈত্তে।

জুলিয়া—(মথন্তা) নংনা পাঙদবা হৌথিবা অতুদগী হৌনা মহাক্না
নংগী থোনা ফবা চিংনত্রে।

থ্যোরিও—ঐগী মপোক্কী মরমদা করি হায়?

প্রোতিয়স—মহাক ইনাক খুনবা ইমুং অমগী মচা মগুনি হায়।

জুলিয়া—(মথন্তা) চুমই পুকচেন চাউবা ইমুংদা পোক্লবসু মশাদি পঙই। !

থ্যোরিও—মহাক ঐগী শম্পত্তিগী থন্দবরা ?

প্রোতিয়স—ও: চুমই, মত্থগী মহাক অরাবা ওই।

থ্যোরিও—করিগীনো ?

প্রোতিয়স—(মথন্তা) নংগুম্বা অপঙবা অমনা অসিগুম্বা সম্পত্তিগী মপু ওইবগী রাই। মাগী রাথন্দা লন অত্থ মীগী মমিংদা লৈ, নংগী নমিংদা লৈতে।

জুলিয়া—মক্ম অসিদা হ্যাক লাকলে।

[হ্যাক চংলকপা]

হ্যাক—হৌজিক করি করম তৌসিগে সার প্রোতিয়স, থ্যোরিও॥ হৌজিকরাইদা নখোয়গী, মমুংদা কনা কনা সার ইগ্নেমৌর উহৌই ?

থ্যোরিও—ঐখোয় উজহৌদে।

প্রোতিয়স—ঐসু উহৌদে।

হ্যাক—নখোয় ঐগী ইচানুপী উত্রা ?

প্রোতিয়স—ঐহাক অনিমক অমত্তা উজদে।

হ্যাক—অতোনবা মচা ভেলেনতিনগা উনবা চেনথ্রে হায়বা শোয়ত্রে, ইগ্নেমৌরগা লোয়ননা চংখ্রে। লোরেন্জনা মখোয় উমংদা চংখিবা থেংনরমলে হায়বা চুমলে। প্যাপকি দণ্ড অমসু মাগী মথক্তা লৈবনি। ফ্রেরিয়ারনা শেংনা ইগ্নেমৌরনি হায়রে, অমত্থনা সিলভিয়ানি হায়বা ভাবনা থগুলে। মাগী মমাই মাইশুমফিনা কুপই শেংনা থঙত্রে, হায়। ওসি মুমিদাংরাই প্রোত্রিকী আশ্রমদা পাপ তৌবগী মরান কোক্লবা চংখিবোই নিংই। মক্ম অত্থদা মহাক চংলমত্রে। মরম অসিনা থিল্লহু খুদক অসিদা নখোয়

শগোল তোংখৎলু অদুগা মাঙুরা তাবা চীং অদুগী মখোঙদা ঐখোয় উনশি। মকম অদুদা মখোয় চৎপ্রে। পুৰচেন চাউবশা নখোয় থুরো, ঐগী ইচা থিবদা নখোয় ঐগী তুং ইনবিয়ু।

[ থোকখিবা ]

থ্যোরিও—য়ায়া ফরে, অফবা পাউতাক মাইয়োক য়াবা কত্তবী অপগুবগী কলনি মাসি। মাগী লাইবক ফবা নাম্বোকপ্রে কদোইগ নংগী লাইবক ফবা লাকনি। ইগ্রেমৌরগী মথক্তা লম্মন থুম্নবা ঐহাক তুং ইনগনি। সিলভিয়াগী নুংশিবা জয় তৌনবগীদমক মহাক তুংগী থনখিদরে।

[ থোকখিবা ]

প্রোতিয়স—ইগেমৌর নুংশিদবদগী সিলভিয়া নুংশিবনা হেল্লি ঐস্ন চৎকনি।

[ থোকখিবা]

জুলিয়া—ভেলেনতিন কল্লবা চৎখিবা মহাক্কী নুংশিবা কাইনদনবা ঐস্ন চৎকনি।

[ থোকখিবা ]

# সিন ৫-৩

## মাঙুরাগী ডাকুশিং

### সিলভিয়া ডাকুশিংগা লোয়ননা চৎলকপা

১বা ডাকু—লাউ, পুক্লিং তপথো, ঐখোয়গী লুচিংবগী নাক্তা নখোয় পুরনি।

সিলভিয়া—নখোয়না ঐবু ফাবা অসিদগী হেম্না চাউবা মশীং লাকগুমদবা লাইবকথিবনা, অচৌকপা অসিদা করম্না থাংগদগে হায়বা তশীরে।

২বা ডাকু—লাকও, মহাকপু লাপ্পা পুরো।

১বা ডাকু—মহাক্তা লোয়নরকপা পুকচেন চাউবত্থ কদাইদা লৈ ?

৩বা ডাকু—অথুবা খোঙকম ওইবনা মহাক মাং থানা চৎখ্রে। ঐখোয়গী মীশিংনা মাবু তান্নথ্রি। উমংগী নোংচুপ কোনা তানা মাগা লোয়ননা চৎলু। মফম অদুদা ঐখোয়গী লুচিংবা লৈবনি। উমং অসি ঐখোয়গী মীনা কোয়রি, নাম্থোক্তুনা চেনবা ঙমলোই। মহাক কনানা চেলবনো নিপা অদুদা হংসি।

১বা ডাকু—লাকও, নংবু লুচিংবগী মফমদা পুগনি। মহাক লমচৎ ফজবগী পুক্লিংনা থম্লি। কিগন্থু।

সিলভিয়া—ও : ভেলেনতিন ! মীওইবগী চৎনবী লমচৎ. অচোপ্পা পুন্নমক পুদুনা নংবু কন্ননবা অসিগুম্বা খুদোং থিবা মাইয়োক্লরে।

[ থোকখিবা ]

# সিন ৫-৪

## ভেলেনতিন জঙ্গলগী অতোপ্পা মাইকৈ ১দগী চৎলকপা

ভেলেনতিন—মতৌ করম্না মী অমদা মহৌশাগী হৈনবগুম শেমইবা ! মী চৎনদ্রবা উমং, অমম্বা মরুভূমি, অসিদা হৌজিক চাউথৎলবা সহর মী য়াম্না লৈবা অদুদগী হেন্না ফজনা থঙবা ঙমল্লে। মফম অসিদা ইত্তোমতা কনা অমত্তা উদনা ফমই, হরাওবা ঙমই। বুলবুলগী মুংশিরবা শুরনা ঐগী অরাবা ঈশৈ শকই, অদুগা ঐগী অরাবা কয়া মপুং কানা কোংদোকই। ও : পুকচেন শেংবী সিলভিয়া ! ঐগী থমোইদা খ্বাইদগী হেন্না মুংশিজনা থমজরিবী নংনা

মতম কুইনা ঐগী পুক্সি হাংনা থব্বিগনুকো। ঐহাক হিংবদগী হেনবা শিবা ওইবনি, অদুগা নংনা ঐবু নতম কুইনা লাপ্না হুন্দোক্তুনা থন্নবদি হৌজিক ওইরিবা ভেলেনতিনদগী পুমওন-ওন্নবা মীশক ওইগ্রগনি। মিলভিয়া, নংনা ঐগী মাংদা লেপ্লিদুনা ঐগী পুক্সি অমুক হিংহনবিয়ু। থৌজান হৈবী লৈশাবী! নংগী মুংশিবা কাইনবগী থৌনা লৈনা পুক্সি লেপউ। ঙসি চৎথোক চৎশিন তৌদুনা লাঙইবসি করি তৌরবনো? মথোয় পুন্নমক ঐগী মরুপ ওাকনি থাম্বা য়াওদনা মথোয়না নীংবদা তৌবা নত্রগা কনাগুম্বা লাইবকথিবা থর চংলকপদগী তৌবরা? অচৌবা থুদোংথিবা থোক্লবসু মথোয়না ঐবু মুংশি, থকশি থাশি নাইদবদগী খুং থোক্লবা ঐনা থামদুনা থমই। ভেলেনতিন! নশামক লোৎলু, কনা কনানো লাকইবা মথোয়সে?

[প্রোতিয়স, সিলভিয়া অমসুং জুলিয়া চংলকপা]

প্রোতিয়স—ইবেমা নংগীদমক ঐনা করি তৌবা নংনা উরে, অদুম ওইনমক কনাগুম্বা অমনা শক্তিনা নমদুনা নংগী ইকাই থুম্নবা মহৈ ১দি মাবু মুংশিনবা হোৎনবা থুদোংথিবা অদুদগী নবু কনবদা ঐগী পুক্সি অরাবা ওইরে ঐগী মুংশিবা অদুগী মমল নংনা পিদে। মুংশিবা পুকচেন চাউবা. মিৎয়েংগা লোয়ননা চানবিদুনা মনা ওইনা ঐবু কুংশিন্না মুংশিবিয়ু। ঐনা তৌথিবা অচৌবা থবক অদুগীদমক ঐহাক নংবু থাবা ঙমলোই।

ভেলেনতিন—(মথন্তা)—ঐনা উরিবা, ভারিবসি মঙলা চাইবঙলা? মুংশিবনা করিগুম্বা অমত্তা তৌহন্দনা মতম থর থাংবদা ঐত্তোন্দা অরাবা পীরগে।

সিলভিয়া—ও: ঐসে কয়াদা লাইবকথিবী, তোল্লবী ওইরবনো?

প্রোতিয়স—ইবেমা ঐ লাকত্রিবৈ মমাংদা নহাক লাইবকথিবী ওইরম্মী হৌজিক্তি ফয়ে।

সিলভিয়া—নংনা ইনাক য়েরকপদগী ঐহাক খাইদগী লাইবকথিবী ওইহল্লে।

জুলিয়া—(মথন্তা) অদুগা নংনা মাগী মনাক নকপদা খ্বাইদগী খুদোংথিবা ওইরে হায়বা ঐহাক খংলে।

সিলভিয়া—থাজবা য়াত্রবা প্রোতিয়সনা মাঙোন্দগী ইশামক ভাকপিবদগী মপুক লাম্বা নোংশানা ফাদুনা চাথোকখিবনা হেন্না পায়া ঐনা লৌরনি। হে ঈশ্বর; ঐগী থমোইদা ক'দ'ই ফাওবা ভেলেনতিনবু নুংশিবগে হায়বা অদু নঙোন্দা শেংদোকচরি। মাগী পুন্সি ঐগী থমোইগুম ঐনা নুংশিজৈ। ঐনা ভেলেনতিন নুংশিবগুম্না নমথাক ভৌবা প্রোতিয়সপু তুকৎচে। লাপ্না চৎথোকউ; ঐগী নুংশিবা ফংনবা অমুক হন্না নুংশিবগী ফিদা থারন্নু।

প্রোতিয়স—থৌনা ফবগী থবক্তা খুদোংথিনিঙাই মফম অসিদা লৈতে। অদুম ওইনমক মসিনা ঐগী থরাই মাঙনবা নক্না পুরকই। সিলভিয়াগী নুংশি মিৎয়েং ফংনবগীদমক ঐহাক মসি তৌরমলোই। থোবখিবা থৌদোকশিংনা মতম পুম্নমক্তা নুংশিবা হায়বা পোৎশক অদুদা মসি খ্বাইদগী লাইবকথিবনি হায়বা মসিনা প্রমান পীরে। নুপী ওইবীশিংনা মথোয়গা লোশননা নুংশিবা মথোয়শিং অদুদা নুংশিবা ঙমদে।

সিলভিয়া—নুংশিবদা থোকখিবা খ্বাইদগী খুদোংথিবা পোৎ, মাবু নুংশিজবী কনাগুম্বী নুপী অদু প্রোতিসয়না নুংশিবা ঙমদে। নংগী ফনবা খঞ্জবী থমোই শোক্না নুংশিবী

মাগী নংগী, থমোইদা কাইমবা শেমগ্রে। মশীং লাকগুমদবা রাশক লৌরবস্থ ঐবু মুংশিনবা হোৎনবদা নংগী রাশক মীরাইনা তৌরি। নংগী পুন্সি কৎপা নঙোন্দা লৈত্রে, নংনা অনিরক পীথোকলমদ্রংদি অহুগা মুংশিংদা পুন্সি পুম্পা পীথোক্লবদগী অনিরক পীথোকখিবনা হেন্না ফত্তে। পুম্পী পীথোকপা মীশক অমত্তগীনি। নহাক মরুপ্তা মীনমলে।

প্রোতিয়স—মুংশিবদা কনানা মরুপ য়েংই ?

সিলভিয়া—প্রোতিয়স নত্তনা পুন্নমক য়েংই।

প্রোতিয়স—য়াম্না ফরে, অথোৎপা রাহৈনা থেম্বদা পুকচেন চাউনা নংগী পুক্লিং ঐঙোন্দা হোংহনবা ঙমত্রবদি সিফাই অমগুম্না শক্তিনা মোংমৈ উত্তুনা নংগী মুংশবা থিগনি, অসুম তৌনা নংগী মুংশিবা পিহনগনি। অহুম ওইনমক মহু মহোশাগী ওন্নবা লম্বীদা মুংশবা থিবা ওইরনি।

সিলভিয়া—ও : ঈশ্বর।

প্রোতিয়স—ঐগী আশা মহৈ য়ান্নবা শক্তিনা নংবু শিঞ্জিন্নগনি।

ভেলেন—ফত্রবা ; চাউখত্তনা, নংগী থুৎ থাদোকউ।

প্রোতিয়স—ঐনা উরিবা অসি কনানো ? ভেলেনতিন ?

ভেলেনতিন—মহোশাগী মরুপ অহুনিকোঃ নংসে। হৌজিক অচুম্বা নত্রগা থাজনিঙাই লৈত্রবা মরুপ, নংগী ফত্তবা মাঙনবা তৌবসিনা ঐগী থাজরম্বা পুন্নমক নংনা মাংহনগ্রে। ঐগী মিৎকী মমাংদা অচুম্বা ওইনা করিস্থ নত্তবদা থাজনবা শেমই। হৌজিক ঐগী মরুপ হিংলি হায়বা ঙমদ্রে। ঐনা মসি হায়রবদি নংনা ঐগী ইরান থংজিনগনি, অসিগুম্বা নমথাক কনাগুম্বা অমগী মথুৎমক্লা মাগী থমোইদা য়ৈবদা কয়া কুইনা থাজবা ঙম্নি ? প্রোতিয়স ! অমুক হন্না ঐনা নংবু থাজবা ঙমদবা অসিগী ঐহাক মুংঙাইত্তে।

অত্তগ। হৌজিক্তগী ছোনা নংগী মতমদা সংসার অসিদা ঐগী চান্নবা মরুপ লৈরে।

প্রোতিয়স—ঐনা তৌখিবা অরানবা রাথল অত্থগী ইকাইবনা শিবগুমলে। ভেলেনতিন, ঐবু ওাকপিয়ু। পুকচেন শেংনা মতিক চাবা মরান অমা তৌরুবগী ফুংভাইতবা ফোংদোকপা য়ারবদি মতম অসিদা হৌজিক ঐনা অরানবা তৌখিবগুম, ইরান ওাকথোক্লবগীদমক অরা অনা কাওরে হায়না নঙোন্দা হায়জরি।

ভেলেনতিন—অত্থ ওইরবদি ঐনা নংগী অমাং অতা পুন্নমক মপুং ফানা পীরে অত্তগা অমুক হন্না অশেংবা মরুপ অমগুন্না লৌরে। অরাবগী শন্দোক্না হায়জবদা শেন্দ্রবা মহাক অত্থ স্বর্গ, মর্ত্ত অনিগী মরক্তা অমা মরী লৈনবা মীশক্লি হায়বা য়ারোই মরমদি স্বর্গ, মর্ত্ত অনিমক্তা অরাবা ভারবা মতমদা পেনবি, কনবি। পাপ তৌবা মীনা মাগী পাপকিদমক অরাবা ভারবা মতমদা ঈশ্বরগী অশাউবা অত্থদা মশামক ঈংনা শাস্তি ফংই। মত্থ উৎনবগীদমক ঐগী তুংশিবা মপুং-ফানা নঙোন্দা পীরে। হৌজিক সিলভিয়া ঐগী ওইরনি।

জুলিয়া—ও: কয়াদা লাইবকথিবনো. ঐসে।

প্রোতিয়স—চুপা মচা অসি করি তৌরগে য়েংউ।

ভেলেনতিন—য়াম্না ফরে, করি তৌরে পীকলিবা মরুপ? নঙোন্দা করি তৌরবগে? নমিৎ পাংউ; রা ভাংউ।

জুলিয়া—ও: থৌজান হৈরা, ঐগী ইবুংঙোনা সিলভিয়াদা খুদোপ অমা পিনবা হ.য়, মত্থ ঐনা চেকশিন্নবদগী শিহৌদে।

প্রোতিয়স—নিপা মচা, খুদোপ অত্থ কদাইদা লৈ?

জুলিয়া—সিদা লৈরে।

প্রোতিয়স—মতু করম তৌনা ওইখিবনো? মতু ঐবু উহল্লু, য়াম্না ফরে মসি ঐনা জুলিয়াদা পিখিবা খুদোপনি।

জুলিয়া—ও: ঐবু ঙাকপিয়ু ইবুংঙো, ঐহাক ল্যানখ্রে। নংনা সিলভিয়াদা পিনবা থারকপা খুদোপ অমু অসিনি।

প্রোতিয়স—খুদোপ অমু করন্না নংনা ফংলকইবনো? ঐনা ভেরোনা থাদোকপা মতমদা জুলিয়াদা পিরম্বনি। অতুগা জুলিয়া মশামক্তা মফম অসিদা পুরকই।

প্রোতিয়স—করম তৌনা, মফম অসিদা জুলিয়া! নংনা হায়রিবমু করিনো?

জুলিয়া—নংগী থুংলাশ রাশক্তা পান্দনফন পিখিবা, নমাংদা লৈরিবা জুলিয়াদা হেংউ, কয়াদা তোয়না নহাক্তা মাগী থমোই মন্থুং ফাওনা ওংখ্রবনো! প্রোতিয়স! ঐগী নিপাগী ফিজেৎ অসিনা নংবু ইকাইহল্লে। ঙাকপিহৈত্রবা ফিজেৎ অসি ঐনা শেৎলে, অশেংবদি থুংশিবা কন্নবা মরান লৈবা ফিজেৎ অসি শেৎপগী ইকাইনিংঙাইনি। ঐঙোন্দগী নংগী থুংশিনা সিলভিয়াদা লৈশিনখিবগুম ঐগী নিপাগী ফিজেৎ অসিনা অতুক হাক্তা চাউবা ইরান লংজবা ওইদ্রে।

প্রোতি—নিপা ওইবশিংনা মখোয়গী থুংশিবা থাদোকপগী মরান্দগী থুংশিবা কন্নবা নিপাগী ফিজেৎ শেৎপনা, মরান য়াংই হায়না নংনা হায়বসি চুমই। নিপাত্তনা থুংশিবদা হায়বা ইন্না ওইরবদি, নিপানা তৌবগুম মখোয়সু পুন্নমক ঙমহল্লি। মসিনা পাগ পুন্নমক ১গী তুংদা অমা পুন্নমক পীতুনা মঙোন্দা চংজহল্লি। লাইবকথিবা ঐগী থাজনিঙাই লৈতবা ইরান্না রানা মাগী মমাংদা হৌগৎহল্লি। সিলভিয়াগী মাইথোংদা লৈরম্বমু ঐনা ক্ষংবা য়াররোই। ঐনা হৌজিক তৌবগুম জুলিয়াগী মাইথোংদা পুক্লিংগী অচেৎপা অইংবা মিৎয়েং

অমগা লোয়ননা য়েংলবদি, অনৌবা অত্তেকপা, হেন্না ফজবা মওং মতৌ লৈররোইদ্রা ?

ভেলেনতিন—মরূপ অনি অমুক হন্না তিন্নবা লাইবককবা অরোইবা অমা পুরক্লবা ঐনা ফংজবা য়ানবা নখোয় অনিগী থুং শোকহনবিয়ু লাউ চংলকউ। অসিগুম্বা চান্নরবা মরূপ অনি মজুং তানা য়েক্লবা ওইনা কুইনা লৈরবদি ঐহাক অন্নাবা থৌদোক অমা ওইহনত্তা লৈরমগনি।

[ডাকুশিংগা লোয়ননা হ্যাক অমসুং থ্যোরিও চংলকপা]

ডাকু—(থিন্দুনা হ্যকতা) মফম অসিদা লান্দাবহু লৈরে, লান্দবহু লৈরে।

ভেলেনতিন—ঙাইখো, ঙাইখো, ঐনা হায়রিবসিনি মসি ঐগী ইবুংঙো হ্যকনি। (হ্যকতা) লৈবাক্তগী তাম্থোক্লবা. অচোপ্পা ফিভমদা লৈরবা ভেলেনতিন্না ইকাইখুম্নবা উৎচরি।

হ্যক—সার ভেলেনতিন! নহাক মফম অসিদা ?

থ্যোরিও—মফম অসিদা সিলভিয়া লৈবরা য়েংউ, মহাক ঐগীনি (মঙোনদা চেনশিন্দুনা)

ভেলেনতিন—থ্যোরিও! হন্না লেপ্পু, নত্রগা ঐগী খুত্তা সিলভিয়া শিন্নবা 'থৌরাং তৌ। ঐগী অশাউবা হেনহলগনু। সিলভিয়া নংগীনি হায়গনু, নংনা অমুক হন্না হায়রবা ভেরোনাদা নংগী চংজফম লৈরোই। নহাক শিরনি নত্রগা মফম অহুদগী তাম্থোক্লনি। নংনা মাবু করিসু লৈতনা নংগীনি হায়না শোক্লবা ঐনা হায়রিবসিনি নহাক মীকুপ অসিদা শিরনি।

থ্যোরিও—সার ভেলেনতিন! ঐহাক মাবু থাদোকলে! মুর্খ অমগী ফনাগুম্বা অমগী পুন্সি অন্নাবা ফংবা অপঙবনি হায়না

লৌরে। মহাক নংগী ওইরো মাগী দাবী ঐহাক ভোররোই।

থ্যুক—থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিদগী নং নশানা পুন্নমক্তগী হেল্লি হায়বা প্রমান পিরে। মাবু ফংনবা হোৎনবদা মমল লৈতবা অসিগুম্বা উপাই শিজিন্নরে। নুংশিবগীদমক য়েকনবা লৈরম্বা পুন্নমক থাদোকলো। ঐগী পুকচেন চাউবা পিবারগী ইকাই খুম্নবা নংগী নথৌনা থাগৎলি। অহুগা মহারাণী অমগা নুংশিনবা নহাক মতিক চাই। নঙোন্দা ঐগী পুক্লিংগী নুংঙাইতবা হৌগ্রবা অন্নাবা পুন্নমক চাম-থোক্কুনা ঐহাক কাউথোকলে হায়না নঙোন্দা শেংদোক-হল্লু। নংগী নথক্তা লৈরম্বা অরুম্বা দণ্ড পুন্নমক লৌ-থোক্কুনা মিলন্দা হনবা য়াররনি। নংগী থোইদোকপা গুন অসিগী ফল অনৌবা লৈবাক অমগী মপু হাপলে। সার ভেলেনতিন! নহাক পুকচেন চাউনা পোকপা পুকচেন চাউবা অমনি, সে সিলভিয়া লৌরো। নহাক্না প্রমান তৌরে, নহাক মাগী মপুরোইবা ওইবা মতিক চাই।

ভেলেনতিন—ইয়র ওনর! নংগী নচা নুপীবু দান পীবিবা অসিদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজরে। ঐনা নচাগা মরী লৈনবা থৌজান অমা পিবিনবা হায়জরি।

থ্যুক—ওইনিংবদা ওইসনু, নংগী নিংবা থুংনবা পীরনি।

ভেলেনতিন—মাই গুদ লোর্ড! আইন কাইনা চৎপদগী দণ্ডি ফংলবা ঐগা মরুপ ওইনা লৈমিন্নবা মখোয়সে অকবা গুনগা লোয়ননা কৎচরি। মখোয়না তৌখিবা মরানগী ঙাকপিয়ু। মখোয়গী মরান ঙাকপিয়ু, মখোয়গী লমচৎ শেংলে, অকবা গুন্না থল্লে; দায়ীত্ব লৈবা থবক্তা শিজিন্নবা মতিক চারে।

হ্যাক—নংনা তৌনিংইবা অহু মাথা তানা তৌ, আইন কাইনা চৎলবা মখোয় অসিগা লোয়ননা মখোয়গী গুন থঙনা নংনা শিজন্নৌ লাকও চৎলসি ঐখোযগী হুংঙাইনদবা ভাব তাদবা লোইশিল্লসি, হরাউ কুমৈগা লোয়ননা উসব তৌরসি।

ভেলেনতিন—ঐখোয়গী য়ারী অসিনা নিংতম্না নংবু ফাগি তৌহনা নোকহঞ্জগে। পুকচেন চাউবা! নিপামচা অসিগী কপি খল্লি?

হ্যাক—মহাক শুমহৎনিঙাই ওইবা লমচৎ চেনবা ইকাইগনবা মীনি হায়না নিংই।

ভেলেনতিন—মহাক নিপাদগী হেন্না গুন লৈ।

হ্যাক—অহুগী অর্থ করিনো?

ভেলেনতিন—চানবিহুনা নংগী ঙাকপিহৈবা গুন্না ঙাকপিবা ওইসনু, ঐখোয় চৎন-চৎনা য়ারী তৌজগে। অঙকপনা পল্লবা থোকখিবা য়ারীনি। লাকও প্রোতিয়স। মতম খরা জুলিয়াদা অরানবা তৌখিবহুগী নংনা ঙাকপিনবা হায়জবা য়ারী তাবদা নংগী হুংশিনবগী মঙান ফাওরে। ঐখোয় লোংমত্তুদা লুহোংগনি, যুম অমত্তুদ লৈমিন্নহুনা, লুহোংবা অনিগী হরাউ-তথান উসব পুন্না পাংথোক্কুনা ঐখোয় খুদং হুংঙাইনা লৈমিন্নরসি।

[ থোকখিবা ]



লোইরবা।

লৈরবিয়ু—

| | | রুপা |
|---|---|---|
| ১ । | নাগরিক অধিকার তত্ব রাজনীতি | —৩ |
| ২ । | ইণ্ডিয়ান এডমি[illegible]সন | —৪ |
| ৩ । | বাপুজি (ড্রামা) | —২ |
| ৪ । | তলগী নিংথৌরেল (ড্রামা) | —৩ |

থুনা কোওজরনি জর্জ্জ বেনার্দ শো
গী
"পীগম্যালিওন"

ছাপায় নম্ফম—
দি মণিপুর ষ্টেসনরি এণ্ড প্রিন্টিং ইণ্ডষ্ট্রিজ, নাগা মপাল ইম্ফাল ।